# ꯁꯤꯡꯅꯕꯒꯤ ꯀꯥ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯗꯥꯏꯔꯤꯒꯤ ꯃꯄꯨ

# শীংনবগী কা অমসুং ডাইরিগী মপু

রঞ্জিতা কোন্থৌজম




যাইবিপোক থম্বালনু সহিত্য মরূপ কম লাইব্রেরী,
মণিপুর

**Shingnabagi Ka Amasung Dairygi Mapu**
*(A collection of short stories in Manipuri*
*by Ranjita Konthoujam)*







অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৮, কালেন

অফোঙবা ঃ য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ কম লাইব্রেরি, মণিপুব

মখুম যেকপা ঃ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

ফংফম ঃ সাহিত্যগী দুকানশিং,
যাইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপকী ওফিস

মমল ঃ লুপা ৮৫/-





নম্ফম ঃ গৌরা ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল ব্রাংমাতাবা।

মায়থিবা কয়াবু
খা চিক্কুনা খাংদুনা লাক্লবা
মফম মতম্না
মায় পাকপগী মঙালসু উবা ফংগনি থাজদ্রবা;
লাইবক্তা তাইশিন্দুনদি
হিংবা পামজদবা
পূক্লীংগী থৌনাদি হন্দ্রিবশিংদা।

# পব্লিকেসন্সকী মায়কৈদগী

মীয়াম্মা য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ কম লাইব্রেরীগী মিং শোয়দনা তাবীরম্লগনি। সংস্থান অসি মণিপুরী সাহিত্য অমসুং ইমালোনবু নুংশিজদুনা থম্মোয় শেংনা সেবা তৌজনীংলুবদগী ইং কুমজা ১৯৯৩ দা লিংখৎচখিবনি। সাহিত্য অমসুং লোল চাওখৎত্রিবা লৈবাক্তু য়াম্না হঙ্বা থাক্তা থম্লে। মরম অদুনা মৈতৈ চনুরা থম্বালনুনা লৈবাক্কীদমক, মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক মথন্নায়না পোল্লা পীখিবগুম কখোকপগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা ফংজনবগী পান্দমদা সংস্থান অসিনা মাঙলোমদা চঙশিঞ্জরকপনি। সংস্থান অসিনা সাহিত্যগী হীরম খুদিংদা অনকপা- অরাপ্পা মফম খুদিং চত্তুনা মীয়ামগা পুন্না সরুক য়ামিন্নজরি। সাহিত্যগী থৌরম কয়াসু পাঙথোক্তুনা লাক্লি। সংস্থানগী ওইবা লাইরীক ২৫ পুথোকলে। হন্দক পুথোকচরিবা ব্রারীমচাগী লাইরীক অসিনা সংস্থানগী ২৬ শুবনি। মীয়াম্না পুক্নীং থম্বীদুনা নৈনবীগনি খঞ্জে।

ব্রারীমচাগী কলা অসি আমেরিকাদগী হৌরক্লগা ফ্রান্স, রসিয়া অমসুং ইংলন্দা য়ৌরকখি। ইংরেজি সাহিত্যগা শম্নরুবদগী ভারত্তসু কলা অসিগী মমি, প্রভাব নীংথিনা তারকখি। অসুম্না মথম-মথং শন্দোরক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যদসু ইং কুমজা ১৯৩২ দা কলা অসি মশক-মচু শেংফাত্তনা চঙলকখি। খুদম ওইনা

"য়ুম পানবা" (১৯৩২), "ব্রজেন্দগী লুহোংবা" (১৯৩৩), "লমন" (১৯৩৪) নচিংবা ৱারীমচা খর ফোঙনরকখি। হৌজিক্তি মণিপুরী ৱারীমচাগী থাকসি ৱাংনা লৈরে হায়বা য়াই। সাহিত্য একাডেমী নিয়ু দিল্লীনা মণিপুরী ৱারীমচাগী লাইরিক্তা পীরকপা মনা য়ামলে। হন্দোপগী থবকসু অসুম-অসুম হেনগৎলকলি। অইবা মশীংসু হেনগৎলকলি। প্রেমচন্দ, জয়শঙ্কর, চন্দ্রধর, দিকন্স, স্কোৎ, গেসকেল, ষ্টেভেনসন্নচিংবা কয়াগা মান্নবা মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিং চোংথোরকলে। অতেনবা পুংফমদা সাহিত্যগী মহাও পীবা ওন্বা, অহৌবা-অরোয়বা লৈতবা কলা অসিগী মরেপ, মণিপুরী সাহিত্যগী অতিয়াদা নোংমদোন তমলকলি। ৱারীমচা ১২ য়াওবা ইচানুপী শকুবী রঞ্জিতা কোম্থৌজমগী "শীংনবগী কা অমসুং ডাইরিগী মপু" মিংথোনবা লাইরিকসি খ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি। মীৎকী শক্তি ৱাৎলকপা, নীংশীংবগী পাঙ্গল শোন্থরকপা অসিনা ওইরকপা, বানানগী অশোয়বা পূন্নমক ঙাকপীগনি। অইবীবু থাগচ্চবগা লোয়ননা পূন্নমকপু খুরুমজরি।

**রঘুবীর থিয়াম**

তাং ০১/০৫/২০০৮ ইং

জেনরেল সেক্রেটরী,
য়াইরিপোক থম্বালনু সহিত্য মরূপ
য়াইরিপোক, মণিপুর

# ব্রাহৈ খরদং

বঞ্জিতা কোন্থৌজমগী বাবী মচা ১২গী খোমজিনবা লাইবিক "শীংনবগী কা অমসুং ডাইবিগী মপু" হায়বসিদা খুৎই ওইনা লৈবিঙৈদা অইবীগী মফমদগী পাবগী খুদোং চানদু ফংজহৌই। যাম্লসু নুঙাই। মমৈথংদা মত অমা ফোংদোক্লবগী ব্রাফম ফাওবা হায়বীনকখি। ফিভমসি যৌবকপদদি সনজিংমুক নত্রগসু হায়বপ লুম্বা পোৎলুম অমদি ঐঙোন্দা ওইখি।

লাইবিকসিগী বাবী খবনা ঐগী পুক্লিং চীংশিনখি। কোযপু পুদুনসু চৎলি। হন্না হন্না পানিংখি। বাবী খুদিংমকপু পাবদা তম্থবা পোকহন্দবা খুৎই অমখাঙ অইবী অসিগী মফমদা শাগোন্নদুনা লৈ। থৌদোক অমগী মথংদা কবম্বা থৌদোক অমগী লংতক্লবা অমদি ঈখৌলাংবদু অপাবশিংদা ফাওহনবা ঙম্মী। থৌদোক পবীং শাগৎলকপা অমদি চবীত্রশিংগী লমচৎ যেকপদা অইবীগী কুপশিনবা মীৎযেং লৈ। ব্রাহৈ শীজিন্নবগী মতাংদদি খবা হেন্না অকনবা মীৎযেং থম্বগী তঙাইফদবা লৈ। অদুমকপু চহী নৌবিবী অইবী অমগী মফমদদি পুম্নমক থাগৎনিংঙাইনি।

হৌজিক হৌজিক হকথেংনবিবা পুন্সিগী অশেংবা মশক, থৌদোক ব্রাথোক কযাদা যুম্ফম ওইবা বাবী ঙাক্তনি। ব্রাবী খবদা মোর্ডনিজমগী মমি

তাই। ফিলোসোফিকেল ওইবা চংশিল্লকপা ৱারীসু য়াওই। লাইরিকসিগী মীংথোলসু ওইরিবা "শীংনবগী কা অমসুং ডাইরিগী মপু" দা লাইরিক লাইশু হৈরুরগসু কণ্ডাওনরবা, তুফক তুফাই চল্লদুনা মীচেল ওইরবা আশা উদ্রবা কনাগুম্বা অমদা দাইরী অমখক্লা পীরম্বা অচুম্বা অমদি মণ্ডালগী মশাক ওইরবা পাউজেলশিং য়াওবা ৱারীমচানি। "অৱাবগী ফুয়না হোনবা নিংশাশ্বর" দা শুনিং নোমনিংলগসু শুফম নোমফম লৈশিল্লক্রবা লমদমসিগী শিল্মীশিং, বন্দ অমদি জেনরেল ষ্ট্রাইকশিংনা মীচম প্রজাগী পুন্সিদা পীরকপা চৈথেং, পুন্নমকসিদা খাংবা ঙম্বগী থৌনা লোইখিদুনা বন্দগী মায়োক্তা বন্দ অমগী অপাম্বা পোকলকপা, শিফাইশিংগী কা হেনবা শাজৎ- লিচৎ কয়াগী মরক্তা মীচমশিংগী লইবক্কী মায়ওন অসিনচিংবা কয়া তশেং তশেংনা উৎলি। অসিদসু নত্তনা সমাজসিদা নুপা নুপী অনিগী খেন্নবা থল্লিবা থাক, লমদমসিগী নুপীশিংগী থৌনা, সমাজসিদা লৌরিবা থৌদাং, লানহৌবগী সমস্যা লৈরবা লমদম অমদি অশেংবা নুংশিবগী মশক কয়া লাইরিকসিগী মনুংচন্না য়াওরিবা তোঙান তোঙানবা ৱারীশিংদা ময়েক শেংনা উৎলি। লৈত- লাইরা, তোল্ল- তারবা, উপায় লৈজদ্রবা মীওইশিংগী পুন্সি শক্তম অমদি খুঙ্গংগী পুন্সিগী মশক ময়েকপদা থোইদোক্লা হৈশিংই অমদি মায় পাকই। অইবীসিগী মফমদা থোইদোক্লা থাগৎনিংলিবদি অচম্বা ৱাহৈ ৱাতাদা ময়াক কল্লবা লমদমসিগী সমস্যা, থম্মোয়গী অশেংবা নুংশি মরী অমসি ইরোতিক ওইবা শক্তম কয়াবু লোন্না অমদি ফোংনা উৎতুনা অকনবা শাফু অমখক পীবা ঙম্বসিমক্কি।

লাইরীক অসি অইবীসিগী অহানবা ৱারীমচাগী লইরীক ওইরবসু পোট-বোইলরগী থাক্তা লৈবা অদুমক্তি নত্তে। ঐখোয় খুদিংমক্লা হকথেংনরিবা থৌদোকশিং অমদি সমস্যা কয়াবু অইবীনা কলাগী ওইবা গুন কয়া লৈতেংদুনা পুথোরকপদা তাখ্রবা ঈশৈবু নৌহৌননা অমুক তাবদা ফংলিবা নুঙাইবা অদুমক অপাবশিংদা ফংহনবা ঙম্মী।

অরোইবা ওইনা পনজনিংবা ৱাফম অমতংদি চহী নৌরীবী অইবী অসিবু পুন্নমক্লা শৌগৎপীফম থোকই। ঙসি ঙসিমকসু কায়থরক্লিবা, মোৎশিল্লক্লিবা সমাজসিগী শক্তম কয়াবু ময়েক শেংনা উৎতুনা শুদোক চামথোকহন্নিংবগী শোম্থাংনবা খোঞ্জেল অমখক লাওরক্লিবী অইবীসিনা পঙথরুরবা সমাজসিবু মীকপ খংথোক থোকহল্লকপসু য়াই। ঙসিগী সমাজসিদা অইবীসিগী সহিত্যনা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌরকপসু য়াই। আশা পুন্নমকসিগী

মকুমদা অইবীগী তুংগী পুন্সি, সাহিত্যগী লমদাংদা মায়পাকপগা লোয়ননা লমদমসিগী মপাউ পুবা লইবিক কয়া ফোংলকপা ওইসনু অমদি তাইবঙ শেন্না মপুনসু থৌজনবীবা ওইসনু ।

এপ্রিল ২৮, ২০০৮ সোভা লুৱাঙ
শামুবৌ

# অইবীগী মায়কৈদগী

"ঐখোয় ময়াম লৈরিঙৈদা ফোঙহৌদনা করমকান্দা ফোঙগে হায়রিবনো?"

"হান্নদগী শিন্দোকই হায়বা নত্রা? শিন্দোকপদু ঐসু য়াওবীগে।"

"কয়াম নমশিল্লগে?"

"ব্রাহে সিমদি সিনা ওনসিনা, ব্রাহে লীক্লা শিজিন্নদেদা।"

"মাষ্টর তম্বা লোইশিনখো। লোইগদবা থা ৩/৪ খক্তা ঙায়রবসিফাওবা খাঙবা ঙমদ্রবরা?"

"খরা হেন্না শেমখো। চেকশিন্না তপ্না তৌসিকো। ফজনা মগুণ লৈনা ফোঙসি।"

"ফোঙবা নুমিৎকী অসিন-অরাংগী দাইত্ব ঐনা লৌনি।"

হৌ-হৌ চোংবীখি, তাথোক-তাশিন তৌখি ইনাওশিং, মরূপ-মপাংশিং, ইচে-ইবুংশিং, নক্লবা ওঝাশিং। পুক্লিং য়াম্না থৌগৎপীখি। সাহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা খঞ্জবা ইবুংশিং, ইচেশিং, ওঝাশিংনা মগুণ চেনবা লাইরিক ওইনবা হন্না হন্না শেমদোকখো তপ্না ফোঙসি কন্না তাকপী।

পাউতাকশিংদু তুংগী মমি তমদ্রিবা ৱারীমচাশিংগী মরায়বক্নীদমক থম্মোয়দা চেৎনা থমজিঞ্জরবা ঐবু নুংশিবীদুনা কোইচেন চেনবীরিবা ময়ামসিগী

পুক্লিং নেমথহল্লমদ্রবদি ঐনা সাহিত্য তৌকবগী কবি কান্নগনি?

সাহিত্য হাযবসি কবিনো খঙলমদে। মাষ্টব তম্বদগী মমি-সামি খবা খঙলববা? মসিসু হাযবা ঙমদে। পামজদুনা পংইদা ইবম্বনি। খিত্তং খঙগুম-লাক্লুম তৌবকপা মতমসিদদি ইগদবা তশেংনা কিবে। পামজনা ইবম্বদি শৈবেংনি। ৱাবীমচাদি মবক-মবক্তা অমমম-অনীনিকা ইবকপবা? মদুশিংদু তুংশিঞ্জবগা চাবা অমা ফানবা শেমগৎচবকপনি। অনৌবা ৱাবীমচা অমত্তা যাওদে। ইং ২০০০ দগী ২০০৪ ফাওবগী মনুংদা ইখিবা ঙাক্তনি। প্রেসতা পীশিল্লমদাইদা নৌনা শিন্দোকপদা ৱাহৈ ৱাতা অমা অনীকা হাপচিন্দুনা অহো অবাক খবা মেনশিনবা নত্তনা থোইদোকনা খুৎ চঙনবা মতমসু ফংখিদে।

লাইবিক অসিদা যাওবিবা ৱাবীমচা 'অহিং অনীগী খেন্নবা', 'থাদি থোক্লি, থৱানমিচাক্তি কদায?' বাবীমচা অনী অসি হুয়েন লানপাউ পাউচেদা ২০০০ অমসুং ২০০২ দা ফোঙখি। 'হিংবা অমসুং শিবা' অসিনা সঙাই এক্সপ্রেস ২০০২ দা হাপখি। ওল ইন্দিযা রেডিও ইম্ফাল, নহাবোলগী খোঞ্জেল থৌবমদা 'শীংনবগী কা অমসুং ডাইবিগী মপু' ২০০৩ দা পাথোকখি। নহাবোল খোঞ্জেলগী থৌবম পুবীবিবা তামো কে: কে· ৱাহেংবমনা ফজৈ, ৱাবীমচা অতৈগা মান্নদে তাকপীবকখি।

লাইবিক অসি ঙসি ওইবিবা মশক অসি ওইহন্নবা হোৎনবদা ঐগা মতম পুম্বদা কোযচেন চেনমিন্নবম্বী ঐগী ইনাও বোবিতা কোম্থৌজম, দাইনা, গীতাবানি, ইচে গীতাঞ্জলি সোবাম, ইচে হাওবীজম চনু প্রেমা, দা অনন্দ লোংজমনা মতেং যাম্না পাংবীখি। অদুগা গ্রুপতা লৈবিঙৈদা ৱাবীমচা অমমম অনীনি পাবীখিবা ওঝা প্রিযোবর্ত্ত, ওঝা সনাতোম্বা, ওঝা সনাতোম্বী, ওঝা দিনমনি অমসুং মিং পঞ্জবদি ঙমদ্রবা পুক্লিং থৌগৎপীখিবা মৰূপ-মপাং অমসুং ইথক থোংবশিংগী লমন যাম্না তোনশিঞ্জবে।

বাবীমচা অসিবু খুৎই ওইনা লৈবিঙৈদা পাবীখিবা অমসুং 'ৱাহৈ খবদং' ইবীনবা হাযজৰুবদা হবাও-হবাও যাবীবকখিবা ইপ্পা সোভা লুৱাং অচিনবা মতম কযাবু কাযথোকপীবগা তৌদবা যাদবা মথৌ অমগুম মখুম যেকপীবকখিবা ওঝা বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেম, ইবম কযাগী অৱা-অনা কযাদা লমজিং লমতাকপীবগা লোযননা তেঙবাংবীদুনা লাক্লবা ৱাবীমচাগী লাইবিকসিবু পাবীবা অমসুং গ্রুপ ককপীবা থম্বালনু সাহিত্য মৰূপকী সেক্রেটবি ওঝা বঘুবীব থিযাম,

**মরূপ অসিগী মেম্বরশিং, লাইরিক অসিবু মমলগী তুকা খিদনা মচন অমগী লাইরিক্সি থনবীদুনা ইপানা লৌগদবা থৌদাং কয়া লৌবিথিবা গৌরা ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবালগী তামো সুরেশ অমদি ষ্টাফশিংবু হন্না হন্না থাগৎচরি অমসুং মথোয় পুম্নমক্কী শিংওন্নরোইদবা লমন তোনশিজরবনি।**

এপ্রিল ৩০, ২০০৮ রঞ্জিতা কোন্থৌজম

য়াইরিপোক

## পুন্সিনা তাথিবীরম্লবা পুন্সি

চহীগী পরিক্ষা কুইদ্রে হায়দুনা বোয়াই লেম্পটর্ণ মঙালদা লাইরিক পারম্মী। রিস্লো থৌবা হল্লকপা চাউবনা মখোঙ-মখুৎ চামথোক্লদুনা বিমোলাদা তল্লি,

"ইনাওবদো তুরেল মপান্দা শিদুনা লৈরম্লে হায়নহৌই।"

"মাবু চিংনৈ হায়দুনা ফাখিবনি হায়বদাইনে।"

"ফাবু ফাখ্রবদি মখোয়গীদি য়াওই সিনিদনা। ফখ্রবা অঙাংনিনে। পামুইদা।"

"ঐখোয় বোয়াইগা চাক চামিন্নবদি য়েংবা নুংঙাইখ্রবনিদা।"

"হোয়নে, ইতৈমনা থোংবদি চমথোংফাও ঙা থোংবগুম হাওইদা হায়বনি।"

## ২/শীংনবগী কা অমসুং ডাইরিগী মপু

"অদুবু কমদৌনি? নুংঙাইতে হাযবগা অদুম লোইখিনি। অশিবতনা মাঙজৈ হাযবদুনি। বোযাইসু ধবনা ফম্বা য়াওকুবনি। অঙাংসিগা ঐদি থোকউবা ঙম্লুদ্রে।"

"মা য়াম্না থোকহনগনু।"

"পাউসিগা তাববদি পবিক্ষা মযাসিদা।"

"লৈবাকসি লৈহৈদ্রে। কবিনো খবদি খন্নবা ফবনি।"

"লৈহৈদ্রে হাযদুনা চেন্দুনা হিংবদি যাদে অদুম হিংবা তাই। ইচা ইশুগী হাক্তকর্তদি লৈবাকসি হিংচা-যাইতম্বগী লৈবাক ওইবগনি।"

"বুঙোচাবু তৃমখ্রববা?"

"তৃমখ্রে। বাবা ঙাইখিনি হাযদুনা যাম্না তৌবম্বনি। নুমিৎ চুপ্পা'মা শান্নবদুদা মশাদু বাবমানে ফমুংদা হিপমিন্নবম্বদগী তৃমথখ্রে।"

"অঙাংদো চেকশিন্না শেন্নৌকো। নুংশা'দা শান্নহনগনু।"

"নচা নুংশিবা খঙববনে? খবা খবা ঙন্নসু হঞ্জিনবীবকপা মযাই। যুমগসে কবিমত্তা নুংশিদ্রমান্নে।"

"যুম্বু নুংশিদবা কনা লৈগে? যাদদুনা তৌবিবনি। ঐনা হেন্না হঞ্জিন্নিংলিবনি। বোযাইদি তৃমখ্রববা?"

"লাইবিক পাবিবনি।"

পবিক্ষা মনুংদা বোযাই অথেঙবা অহিং ফাওবা লাইবিক পাবি। কুইনা পাবকপদগী মশাদু চোকথবে। থোঙনাওদগী ইনাওবগী শোম্থাংনবা খোঞ্জেলনা হাযবকই,

"লাইবিক পাবিববা বোযাই? থেঙলে তৃম্মো। থেঙলফাওবদনি ঐনা লাইবিক পাবম্বদু। অদুগা অথেঙবা মতমদুদনি মীফত্তশিংদুনা থোঙ থিল্লকখিবদো। তুম্মো বোযাই।"

বোযাই মমীৎ খংশিং শিংই। মহাক ঙৈহাক উইকবমান্নে। লেম্পটর্ণদু অসুম-অসুম মমথবকই। নিক্কুনা যেংবদা থাউ যাওবমদ্রে। থাউমৈ মুখৎলগা

ফমুং চঙবদা ঙায়রি। থোঙদা কোক-কোক থীল্লকই,

"ইতৈমা, থোঙ অমুক্তং হাংদোকপীয়ু।"

বোয়াই তুমিন লৈ। মমঙ ওইরবোই নীংই। মনাকোং থাঙ্গৎতুনা তায়। খোঞ্জেলদু হান্নদগী হেন্না পীক্লা তারকই। মহাক খঙলে খোঞ্জেলদু অশেংবনি। ইনাওববু কৌথোকখি হায়বদু মখোয়সিনা ওইরমগনি। ঙসিদি মহাক্কী পালি তারবগুম মহাক মশাদু চেঙ খৈবগুম নীক্লকই।

চাউবগা বিমোলাগসু খোঞ্জেলদু তাই। মখোয় অনী ফমুংদা জ্ঞান তানা তানা মঙলাক্লবগুম লেঙ হায়বা ঙমদনা লৈরি। চাউবা তপ্পা হৌগৎখি। বিমোলাসু মতুং ইন্নখি।

থোঙদু তপ্পা হাংই।

"নখোয়বু কনা কনানো?"

"ইয়াম্বা, কোন্না শক তাকচগে ইমুংদা হান্না অমুক্তা।"

চাওদম শাংদম্বা নহা অহুম চঙলকই। অহেনবা কা লৈতবনা বোয়াইগী কাদা লমজিংলে।

"অহিংসিমতং পন্দবা য়াদ্রে। হয়েং ঙন্না চৎচখিগে।"

বোয়াই হিপ্লম্বদগী হৌগৎলকই। মুশি-মুশিবা পোদোনগী মৈঙান্দা মখোয়গী ফম শেম্বদু বোয়াই মমীৎ কুপ্তুনা য়েংই। লম্লানবশিংগী মায়থোংশিংদুদা হায়বগুম তৌই "মীফত্তশিংদো ঐখোয় নত্তে।"

অথেঙবা অহিংনি। য়ুমদুনা খুনগী খুন্দোননি। অহেনবা ব্রা ঙাঙনদে। মহৈ মহৈ হিপ্লখ্রে। ইমুং অদুদা অহিংগী নুংঙাইবা মাঙখ্রে। নুংঙাইরবা মঙলানশিংসু থাপ্পা চৎখ্রে। মখোয় মশানা মশাবু হিংনা-হিংনা কৃগী মনুংদা হিপ্লবগুম লেঙঙম-শাঙমদনা লৈরি।

করম্বা মতমদা তূমথখিবনো খঙহৌদ্রে চাউবনা মিকপ থোরকপদা চিবোন-চিবোন ব্রারী শান্নবা তারকই।

" লৈবাক্কীদমক ঐখোয় করিগুম্বা খরা তৌবা তাই।"

"ঐখোয লৈনা-লৈনা ফাওবা অসুক যাম্না উৎশিন্ত্রে।"

"তূম্বা চাবা খঙদবমখৈ চেনবা ঐখোযবু মশাগী ওইজবা থিবা খবনা মিংচৎ থিহল্লে।"

"মখোযদুনি হান্না থবক পাঙথোক্কদবা।"

"মদ্দপসু খনবীযু ঐখোয লৈনা-লৈনা ইমা লৈবাকসে হীবম খুদিংমক্তা শোত্থবে।"

"মদুদি মী পুম্নমক খঙনববা ব্লাফমনি। মদুদা ঐখোযবু কৈদৌগদগে?"

"ইমা লৈবাক্কীদমক থব্রায হকচাং কখোকপা মীওই খবা মথৌ তাই।"

মখোযশিংদুগী মবক্তা অমদি বোযাইগী খোঞ্জেলনি হাযবসি চাউবা খঙই। লাইওইখ্রবা মমা-মপাদু মমঙদা উবল্মী। বোযাইগীদমক অব্রাবা শক্তম উৎলম্মী।

"ইতৈমা, ইযাম্বা ঐখোয অমুক চচ্চবগে।"

"চৎলো চৎলো।"

বিমোলানা খুমখি। চাউবদু উতুপ তাবগুম লেঙদনা লৈবি।

নুমিৎনা ব্লাতোম্দা লৈবে। বোযাই উদে হাযদুনা বিমোলানা বোযাইগী কাদা চংলুবদা লৈবমদ্রে। বিমোলা হাযফেৎ চিংনৈ। চাউবসু বিক্লো থৌবা থোকখ্রে। মথন্তা তৌফম খঙদদুনা ফুংবংননা লৈ। নুংথিল নুমিৎ চপ যুংবদা বোযাই হল্লকই। ঈশিং গ্লাস অমা থক্লগা মাগী কাদা চংলগা ফমুংদা লোংনা হিপখ্রে। মনাও হল্লকপা উবদা বিমোলা শ্বব চনিং তানা হোল্লে। বোযাইগী কাদা চংদুনা,

" বোযাই নঙবু হকচাং নুংঙাইতব্রা?"

"কৈসু তৌদে ইতৈমা।"

"চাক চাথোক্লোদনা।"

" চানিংদ্রে।"

"পবিক্কা মনুংসিদা চবা হেল্লবদি কমদৌনি? ছুটি লৈ হাযদুনবু

নোংঙানবদগী কোইচৎ চৎলিব্দু ফত্তে। নয়াম্বনা খঙলবদি চৈগনি।"

বোয়াইগী পরিক্ষা লোইখ্রে। পরিক্ষা লোইখিবদগী মাগী শাজৎসু মহৌশাগা মান্নদ্রে। মশক খঙদবা মীওইশিংগা লোয়নবা উই। চাউবনা রিক্সো থৌরুরগা থেঙনা হল্লকপা মতম ফাওবা বোয়াই হল্লক্লমদবা কোঙ্গায়নি। বোয়াইগী হাকন চংবদা বিমোলা চাউবগী যুম্বান্দা ময়ি চৎলকই।

লমতাগী নুমিদাংব্রাইরমনি। অকনবা নুংশিংকা লোয়ননা নোং কন্না চুরি। চাউবা রিক্সো থৌবা ব্রারকই। নুপী অনীদু লম্বী থোকই হায়দুনা তোংহল্লকপনি। অথৌবতা নত্তে অতোংবসু ব্রারে। তোংলিবা অনীদু ছাটিনদি খল্লি হায়ববু কুপ্তবগা মান্নরে। চাউবদি চেরংনা মশাদু থুংবোই থুংদবোই কুপ্লি।

" য়ৌরে, য়ৌরে, ভরাদি কয়ানো?"

"তরামঙাদং পীবীরম্মু।"

"এ ! অসুক নকপসিদবু তরাসে লৌরো।"

তরা চৎপী অমা পীরম্লগা থুনা য়াঙনা চৎখ্রে। চাউবা পৈশাদুদা মুন্না য়েংই। নুংশিং শিংপদি খরা ফরে, মশাদুদি পূমচোৎ চোৎলে। অমুক থৌগৎলি।

"তিৎ তিৎ ..."

"এ !এ ! খোংবান্দা তাখ্রেনে।"

লৈরক হায়জিল্লকপগী ফত্ত্রবা লম্বী অদুদা কার অমগা থৈনবা হোৎনবদা চাউবা খোংবান্দা রিক্সোগা পুন্না ওন্থম্বিন্নখ্রে।

চাউবা মখোঙ তেক্লে। হকচাংগী মফম খরদসু ফনা য়াম্না শোক্লে। পাক হৌগৎ কাংখত্তুনা চৎপা ঙম্লোইদৌরি। ময়ুমদা লেঙদনা লৈবদগী বোয়াইগী হোংলম্লিবা লীচৎ শাজৎ অদু মুন্না খঙলে। বোয়াইগী শাজৎনা মৈশা লাংহল্লবা মাগী থম্মোয়দু মচা বুঙোচাগী নোকপগী খোঞ্জেলদা ঙৈহাক পোত্থাজবা ফংখি। অদুবু নুংঙাইবগী মিকুপ্তো য়ামখিদে। নোংমতা মীগী ময়ুমদা লেকপা হৈনদবা বোয়াই অহিং হল্লক্তবা মশিং য়াম্লক্লে।

নোংমা নুমিদাংব্রাইরম অমা মপুনা থিবীদ্রবা ষণগুম কোইচৎ চৎলুরগা নীংশিংলকপা নুমিত্তা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকপগুম বোয়াই হঞ্জিল্লকই। মশম কক্তবা

কুইরে, মকোইসু হায়ফেৎ শাংলে। মনাওগী হোংলক্লিবা মায়থোং অদুদা চাউবা মপুক্লীং য়াম্না নুংশিরকই। মতমসিগী ইরাং চপ চানা খঙবা চাউবনি। মনাওবু ফু চৈদুনা ব্রারকপগী মতমদু হেনগ্রে হায়বা মহাক খঙলে। বোয়াইবু কৌদুনা মনাক্তা ফমহল্লগা হায়রকই,

"বোয়াই, নঙনা তৌরিবসি ফত্তে। ইয়াম্বনা হোৎনবসে ননীং থুংলমলোই হায়বা ইয়াম্না খঙই। ময়াম্না অমা ওইনা মনাওগী মনীং থুংহনবা ঙমদবা হায়বসে ঐগী অশোনবনি। ইয়াম্বদি শোল্লবনিনা পাঙ্গল কনবা নঙনা ইপা-ইপুগী লৌরি য়ুম্ফমসিদি ঙাকলকউ।"

বিমোলানসু মপুরোইবনা ঙাঙলিবদুগী মতেঙ পাংলকই,

"বোয়াই, য়ুমসিদা ইতৈমা ইথন্তা চিক্লা লৈবসে নুংঙাইতে। নঙনা লাইরিক তম্বা লোইশিল্লগে খল্লবদি ইনাওনুপী অমা য়েংদুনা তুংগী য়ুম্ফম শেম্নবা তৌরসি।"

বোয়াইনা খল্লুদবা ব্রা কয়া মহাক ঙসি অহানবা ওইনা তারি। মহাক ব্রাখল খল্লি মহাক্লা তৌরিবসি লাল্লব্রা? লৈবাক্তীদমক খনবা হায়বসি খনফম থোক্তব্রা? লৈবাক্তীদমক করিসু তৌবা য়াদ্রবদি মহাক লৈবাকসিদা হিংলুবগী করি কান্নে। অদুবু মহাক ময়াম্বগী ব্রাহে অমফাওবা হঙ্গৎনা খুম্বগী পাঙ্গলদি লৈখিদে।

হন্দক-মরক্তি বোয়াই জ্ঞান তানা উই। কলেজ চাং নাইনা কায়। ছুটি থারকপগা য়ুমদা হল্লকই। বুঙোচাবু লাইরিক তাকপী। তেলঙ্গা শাবীদুনা মনিংগী লম্পাক্তা মরেংবান্দা পুদুনা পাইহল্লি। নোংজু থাদা চুরী তাফমগী ঈচেল মচাদা পীক্লবা চেগী হি শাবীদুনা তাউহল্লি। মহাক্লা লীবীবা নোক্লিংবা ফুঙ্গা ব্রারী কয়ানা বুঙোচাগী মখুৎ মচা অনীদুনা মল্লবা য়ুমদুগী কা খুদিংদা খোম্থাং য়ৈবমখৈ খুবাক খুদুনা নোক্লম্মী।

অদুবু নুংঙাইবগী মিকুপ্তো কুইখিদে। পোইনুগী নুমিদাং অমা চাক্লুক মপান্দা চাক চাগদবগী ইকোই কোয়শিন্দুনা ফল্লি। বোয়াইনা এঞ্জাংদা মুন্না য়েংই।

"ইতৈমা, হঙ্গাম থোংব্রা? ঙা থাকপা-থাক্তবা হঙ্গাম থোংবনা মহাওরে। হয়েংদি হঙ্গাম পেরে কাবশিংদো লেনবীগে।"

চানিংনা থাঙ্গৎলম্বা চাক চখোমদু হুকপা নংদনা মশক খঙদবা মমান্নবা অমনা মরেংজুমদা পায়দুনা মপান্দা পুথোকখি। চাউবগা বিমোলাগসু মনাওগী মতুং ইন্নে অদুবু অমম্বা মরক্তা খাম্বা নংহৌদনা কোম্হোং ঝাংমা লানখিবনা হাল্লম্লে। অহিংগী অচিকপবু থুগাইদুনা হূইশিংনা অব্রাবা থৌদোক অমগী মরু হুনখরে হায়বগী মতাগুম শিথ-শিথনা খোংলি।

নুমিৎ অদুদগী বোয়াইগী মপাউ অমুক তাখিদ্রে। আশা কয়ানা চেকশিন্না য়োমশিন-তাশিন্দুনা থমজরম্বা উপালগী চারদো করম্বা শেন্নহৌদবা মীকুপ্তা তমথিরবা নোংলৈ-নুংশিৎনা হুমদোকখিবনো খঙহৌদ্রে। অসুম্না তৌব্রা মীওইবগী পুন্সিসে?

মনাওনা চৎখিবা নুমিত্তগী চাউবা চাক চারা অমফাওবা মপুক্লিং লৈতানা মবুক থন্না চাখিদ্রে। বোয়াইবু থিবনা মাগী মথৌ ওইখ্রে। মরি-মখোঙ শম্নদবা পাউ কয়ানা মহাকপু ঙৈহাক্তা পোখাহল্লমদে। মমৈথংদা য়ুনা মাগী পুন্সিগী পোখাফম ওইরক্লে। য়ু য়াওদনা মহাক হিংবা ঙমগনি থাজদ্রে।

খোংনাং ফৈদেকপী মখোঙদা ফল্লিবা য়ুয়োনবী অঙৌবীনদি চাউবগী কিম্থরবা পুন্সিদুগীদমক নুংঙাইরমদে। মাগুম্না বিমোলাসু লুখ্রা ওইহৌরগদ্রা হায়দুনসু নুংনাংজরম্মী।

"ইতৈমা, গ্লাস অমত্তুং থকখিগেবা।"

" লৈত্রেনে চাউবা, নঙবু অয়ুক্কী নিশাসু হন্দ্রিদা।"

"ইতৈমা, নচিন থীনুদা, লৈ-লৈতে হায়বা ঐ লোয়না খঙবজাৎনি।"

"ইতৈমদি হিদাক য়াম্না থমদে হায়বা নঙ খঙলিবা নত্রো? চৎলু চৎলু নয়ুমদা, নুমিদাংসিদা বিমোলাদুনা মচা পিশক্তুগা মিপাইরম্মনি।"

"ইতৈমা, গ্লাস অমত্তংদি পীথকপা য়াবনি। চাকসু লাম্বনা লোইরে। ঙরাংদগী চাদ্রি।"

"চারা হেল্লিবা করিগীনো? ঐগী চাক শরুক লৈবনি। মদু চাখ্রো। ইতৈমা, কোন্না অমুক থোংলগে।"

চাক পুথোক্তুনা পীজে। চাবা তোকপগা মখুৎ হাম্বোই হামদবোই থোকখ্রে।

"চাউবা, য়াম্না থেঙলে। অতৈদা অমুক হাইখ্রনুকো।"

"য়ু য়োনবী নঙনা হায়বা ইনগদবা নুপাদু ঐ নত্তে। য়ু ফংদ্রিফাওবা থিখিনি। য়ু য়াওদ্রবদি ঐ করম্না হিংঙু হায়রিবনো? চৈনাসে নখোয়দা পান্দা তৌরিবনি। নব্রা অমদু লাক্লবদি য়ুদা নত্তে পীগদবা, ঐ লোয়না খঙবজাৎনি।"

মাইল অহুমমুক চৎলগা লৈবা লম্লোং অহুম ফাংবগী মোধুগীদা অমুক চংলম্মী। অঙৌবীনা থিংবদগী মোধুনসু চাউবদা য়ু পীদবা কুইরবনি। অদুবু চাউবগী অব্রাবদু য়েংবা ঙমদবদগী অঙৌবী খঙহন্দনা তুমিন্না য়ু পীথক্লম্মী। য়ু য়োনবগী থম্মোয়দসু মীনুংশিগী মফম লৈ হায়বসি চাউবা কাইনথংদা খঙলকখি।

চাউবনা মনাওগী ব্রাখলদা ঙাওচৎনখ্রবদা বিমোলা ইমুং অদু পুনবা হোৎনরকই। খুনগী কৈথেলদা থোক্তুনা এঞ্চাং-নাপী য়োনবা হৌরকই। মচানুপাবুসু স্কুল থারম্মী। ঙাওচৎনরবা মপুরোইববু য়েংশিনবগী থবক পুম্বা মহাক্কী কোকথক্তা থোঙ্গৎপা তারকই।

বিমোলানা পোদোনগী মুশিরবা মৈঙালদা কৈথেলদগী য়োনবা শিংলক্রবা হঙ্গাম অখুইবা খরা চাক থোংনা-থোংনা মল্লি। চাউবা নুমিৎ অদুদি জ্ঞান তানা ঙন্না হল্লকই। অঙৌবীনা চৈরকপা পূম্নমক মনাকোংদা তারি। পোদোন মখোঙগী অমম্বা মরুমদুদা বুঙোচা লাইরিক পারি। মচাগী মতৌদুদা নুংশিবা পোক্লরমান্নে, বুঙোচাগী মকোক্তো নানবীরুরি। বুঙোচাদু খংদুনা য়েংখৎলকই। চাউবা নোক্তুনা হায়রকই;

"ইচাদি লাইরিক য়াম্না হৈদৌরি। অমম্বগা খঙদবমখৈ পংপাদা পাইনে। মমাসিসু মচা শেন্নবা য়াম্না হৈনেকো।"

চেঙ শূরিবী বিমোলা মপুরোইবগী মহৌশাগা মান্নদবা খোঞ্জেলদুদা য়েংথোরকই। চাউবনা মচাবু মতম্বাক্তা পমদুনা করি-করিনো হায়রি। কুইনা উরুদ্রবা মপা-মচাগী কুম্মৈদুনা বিমোলাগী মমিৎতগী খাম্বা নংহৌদনা মপি চেম্থরকই। মহাক লৈরংলোমদা ওনশিন্দুনা মপিদু মকোক কুপ্লিবা খুদৈ মচাদুগী ফিজিনা মপুরোইবা খঙখিনি হায়দুনা তুমিন তৈথোকই।

বুঙোচাগুম্না মথন্তা ইবা-পাবা ঙম্লক্লবা মতম অসিৱাইদনি বোয়াইবু মমা লুপ্পাবীনা মঙোন্দা শিন্নরম্বদু। মতম কুইনা ফংলুরবা চাউবগী আশাদু নৌহৌননা মাগী থম্মোয়দা মথন্তা য়েন্নিং হুল্লকই। ফমেন কাচিন্দা ঙারিবা মতম কুইনা শীজিন্নবীদ্রবা মমাগী মৈনম অদু দোশি শিল্লদুনা মৈরা চাওনা থাঙ্গৎলকই। মতম কুইনা কনানসু ফোঙবা ঙমদনা লাক্লবা ইমুংদুদা কেকু লোৎলম্বা অমম্বা পূম্বা লাইওইপ্প্রবা মমাগী মৈনমগী মঙালনা ঙম্না ফোঙলকই।

মাঙ্গোল কাচিন্দা উফুল চাবমখৈ লৈরিবা রিক্সোদু নংহৌররোই মতাগুম শুমাঙদা ইস্থোকই। বিমোলানা মাঙ্গোলগী থোঙবা পায়দুনা য়েংলি। হৌজিকসু মমিত্তগী মপি চেম্থবা লেপ্তুরি। মপুরোইববু মশেং-মরাং উরকই।

চাউবনা রিক্সোদু শেমজিনবা লোইরগা ইমুংদা চঙদুনা চাক চানবা থৌরাং তৌরি।

"মতৈমা, করি এঙ্গাংনো?"

"হঙ্গামনি।"

হঙ্গাম পল্লকপদা মশা পূম্বা শ্বাই লাউই। পিথ্রাই তেঙ্গোৎ মনুংদা য়াওরিবা মৈনম তাবদা পথরবা হঙ্গামশিংদুনা মঙোন্দা চাগদৌবগুম য়েংলকই। শোম্থাংননা শোনখি,

"বোয়াই, নঙবু করি চারি থক্লিগবা?" মহাক চাক চাদনা ফমুংদা চঙখরে।

নুমিৎ অদুগী অহিং অথেঙবদা থোঙদা কোক-কোক থিল্লকই। নাশোন পীক্লা কৌরকই,

"ইতৈমা, ইতৈমা ননাও বোয়াইনি থোঙসি অমুক্তা হাংবীয়ু।"

বিমোলানা চাউবগা লোয়ননা থোঙ হাংদোকই। বোয়াই মাগা লোইনরকপা মরূপ অনীগা ইমুংদা চংলকই।

"তাচৌ ননাওবু ৱারৌবিগনু। তাচৌগী মঙ্গল আশীর্বাদ য়াওদনা ননাও খোঙ থাংগ্রে।" অসি হায়রগা বোয়াই চাউবগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। বিমোলাদসু খুরুম্মী। মখা অমুক তারকই, "ইতৈমা, ঈশিং খজিক্তা থকচখিগে।"

বিমোলানা ঈশিং লৌথোকপা চংশ্লিঙৈদা মপান্দগী মখোয়গা লোয়নরকপা মীওই অমনা চৎনবা ইঙ্গিৎ তৌরকই। ঈশিং থকখিদনা অদুমক চৎখ্রে। অদুবু কোম্লোং ৱাংমা ফাওবা লান্দ্রি মায়কৈ খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপ্পরকই।

চাউবগা বিমোলগনা ফমুংদা নিংঙাইদনা তুল্লিবা বুঙোচাবু পমখত্তুনা য়ুময়াইদুদা লালবুংদা চেনবগুম কোয়চেল চেল্লি। চেল্লি হায়বদনি পান্দমফমদি মাগী থবাক্তা ওইরবগুম তৌরকই। লেপ্তুনা কাপ্পবা নোংমৈ মখোলদা নাকোং অনীমক পংশিল্লবগুমখি। অহিং লাইরেম্বীগী অচিকপা মফম খঙদনা মাঙখ্রে। চাউবগী শুমাঙ অদু আশা তৌরমদবা ঈগী লানবুং অমা শেমখ্রে।

মীকুপ খরগী তুংদা অহিংগী অচিকপা হঞ্জিল্লকই। নাহেবগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ মরিদা খোম্থাং য়ৈরকই। মরক-মরক্তা অথাপ্পদগী খুঙ্গংগী চরাম্নরবা হূইশিংনা লাক্লা লাক্লা খোংলকই।

চাউবা মশানা কদায়দা মচাগা বিমোলাগনা কদোমদা মফম খঙদরে। মশাদু অকনবা চৈনা অমনা পাল্লবগুম জ্ঞান তাদনা লৈমায়দা হাইথখরে।

য়েনখোং অহানবগী য়েনবানা খোংলকপদা মহাক জ্ঞান তারকই। মীৎলু অনীদা পিনা থুমহৎখরে। পিরাংগী মরুমদা ইচিক-চিক্লবা য়ুমজাওদুনা মাগী কনাসু লৈত্রে হায়বগুম মতু ইপোন পোন্না লেপ্লম্মী।

নুমীৎকী মশেক মঙালনা কনানসু য়েংশিনবীদনা মশা মথন্তা মখোক লোইরক্লবা হঙ্গাম মকা খুদিংদা নীংঙমদনা য়েংলি।▱

॥২০০০, জনুৱারি ৯॥

# অৱাবগী ফুয়না হোনবা নিংশা শ্বর

মহারাণী থোংগী রেল্লিং পায়দুনা লেপ্লম্বদগী মকলাপ চোক্লমান্নে ফমথরকই তোমান। য়েনখোং অহানবগী ললোনবীগী বস অমনবদুদা উইনা-উইনা য়াওরকপনি।

নুমিৎ হায়গৎলক্লে। অসুম অহল ওইরক-ওইরক্লগা ৱাবা অসুম হেনগৎলকই, নাইতোম তারকই, ইচিক-চিক্লকপগা লোয়ননা ৱাখলসু পীকশল্লকই। অহল ওইবা হায়বসিবু অসুম্মা তৌৱা হায়না খল্লকই। খুৎপীনা সোই তৌবা তোমানগী মকোক্তা মরি মখোঙ শম্নদবা ৱাখল কয়ানা মহাকপু ওৎলকই।

মনিংদা মৈখুনা পুমম মন্বা জীপ অমা লাক্তুনা মখোয়গী মমাঙদা খামখি। ক্বা চপ-চপ শাইবা মবুক থোনবা নুপাদুনা রেল্লিং পায়রিবা মখোয়দা লাউরকই "মী তরেৎ।" মখোঙ য়াঙবা মখোয় নহাশিং চেনশিন্নখি। তোমানদি নংহৌদ্রে।

নংহৌদবদুনা ফরে খল্লকই শক্তাদুদা। পাঙ্গলনা শুজ-নোমজদুনা চাজবশিংগী মশীংদি নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলকই। অদুগা সমাজসিদা মখোয়গী মফম্না নোংম-নোংমগী অসুম মাওশিল্লকপদা তোমান নীংঙমদবা পোক্লকই।

মীশিং হেন্দুনা ময়ামদগী খরা অহল ওইবা নুপা অহুম কুমথহল্লকই। তোমানদগী হেন্না নহা ওইবা, ঘনশ্যামগা অমিরগসু অহল ওইরে হায়দুনা কুমথহল্লম্বদুদা মহাক নুংঙাইরমদে। অমরোমদা মখোয়গীদি মচা-মশু থাক্লি, লাইরিক-লাইশু তমহল্লি। মদুগী হায়রুরবদি তোমানগীদি কোম্লে। মতৈ-মনাওদনি চারিবা। মদুফাওবা মরক-মরক্তা চাকখুম মৈ মুৎপা য়াওরিবনি।

জীপতু থৌম্লে। অমুবা মৈখু মপৈ অমগী মনুংদা মখোয় পুম্বা থম্বীরম্মী। মবুক থোনবদুনা শিত্তোক্লম্বা পানা কোদাংদু তোমানগী মমায়দা পানগে তৌই। তোমাননা লৈথোক্লমদ্রবদি মখোয় হেন্না পাঙ্গল শোল্লি হায়বদু প্রমাণ ওইরমগনি।

খৃষ্টনা পোকখিবগী নুমিৎ অদুদগী অসুম-অসুম লাপথোক্লিবমখৈ রেল্লিং পায়রবা মীগী মশীং নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলকই। থবক শুজগে হায়রবসু থবক শুফম লৈত্রবা লমদমনি। লমদমসিদা কয়াম কুইনা অসুম্না হিংগনি খল্লুবদা অৱাবগী নিংশা শ্বর অমা ফুয়না হোল্লম্লগা মখা থংবা দুকানলোমদা চৎম্লে।

চানবা চিঙ্গাক্কী মমলদি নোংম-নোংমগী তাঙখৎলকই। তলব ফংদ্রেদি হায়নৈ অদুবু লম্বীদদি মখল-মখা কয়াগী গাড়ীগী খোঞ্জেলনা নাকোং শীংজা য়ৈবা হেঙ্গৎলকই। ফুট পাট মচাদুদগী পাথোক্তুনা গাড়ীনা চৎকদবা লম্বীদসু মী পাংচত্তা চৎনৈ। অমগা-অমগা পংথেংদা থেঙ্গাইনৈ। কনাসু করিসু হায়নদে মানা-মানা থোকপা পংচত্তা চৎনৈ।

অমম্বা গলিশিংদা মকে শেম্বী নুপীশিংনা মীৎচি খৎনদুনা চঙখি। মশা নানবা বাবু শাবশিংনা কিরুপ-কিরুপ য়েংদুনা মতুং ইন্নখি। চঙখি, থোরকই। ঙাইহাক্তা খুরক হাঙদে।

সুম য়েংশিল্লুবদা মশুনুপা জোহন চুরুট অমা মৈখু ৱা-ৱা কামথোক্লদুনা চঙখি। মমৌদা মশুশিংবু চেকশিন্নবা লুনা শিন্নখিবদু মসিরা? করিসু মরি থোক্লদবগুম মহাক মশুদা য়েংদুনা লৈহৌই। মমা-মপানফাওবা ৱারকপা ঙমদ্রবা মশুগীদমক ঈশ্বরদা নিজবা নত্তনা মহাক্কী উপায় করিসু লৈখিদে।

"মৈতৈ মচাদা পোৎ থাংহল্লিবদুবু পঙখ্রেদা। পৈশা-নুংশা ঙাংনবা য়াদবনি। ময়াংদনা মনুংঙাইজগ্রে।"

ফিয়োনবী নুপী অমনা মরৈ কোল্লদুনা হায়রকই। তোমান ফি থন্না য়াওরবা তরং অমা ঙম্বোই ঙমদবোই থাংলি। মশা পুম্বা হুমাংনা পুলুপ লুপ্লী। হুমাং তৈথোকপা শংবদি লায়রদনা শ্বর ফাওবা চনিং তানা হোনবা ঙমদে।

"হয়েংদি বন্দনি হায়নৈনে।"

"বন্দদি নত্তমান্নে।"

"বন্দনিসু হায়, জেনেরেল ষ্ট্রাইকনিসু হায়। পোৎফম ফম্বা, দুকান হাংবদি য়াররোই।"

"ঐদি ইচানুপীগী পৈশা থাগদবনি। ঙসিগী পোৎশিৎসিনদি কোন্নরোই, কমদৌনি?"

"নঙগীদুদি করিসু নত্তেদা ঐখোয়গীদি অঙাং শঙ্গুদু বন্দ খুদিংগী চারা অমদি বর্ত তৌরবনি।"

"য়ুমদনা ইচা-ইশুনা পীয়ুগা চাগেগা মীত্তা চংদৌরে। সিদনা বন্দগা ব্লোকেটকা লাক্লা-ফানবা ঙমদ্রে। মপা জুব্রারব্রালাদুনা ইচাশিং করি চারি থক্লি খঙবীপোৎ নত্তে।"

"ঐখোয় পুম্বা বন্দ য়ানিংদ্রে।"

"য়ানিংদ্রে।"

"অদুদি বন্দগী মায়োক্তা বন্দ অমুক তৌবা তাই।"

"অদুদা তাইয়ে।"

"ইমা, ফৈজোমগা য়াওবীব্রা?"

"ফৈজোমদি দুকান্দনি ইবুঙো। ঐখোয়গীনা ফিশা কোন্দা শাবনি। ইবুঙো হয়েংগী বন্দসিবু করিগী ওইরবনো?"

"লৈবাক্কীদমক থব্রায় কৎখিবা অথৌবশিংদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎকনি হায়। নোংমগী শিন্থা লেপ্পীয়ু হায়বা ওইরমান্নে। বসসু হৌরেল নুমিদাংব্রাইরমদগী

চেনবা লেপ্পনি হায়নহৌই।"

কৈথেল পোল্লক মনুংদা অমনা অমা ঙাঙই, কনানা তারিবনো খঙদে। তোমানসু পোৎ থাংলুবগী শেঙ্গোয় খরদু পায়রগা কৈথেল মনুংদগী খোঙ থাংদোরক্লে।

হপ্তামুক ফারে মানা নাতৈ চাবা থবক অমত্তা ফংলক্রিবা। লাইবক চুম্মুদুনা মমাং নোংমাইজিংদা নুমিৎ নীনি চুপ্পা ময়াং হোটেল অমদা টোইলেট শেংবগী থবক অমা ফংখি। মদুনা ঙসি মরি-মঙানিসি মেন্নরক্লি। মী পুম্নমক হয়েং বন্দনি হায়দুনা থবক নংনবা ঙাইহাক পোত্থাবা শংদনা কোয়চেন চেন্নরি। অদুবু মাগীদি হৌজিক ফাওবা নাতৈ চাবা থবক অমত্তা ফংদ্রি। কান্নররোই হৌজিক্তি য়ুমদা হনবনা ফরনি খন্দুনা পার্কিংলোমদা লাক্লে।

বারোগী গাড়িদা ময়ুমদা থুংলে। রাণী মপুরোইবা লাকপা উবদা শঙ্গোইদা ইন শারম্বদগী চেনশিল্লকই। তোমান্না পীবা নংদে ফুরিখাওদা হূমলৈ।

"য়ামদেদা সরতমা।"

"খরবু ফংলদি য়ারে। নোংমগী পাঙনা পাঙনবা চাবা হায়বদুনি।"

ব্রাহৈদুদা করি নোক্লিংবা য়াওবনো খঙদে। মখোয় অনী য়েংনরগা নোকই।

" থোইবীদো লাক্লম্মী। য়ুথকপা মব্রাদুগা খৎনরে, সিদা লৈরনি হায়রম্মী। চেং মরুমত্তা তাহৌদে হায়দুনসু কপ্লে। নুংঙাইমন্দ্রদুনা চেং খরা লৈবদু পীথোকখ্রে।"

"অদুদি ঐখোয় চাক থোংদ্রিবরা? ঙসিদি হোটেলদসু চারক্রে। নঙগা চামিন্নরুরগে হায়দুনা। চাক লাম্বদা লোইরে।"

"ঙাইহাক্তনি থোংলগে।"

"চারা কৈনোমতা লোললক্লেরা?"

"চিনিবু লৈরম্লোই।"

"চিনি হাপত্রবসু য়াইদা, চামনাদুদা থাকউ।"

"ইহে ! মদুসু অল্লাং ইবেমনুংশিনা মখোয়দা কনা-কনানো লাকই হায়দুনা লৌখ্রেনে।"

ফরে ফরে লৈত্রবদি কমদৌনি। ঈশিং খরা থক্কে। রাণীনা পিথ্রাইগী চাইসেন অমা ঈশিং থন্না পুথোরকই।

"ঈশিংদি মরাং কায়নেকো।"

রাণী খুল্লমদনা থোঙ্গাল্লোমদা চেনচৎ চৎখ্রি।

ঈশিং চাইসেন্দু তংখায় ফানিংচিৎ থক্কে। মাঙ্গোল উখোক্কেন্দা ঙাদুনা য়ুমগী অকোয়বদু য়েংই। অকোয়বা শম্বলদো ইহো হোরে। মশা নানজখ্রবা, চেকশিন খোমজিনবদা লৈকাইনা তোমান হায়নরিবনি। অদুবু কয়াদি কুইরবা মহাক মশানা মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্লক্ত্রিবসে। মথম্মোয়দা পেন্দবা পোক্লদুনা থুনা য়াঙনা ইমুং চংখিদুনা পয়া খুদাপ অমা লৌরগা পুখ্রিদা লংথখ্রে। কালেনগী নুংশা য়ক লাউনা শাবদু নাচুংদনা মহাক শম্বল খারি। মশা মথন্তা মুরুম মুরুম শোল্লি,

"য়ুমসে মপু লৈনা-লৈনা লৈত্রবগুম্লে।"

"সরতপা, চাক লোইদৌরে চাইথবীরুরো।"

"মসি লোইশিল্লমখিগে। নঙবু লামদ্রিবো?"

"লাম্মন্দুনা লামদ্রে।"

মখোয় অনী নোকমিন্নে।

"শম্বলসি ইহো-হোরে মসি খাজিন্দ্রবদি য়ুম্নুরেম্বীসি হূরান্দুনা পুখ্রবদি কনাগী মাঙজবনো?"

"হন্নুথংসিদা কনানবু হূবীদোইনোদা? অদুবু শম্বল খারিবসিদি য়াম্না ফৈ। চাক থোংলমদাইদা লাপ্না অমুক চৎনররোই।"

"শরত'মা, নঙ মতোইনরেনে।"

তোমান ঈরুজবা কারক্কে। রাণীনা মপুরোইবনা তৌরিমখে চেপথা-চেপথা য়েংই। ব্রাদি ঙাঙনদে খোইরুম মোমোন নোক্লে।

"সরত'মা করি এঙ্খাংনিনা?"

"কোবি মশোই খরা চোংবদো কাংশোই তৌশিল্লে।"

" নোংফাদোক ঐখোয়সু অহাওবা চাবা ময়াই।"

"ঈনসে শাবা লোইদৌরে। মসি য়োল্লগা চারসি।"

"নঙবু মফেল লৈতে হায়বদাই নহানদি।"

"ইবেমনুংশিদগী পুরুরে।"

"খঙজরে ইবেম্মা। মমাঙগী ঈন খুহৌদুসু অপুবা শিংবদা শেল্লেপ মাঙখিবদো, থোইবীগী খুদোপ বন্ধান থল্লগা ফুগৎনখিবদাই।"

"মদুবু সরতপাবু খঙহৌব্রা? খঙদনবা ঐনদি তুমিন ...।"

"খঙদদি নখোয় নমা নচানা তৌবা থবকপু। ইকুদুনা মচাসি ফাওহন্নিংদুন রাণীগা হেক থোল্লম্মী। মশুনুপীবুনা থোইবী অদুগা মশুনুপানা সরত পুর্ণিমাদৌনা ফজরদবনি হায়দুনা সরতকা হেক কৌশিল্লম্মী।"

"মী মপা পঞ্জনুকো নখোয় নপাদি নঙগী নমিং ফজবা অমফাওব খনবা হৈতবদো। মী ফাওবা হায়বসে মিংদসু লৈবনি। ঐখোয় সরত ফাওরিসিনি ঐসু ফাওজগদবনি সরত'পানা অঙাং ওইরিঙৈদগী শংল্লকপদুদা ..."

"ঐঙোন্দগা তাইশিন্নদনা তৌরিনে। মানা খৎকে খৎচরগা। অদুব মিং ফজবী নঙবু মিং ফজদবা ঐনা থাক্লিবসিনি ব্রা হায়বু।"

"নুপীবুদি নুপানা থাক তাবা।"

"অদুনবু ঐসু থাক্লিবদনা।"

মখোয় অনী অমুক পুন্না নোকমিন্নে। চাকশঙদা চংলুবদা মনম হায়ফেৎ নম্বা চাক পুখমদুনা তোমানবু ঙাইরল্লি। তোমান উবদা হান্নদগী হেন্না মনিন কারকই। চাক্লুক্লুনা করেম্নবগুম তৌরকই,

"নচানুপা ওফিসার ওইরে হায়দুনা মপোকঙৈদগী লোইনরক্লবা ঐব ইম্নোকখিবদাই। হৌজিক্তি উপায় লৈত্রব্রা?"

"চাদবদি য়াদে, কমদৌনি?"

"কৈদৌরগে সরত'পা?"

তোমান খুমদে। চাক্লুক মপান্দা উংদুনা ফম্বদু উবদা রাণী নুংঙাইত্রমান্নে। ফাবৌ ঙারিগা লুবাক্তা পকহৌবরা হায়দুনা মারুরি। মকুম খরদি ঙারুবাক্তু শঙলম্মী। মদু চাকখুম লৈরংদা হুনজিন্দুনা লৌরি। শম্বলদগী ৱাচেৎ শৎলগা থোংখিবা চাক্লি। মৈ অমত্তা লৈরমদ্রে।

“সরত'মা, লৌরুরনুদা।”

“মুল্লে, মুল্লে।”

মুনৱা মুন্দৱা খঙদে উৎ মনুংদা থরো থরো ওনহল্লগা কম্থোক-কম্থোক্তুনা তোমানগী মনাক্তা ফমথরকই।

“খরা চাশিনবা য়াৱা য়েংউ। ইহাও হাউরম্লরোই। ঈশিং অশৌবদা হাপচিনখিবনি।”

“অঙাওবীসিদি নঙনা থোংববু করিগী হাউরোইদৌরিবনো? পুন্সি চুপ্পা হাউই হায়দুনা চারক্লবসিদি।”

“ঐসু খঙইদা।”

“করি খঙলিবা?”

রাণী খুমদে।

“ হোটেলদা চাবা য়াবদু চাদবমখৈ চাক লাম্বদু খাঙলগা চেল্লক্লিবসিনি।”

“অদুগা করিগী চাক্লুক মপান্দা উংলিবা?”

“থোইবীদো মচাশিংদুগা কমদৌরমগনি? চাবা চাদবা সিদা ইংনা লৈজরসনু।”

“য়াদে, য়াদে কদায়দগীনো? ঐখোয়বু মীনি হায়না থাবা য়ারিব্রো? জুৱার শান্নবরা, য়ু থকপরা নুপা অমা ফংলিবদু মরায়বক্তুম ফরবনি।”

“মৌপ্বানসু ইন্থোকপীরে। মপানসু ইচানুপাতনি হায়দুনা নপাঙ্গল তেকপমখৈ শুরে। অরোইবা চহীদুদি নঙসু থবক শুফম লৈতবগা নপাঙ্গল ময়েং তারকপগা ইচানুপীদুনা অয়ুক-নুমিদাং খঙদবমখৈ ফি শারগা শেল থাখিবা নত্ত্রো? মদু মা করিগী খঙদে।”

"ইচানুপীদো কোয়বা খোৎপগা অমত্তা ফংজখিদ্রবনিনে।"

" নোংজু-নুংশাগী পাউদি মঙোন্দগী লৌরে হায়বনি।"

তোমান ফুক হৌগৎখ্রে। চাক নীংথি-নুংঙাইনা চাখিদ্রে। মনিংদা মচিন তেংলগা অদুমক থোকখ্রে। ফনা থেঙলবফাওবা হল্লকখিদে।

অয়ুক্কী চাক থেঙনা চাখি। নুমিদাংদু চানিংদ্রে হায়দুনা চারা হেনখি। তশেংনা চানিংখিদবরা নত্রগা হয়েং বন্দনি খন্দুনা চরা হেনখিবরা হায়বদুদি মশা ফাওবা খঙখিদ্রে। নুমিদাংদু ফনা থেঙলবফাওবা মমীৎ উইশিল্লু হায়বা য়াখিদে। মহাক্না উইরোন-উইরোন তৌরবা মতমফাওবা থংনবা ইবেমনুংশিখোয়গী বিজুলীগী রাইস মিল অদু তকহৌরি।

চাক চাখিদবগীরা, অহল ওইবগীরা, রাইস মিলগী খোঞ্জেলনরা নত্রগা মচানুপীগী ব্রাখলনরা মহাকপু তুম্বা য়াহন্দে। মসি পুম্নমক থমখ্রগা ইম্ফাল মনুংদা কোইচৎ চৎলুরগা নিংথি নুংঙাইনসু চাক চাদনা পাৎ তান্না চত্তুনা লাং থাকউবগী ব্রামনখ্রদুনা তুম্বা য়াদ্রিবরা?

থেঙলা-থেঙলগা রাইস মিলগী খোঞ্জেল ময়েক অসুম শেংবা হেঙ্গৎলকই। মসিনা য়ুম্বুরেম্বী কয়াগী থবক্তি মুনবীখ্রে। নহা ওইরিঙৈদা চীংদা সরকারগী ওফিস নত্রগা অনৌবা লম্বী শেম্নগী চীং ককপা চৎপদা তোমান থা মরি মঙা ময়ুমদা হল্লকপা শংখিদবনি। ঙসিদি বুলদোজরনা ঙম্না মুনবীখ্রে। ঙরাং ঙহান্দা পুখ্রি খোংবান, তৌবগী থবক্না খুরক হাঙলমদবনি। মদুসু কোবিকোৎনা মহুৎ শিনবীখ্রে। ষণগাড়ীদা বজার তান্না চেক হোল্লম্বা, ফৌ পুরম্বনচিংবা পুম্নমক নামৎ মাঙলে।

সরকারগী থবক তৌহৌদবা তোমান মপাঙ্গল লৈরি খলম্বা নোংমা-নোংমগী ব্রাখলনা শোন্থরকই। মতাং মতম চাদনা অহল ওইশিনখি। মহাক্না সরকারগী থবক তৌহৌদ্রবসু মচানুপাদি তৌহন্দবা য়াদে হায়দুনা মহাক্কী অরৈবা পাঙ্গল শীজিন্নখি। মহাক্তা নত্তনা মচানুপীগী পাঙ্গলসু লোইখি। হৌজিক মদুগী ওন্না তৈনবা মহৈনা মমাঙদা লেপ্লবদা মহাক্না সভ্যতাবু ব্রারৌজবা নত্তনা অতৈ করিসু তৌবা ঙমদে। মসিবু চাওখৎপদা মীওইবনা তল্লিবা খুদোল্লা নত্রগা মীওইবদা চাওখৎপনা তল্লিবা খুদোললা হায়বা মচাগী মপান চাবা ফংদ্রবা তোমান খঙবা ঙমদে।

করম্বা মতমদা তুমথখিবনো খঙহৌদ্রে মহাক। মীকপ থোরকপদা অয়ুক্কী অঙানবনা থোঙ-থোঙনাওগী অহোবদা কেকু লোৎপী শান্নরম্মী। মহাক ফুক হৌগৎলি। ঙরাং লাং থাক্লম্বদু নীংশিংলকই। নীংজিং মাংজিংন্নে। মশাদু ইপা পাখৎলি। মমায়-মমীৎ তাদনা চেনচৎ চৎলি।

লম্বীদা চৎনা-চৎনা নীংশিংলক্কুনা নুমিৎপু খুরুম্মী। মানা অঙাং ওইরিঙৈদা মধৌনা নুমীৎপু য়াম্না মথৱায় য়াওনা খুরুমখি। মধৌদু নুমীৎ খুরুম্বগীদমক অঙনবা অয়ুক খুদিংগী হৌগৎখি। য়াম্না কুইনসু খুরুমখি। মধৌগী মতৌদু মহাক্না হৈনৌ অমুনবা খুন্নবা ঙস্তানা হৌগৎপা খুদিংগী উখি। মদুগী মতুং মপানা মিকুপ খরদমক নুমীৎ খুরুম্বা থেংনখি। অদুবু তোমানদি চেন্না-চেন্না খুরুম্লে। মসি মতম্না ফিভম্না ওইরকপনি। মহাক্তি চুম্না হকচাং শাজেন ওইনা খুরুম্বনি। লাই নীংবনা পুক্নিংবু ঙৈহাক ইংহল্লি হায়বসিমদি মহাক্না শাক্নিনি। মহাকসু মচা-মশুশিংনা য়ুমদগী থাপখ্রবদা লাইশিংবুসু অসুম থাপখ্রে অদুগা মখোয়গীদমক বর নিবসু অসুম কাউখ্রে। অসুম্না তৌরমগদ্রা মাগী মপাগা মধৌগসু।

পাৎ য়ৌরে। নুংশা হাইফেৎ হাইগৎলে। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা কৃক-কৃক ইন্ননা শাৎলম্বা থম্বালশিং অদু ইউ উখিদ্রে। ছুটি লৈথোক্লগা থম্বাল মরক্তা হি হোন্দুনা শান্নখিবা, থমচেৎ হেক্কুনা চাখিবা, থাংজিং লোলাং পোখাইরকপগী মরূ তুপ্তুনা চাখিবা, ময়াদগী থাংজিংগী অঙৌবা মকুপ কোৎলগা অমুক চাশিনখিবা ঙসিদা নৌহৌননা নীংশিংলকই।

মানা থাক্লম্বা মফমদুদা লাংদু লৈরমদরে। থাজদে মফম ওন্নবরা হায়দুনা কোয়না চত্তুনা য়েংই। লৈত্রে। ষণগী শজিক ফাল্লুবা খোইমু নুপা সাইকল অচৌবদু শজিক পীক থন্না হাপ্তুনা লাকই।

"তাদা কৈদৌবীরম্লিবনো?"

"ঙরাং শ্বাইদা লাং অমা থাক্লমবনিনে ঐবু।"

"লৈবু লৈরম্বরো?"

"লৈত্রমান্নেবো, উদ্রেবো।"

"লৈরম্লরোই তাদা। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈ মতমদু নত্রবনি। ময়াদগী কোখোল্লগা চাগে, য়াদ্রগা হাৎকে হায়রবা মতমনি।"

ঙাঙনা ঙাঙনা সাইকলদু ইল্লগা চৎখি। চুম্মী মতমসি য়াম্না হোংলে। মতমসি লৈহৈদ্রে। মতমসিগা চাননা হিংবা ঙমদবা তোমান মশানা মশাবু ন্নারৌজরকই। মশাবু অপঙবনি হায়না নিন্দা তৌজে।

পাত্তগী হল্লকপদা খুনগী লম্পাক্তা শান্নরোই ময়াম হকচাং শাজেল তৌরম্মী। ঙৈহাক লেপ্তুনা য়েংই। চোংবগা ফনবগা ঙৈহাক্তা লেপ্পে। মহাকসু থাং-তা শান্নরম্মী। মহাক্না হাইবা লৈতেংদি য়েংবগী পেনবা নাইদে হায়নরিবনি। মতমদুদা থাং-তাদা মাগী লম্বা লৈতে। তোমাননা মাগী পান্বোমদা য়েংজে। মাগী পান্বোমগী মসল মমিং চৎখিবনি। মুক্না শান্নবদা রাণীনা তোমানগী পান্বোমগী ফজবদা ঙাওজখি। রাণীবু তোমানগী পান্বোমনা শুপকোন-কোন্দুনা পুরকপদা চেক-মোক লাউবা ঙমখিদে। ঙসিদি শরুদা অখুইবা উনশাতনা কুপ্লে।

তোমান মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা ঙাদুনা ফমথৈ। পোখারবা মতমদা বেড়ী নীংশিংলকই। রাণী কৌই, তাদে। ইমুংদা চংদুনা কাংথোনদা মারুরে। ফনা কুইনা মারে অদুবু ফংদ্রে।

"বেড়ীসিসু হৌজিক্কী মীগা চপ মান্নরেনে। মখোঙ পান্দুনা চৎপদু মঙাই।"

থিবমখৈ থিরগা কাংথোন মচিদা ইরেন লৈরম্লে। বেড়ীদু চম্নবা মৈখেৎ অমুক থিবা খঙদ্রে। শাওনিংদুনা থিরমদ্রে। মপান্দা থোরকই। রাণী ঈন শাগদবগী ফমথবতা ঙায়রম্লি। তোমান্না অয়াকপা খোন্দা মাঙ্গোলদগী লাউরকই,

"নঙবু কদায় চৎলুবগে কৌবা লাংবগা তাদ্রিসিবো?"

মানা হংলিবদু থওইনা তাদে। মহাক্কী মায়কৈদা ন্নাহংদুম লাকই,

"বন্দনি হায়রবসু য়ুমদগা ঙৈহাক লৈবা হৈনপোত্তে। চৎকদৌবগীদা হোৎনদুনা লৈ। সেগা-মাইগা তানদুনা ঙৈহাক ফমিন্নবগা শংবীপোৎ নত্তে।"

তোমান রাণীগী মনাক্তা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ঙেক লাউনা ফমথখরে।

শাউরম্বদু করম্বা মতমদা ফখিবনো খঙহৌদে। তপ্না হংল্লুরি।

"মৈখেৎকা য়াওব্রা?"

" কোকশেত্তা য়েপলিবনি। মরুবু য়াওরমগদ্রনে?"

মকোক্তা য়েৎলিবা কোকশেত্তুদগী মৈখেৎ লৌথোকই। হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা মরু অমখক্তা ঙায়রম্মী। তোমান মোমোন নোক্লকই।

"পাত্তগী কয়াম কুইরগে কারকপা?"

"ঙৈহাক ওইরে।"

বেড়ীদু মচিন্না চপ্পগা চম্মী।

"ঙাবু কয়াম থুরম্বগে?"

"লাংগা অমত্তা লৈরমদ্রেদা।"

"কলি যুগকী মীশিংসি অসি য়ৌনা ফত্ত্রবা!"

বেড়ীগী মৈখুদু মথক্তা কামখৎখি। শঙ্গোয় মথক্তুসু অহোবা য়াওরম্লে। অসুম কোয়না য়েংলুরগা অরোইবদা রাণীগী মমায়দা হেক য়েংলুরে। রাণীবু মুন্না য়েংনীংবা পোক্লকই। মুন্না য়েংই। কুইরে অসুম্না মহাক্না রাণীবু য়েংখিদবা। অখুইবা উনশাতনা কুপ্পবসু রাণীগী মায়থোঙদা মহৌশা লৈখিবা রাশিদুদি ঙসিসু মাঙলমদ্রি। কুইনা য়েংখি রাণীদা। কুইনা মাঙলুরবা থম্মোয়গী ইহুন অমা ঙসি নৌহৌননা ফাওরকই। ইহুল অদুনা মখোয় অনীবু লুহোংবা কুইদ্রিঙৈদা মখোয় অনীতা নাইতোম তানবা কন্না হোৎনখিবনি। রাণীগী মনাক্তা হেন্না নকশিল্লুই।

"করিনোদা হনুথংসিদা।"

রাণী ফুক হৌগৎখি।

"ঙাইখোদা নঙসু।"

"চাক থেঙখ্রে।"

"করি থোংদৌরি?"

"মাইরেল।"

"ইস ! হাউরনিদা চাদবা কুইরে।"

"মাইরেলনিবু হায়রবদি প্রান থারগে লৈজরবনি।"

"মদুবু কদায়দগীনো?"

"সুপারাণীনা পীরকপনি।"

"সুপারাণী হায়বু কনানোনে?"

"মনীংগী মৌ মশা খরা নোয়বী, মমায় য়েংবা নুংঙাইবীদো।"

"ও! ও! প্রমান-পান্থেগা য়াম্না হৈবীদুরো? উম তিনৌ রাণী মশেননি।"

"নঙগী মিংদা করেম্নবদু তৌরক্কনু হায়বনি। ইপুগা, ইবোক্কা হায়দুনা য়াম্না নীংজখ্রপোৎনি। ঐখোয় সরতকসু মরী হাইফেৎ লৈনরম্মান্নে।"

"হায়সু হায়বনি অদু অঙাংদু লৌরম্লবদি ইচানুপানা ইম্ফালদা চৎখ্রবসু মাদি ঐখোয়বু লুনা তৌগনি। মমা-মপা য়াম্না নীংজবনি। অহল-লমন নীংবা নিংঙোলদি মকু-মনেমসু লুনা তৌবা মশানা তাবনি।"

"ইম্ফাল নুপী অমা হেক লৌশিল্লক্কুনা চেনখ্রেনে।"

"মাগী মাগী কম্মগী ফল ফংগনি, মতম ঙাইয়ু।"

রাণী ইমুংদা চংখ্রে। তোমানদি শঙ্গোয়দা ইরেং লেঙদনা ফম্লি। থোঙ্গালদা গাড়ি মচা অনী-অহুম কয়া থৌজিল্লক্লগা খংখাম খামখি। তোমান মতম্লগা ফত্তবনে নুমীৎসিনগা মহাক্না হৈনজদবনে, লাক্লিবা নহাশিংদুদা মমীৎনফাও কন্না য়েংজবা ঙমদনা হংলুরি,

"ইবুঙোহোয়বু কনা থিরকপনো?"

"পুপু ঐনে, নশু চিংলেম্বা।"

"ইস ! পুপুদি ইপা পাখৎলুরেদনা।"

মপুগী মশুনি চিংলেম্বদি। চাওদম শাংদম্মী, মীনুংশিনা মশা পুম্বা য়োম্লদনা অচৌবা ইমুংগী মচা-মশু হায়বদু মাল্লি।

"বন্দসিদা কদোমদগীনো?"

"পুপু উনিংদুনা লাক্লিবনি।"

"ঈরাংসিদা পুপুবু নুংশিবীরক্লিবা?"

"বন্দগী ছুটি ফংদ্রদি শংদ্রে হৌজিক্কানগী লাইরিক খুতমসিদা। বন্দ তৌবসে ফখ্রবজাৎনি। বাবানা লৌদো হনলব্রা হংলকপনি।"

"কদায়দগী পৈশানা হনগদৌরিবনো? হন্দ্রি হন্দ্রি।"

"অদু ওইরদি য়োম্থোকখ্রো, ইম্ফালদা দুকান প্লোট লৈবনা হেন্না কান্নে হায়রকপনি।"

" য়োল্লোই ইপা-ইপুগী লৌফমনি। নঙদুম সিদা লাকওদনা।"

"ঐবুদি লাক্লনি। লাইরিক তম্বসিদা লোইখিসনু লৈশাবী মশক ফজবগা লৌখিদোইনি। পুপু হায়গুল্লদনা নশুনুপী অমদুম থীরল্লো পুপুগা বোবোক্কগী সেবা তৌনবা।"

"অঙাওবসিদি।"

"পুপু, লৌদুসু য়োল্লুরনু বোবোক্তি কদায়দা লৈগে?".

তোমাননা লাইরিক হৈহৌদবগী পেন্দবা লৈবদু চীং-মান থুংনা কোইচেন চেন্দুনা সরতপু লাইরিক তমহনখি। সরকারগী থবক অমসু তৌহনখি। অহল-লমন্না থম্বীরম্বা মান-চাং সরতকী হাক্তক্তা কায়খি। থবক চংবগা ইকুই কুইদনা লুহোংখি। লৌরাক অমখক্তা ঙায়রম্বা লৌফমদু বঙ্কোপ চৎখরে। চীংলেম্বানা মরোন কাবক-কাবক থোক্লবা মতমদা ক্বাটরদা অদুম লৈখরে। নৌরিঙৈদা মমা-মপাবু য়েংবা তোয়না লাক্লম্মী অদুদগী মরক-মরক্তা লাকখি অরোইবদদি মখোয়বু কাউখিদুনা মান-চাংদমক নীংশিংদুনা লাক্লি।

মখোয় ক্বাটরদা নুংঙাইনা লৈখ্রে। মখোয়গী পুন্সিদগী তোঙানখরে। মমা-মপা ওইবগী শেম্বীফম থোকপা শেম্বীরে। মহাকসু মমা-মপানা চাওনবা য়োক্লকই, তোঙান্না লৈরকই। মমা-মপাসু মবেনগা মধৌদগী তোঙান চারকই। অসুম্না মথং মথং তোঙান-তোঙান তানখি। তাদ্রিবা হায়ববু মতৈ-মনাওখক্তনি। মচা শেম্ববুদি মমা-মপাগী মথৌনি হায়বা অদুগা মপা-মমাবু মচাশিংনা য়েংশিনফম থোকই হায়নদবা সমাজসি তোমান ব্রারৌরকই।

নুমিদাংবাইরমদু রাণীনা মশুদা হাপ্পবনি হায়দুনা মানা অশংবা মতমদা থাজিনজবা এঙ্গাং-নাপীদু থিবা ইঙ্খোলদু থুংনা চৎলম্মী। থোংগনি তৌরম্বা মাইবেল থোংখিদে। মচাগীদমক খাকখি। মচাদু ইম্ফালগী ক্বাটরদা লৈখিবদগী ইঙ্খোলগী অতেক-অনৌ চাবা ফংলম্লরোই খন্দুনা অরৈ-অবৈবা হেক্লম্মী। চীংলেম্বা চৎখ্রে।

সন্ধ্যাবাইরমদু রাণীনা সনামহীগী লাইকম্বী থানবা মতমদা খুন্দোন্দা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাখি। সিফাইগী গাড়ী মপোৎ অনী-অহুমসু খুন মনুংদা থৌজিনখি। খুঙ্গাশিং মানা মানা থোকপা পংচেন্দা চেন্নখি। চেন্দ্রিবা হায়ববু শোল্লবা মথম্মোয়দদি হিংনিংবদগী চেন্নিংবা, পাঙ্গলদি য়াওদ্রবা কাংবুদুখক্তনি। ঙৈহাক্কী মতুংদা খুন্দু খুন্তাক-লানশিবা খুন অমগী শক্তম লৌরকই। হূই ফাওবা খোংখিদ্রে।

মৈঙাল য়াম্না পীথোকপা ঙমদ্রবা পোদোনগী মঙালদা মখোয় অনী তুম্পক তুম্পক ফম্লি। খোংউপ বুদকী খোঞ্জেলনা যুমদু তম্নরকই। থোঙদা কাক-কাক থিল্লকই। তম্নলাই অমনা য়াক্লবা খোনফমদা হায়রকই,

"থোঙ হাংদোকউ।"

বাণীগা তোমানগা য়েংনৈ। ব্রাদি ঙাঙনদে মমীত্তদি মবোল লোল্লি। অমনা অমগীদমক ব্রানরকই।

"সবত'পা, নহাক মনীংথোংলোমদা চেনখ্রগেবা'? ঐদি নুপীনিনা করিসু তৌবোই।"

"ঐবুদি নুপানিনা ফৈ। নহাক চেনখ্রো।"

মপান্দগী খোঞ্জেনগী বজ্র থাদবকই,

"থোঙসে হাংদ্রবদি কাওখায়রগে।"

মাঙগী লম্বীনা শাংলবা তুংগী লম্বীনা তেল্লবা অহন অনীদো মকলাপ থক-থক নিকপমখৈ থোঙ হাংদোক্লবা থোঙলোমদা চংশিনবা খুদিংগী মিহুন হুনবগী চাংসু অসুম-অসুম হেনগৎলকই। থোঙগী পোরোম্দু শৎলুরি। শৎপগা থোঙদু কাওখায়রকই। তোমানদা থোঙবানা শাফু কন্না থোম্লম্মী। মহাক

লৈমায়দা তুথখরে। অহানবা চংলকপদুনা মঙকশমগী ফুরিত্তা পায়। মখোয় মঙা-তরুক্কা ইমুংদা করি করিনো ফাক-ফাক্কুনা থিরি।

"লালহৌবশিংদু কদায়দা লৈ?"

"লালহৌবা হায়বদি...?"

তোমান থক-থক নিকপমখৈ খুম্মী।

" ঙসাই নখোয়দা চংখিবদু।"

"ঐখোয়দদি চংলক্তে।"

"অহল, নচীন থীনু।"

"অশেংবনি ইবুঙো ঐখোয়দদি লাক্তে।"

রাণীনা শোল্লি-শোল্লি খুম্মী,

"ঙসাই লাকপদুদি কনা-কনানো?"

"ইম্ফালদগী ইশুশিংনি।"

"ইশুশিংনি হায়বা?"

"মানি ইবুঙো।"

"কয়াম কুইনা লোৎপা য়াগনি য়েংগে। অহলসি গাড়িদা হাপচিল্লু।"

রাণি মপুরোইবগী মতুং ইন্নজে। মহাক কপ্লি।

"ইবুঙো, নপুসিদদি থম্বীরম্মু। মাদি করিসু খঙজবা নত্তে। ইশুশিংদো কৌ হায়রবসু কৌজগে।"

"নহা ফাওবা লাক্লবা ঙমদ্রিঙৈসিদা অহল নখোয়না হেন্না থৱায় য়াওখ্রেনে।"

"ইবুঙো, নপুসি থম্বীরম্মু।"

"ইমা, ওফিসফাওদং য়ৌরগা অমুক থুনা থিল্লক্কদবনি।"

খরা তপ্পা সিফাই অমনা হায়রম্মী।

তোমান সিফাই গাড়ি মনুংদা জ্ঞান তাদনা ফন্নি। মহাক যমগী লৈবাক্তা

চৎপা খোঙচৎকুম মাগী মতুংদা কপ্পা-লাউবগী খোঞ্জেল তারকই। খোঞ্জেলশিংদু মহাক্না খঙবা মীশিংগীসু য়াওই, খঙদবগীসু য়াওই। থম্মোয় শোক্না কপ্পা খোঞ্জেল অমগী খোস্থাংদি মহাক্কী মথবাক্তা য়ৈরম্মী।▱

।।২০০০, জুলাই ২২।।

# শীংনবগী কা অমসুং ডাইরিগী মপু

"হেপ্পী নিউ ইয়ার, হেপ্পী নিউ ইয়ার, থম্মোয় শেংনা পীরি ঐনা ঐগী শীংনদুনা চৎলিবা পুন্সি নঙোন্দা অনৌবা চহীগী য়াইফ পাউজেলসি। ঈশ্বরনসু থৌজানবীদুনা য়াইফবতা ওইসনু ঐগী পুন্সি নহাকপু।"

ঐ খংনোক নোকথোকখি। মশানা মশাদা য়াইফ পাউজেল পীজবা অঙকপা মীওই অমগী অঙকপা ডাইরিনি। দিল্লিদা অহিংসিমা পল্লমদ্রবদি অসিগুম্বা নুংঙাইরবা ডাইরিসি থেংনরম্মোই। ইরিবা মতমদু য়েংই। চহী তরামঙা মমাংগী জানুৱারি তাং অমা নিংথৌকাবা নুমিৎ। মথঙগী চেনা হাংদোকই,

"ঐ কনানো, হৌরকফম্মা কদায়দনো অদুগা চৎলিবসিনা কদোমদনো? ঐ খঙদে তশেংনা হেক হায়রবদা ঐনা ঐগী পুন্সিসি করিনো হায়জবা ঙমদে।"

"ঙমদবা?"

"ঙমদবা হায়বসিদা ৱাহং অমগুম ইমাঙদা অমুবা মশক খঙদবা মুর্ত্তি

ওইনা চোংথোরক্লে।"

"মতম পুম্বদা নঙনা নঙগী পুন্সিগী অশেংবা মশক থি নংত্রা?"

" হোয়! মদু চুন্নবা ব্রাফমনি।"

"ঙসিদগী নঙনা নঙগীতা নত্তনা মীপুম খুদিংমক্কী পুন্সিগী অশেংবা মশক থিরে।"

"অদুসু চুস্মী। অদুবু ঐনা ঙক্লিবদি থিনা-থিনা অসুম মাঙখিবসিনি।"

"অপঙবা, অদুদনি নঙনা হেক-হেক মায়থিরিবদু। থিরুনু কনাগীসু। নঙ নশাগীফাও থিরনু। চৎলু নঙগী চৎফম থোকপা লম্বীদুদা। হূরানগেরা লাক্কেরা মায়পাকপা অমদি ওইদবা য়াদে।"

"হুম, মদু ঐ পামদে। ইমাদা ব্রাশকখি, ঐ অচুম্বা তৌগনি। বাবাদো ঐ মশক খঙহৌদে। ঐদি ঐগী ইচানা মশক খঙজনবা পাপকী ওইবা থবক অমত্তা তৌরোই। ঐগী বাবাদো ঐনা মশক য়াম্না উনিংখি খঙদ্রা?"

ও! মহাক মপা মশক খঙহৌদ্রবা ? মশাবু মশানা কনানো খঙজদ্রবা? তশেংনমক মহাক নীংবা কায়রবা মীওই অমনি। মহাকসি ঐঙোন্দগী হেন্না তোল্লবা মীওইনি হায়বদা কনানা য়েৎপীগনি।

ঐ ডাইরিদু নাকলদা থম্মী। ফমুংদা লোংনা হিপ্লে। লমশাং লাকপগী ব্রারদুনা পোত্থাগে খন্দুনা থাল্লিবা ট্যুব লাইট অদু মুত্থৎলে। মীৎ তপ্না উইশিল্লে।

থা অনীগী মমাংদা ঐ য়ুমদগী তুমিন চেল্লকখিবনি। মতম খরা পতনাগীদা লৈবা মরূপ প্রতাপকীদা শৈদাংলুই। দেল্লি য়ুনির্ভসিটিদা তম্মীন্নরকপনি। শৈদাংগে খন্দুনা চংখিবদি নত্তে, চৎফম খঙলক্তুদুনা চংখিবনি। মচন্নুপী অমতং লৈবদুগী মহাক নুংশা মরক্তা কোইচেল চেল্লম্মী। মহাকফাওবা মচন্নুপী অমখক্কী চারম-থক্লম খঙদবমখৈ চেল্লবদুনদি ইচন্নুপী মরিগীদি তুম্বাফাওবা শংদনা চেনবা তাই। অদুনবু চেল্লক্লিবসিনিদনা। য়ুমদগী চেল্লক্লে, পতনাদগী অমুক চেল্লক্লে, হৌজিক অমুক পঞ্জাবতা চেনগদৌরি। মরুপ অমিতকী ফেক্তরিদা মাগী মখাদা লৈরুগদৌরি। প্রাতাপনদি য়াম্না খাম্মী। খাম্মী হায়দুনা কৈদৌরুনি, চেল্লগে খল্লবা মীওই অমদবু অদুমক চেনখিবা তাবনি। চেন্দুনা হিংলিবা মীওই অমগী পুন্সিদা

অতোপ্পা চেন্দুনা হিংবা মীওই অমগী পুন্সি অমা অমুক হাপকৎপা ঐ পামদে।

মী কৃক-কৃক ইন্নবা নিংশা শ্বরফাওবা অমুক্তং নীংতম্মা হোঞ্জগে ফংদবা ট্রেন্দা তোংদুনা দিল্লীদা থুংলবনি। ঐ দিল্লিদা থুংলগনি হায়বগী পাউ কনাদসু পীখিদে। পীখিবা য়াবা মীওই কয়াদি লৈ অদুবু মীচেল অমবু ময়াম্না তরাম্না ওক্লিংগদ্রা? ঐনসু ওকহন্নিংলোই। পীখিদবনা কনানসু ঐবু ষ্টেসন্দা ঙাইবীরমদে। করিগুম্বদা ভি:আই:পি: ওইরম্লবদি পাউ পীবগী মথৌ তারম্লোই মশা-মশানা খঙনা মোমোন নোক্কুনা থবক ফবা শাদুনা ওক্লমগনি। ঐদি মীচম্নি। মদুগীসু মথক্তা কা হেন্না খুদোং চাদ্রবা মী অমা। হুম, মসিসু হায়মল্লিদা ঐঙোন্দগী হেন্না মরায়বক থীরবা মীওই কয়া লৈরিবসিদি। ট্রেনগী জর্নিদা ঐঙোন্দগী শেল নিরবা নুপীমচাদুগী পুন্সিদুবু ঐঙোন্দগী হেন্না লাইবক ফৈ করম্না হায়গনি। শেৎলিবা মফী-মরোলদু কা হেন্না মোৎপদা নত্তনা মফম অয়াম্বা কুইনা শিজিন্নবকপগী মচেৎ-মচেৎ শেগায়রে। চাক্লিবশিংসে মী অমনা শেন্দান লম্বীগীদমক লোইবা শা-ষণগুম্বনি হায়না মরূপশিংনা হায়খি। ঐদি মদু থাজবা ঙমখিদে। করম্না থাজগনি মহাক্কী মমা-মপা নৎত্রগা মরী-মতানা মাবু মীঙোন্দা মীনুংশিগী ব্রাংমদা য়োনথোক্লমগনি হায়বসি। করিগুম্বদা য়োম্থোক্লম্লবা মহাক মমা-মপা, মরী-মতা লৈজদ্রবী অমদি ওইরমগনি। লৈরম্লবদবু পীক্লিবা নুপীমচা মহাক্না অদুম্না শেল নিরমগদ্রা? পাম্লমগনি মহাকসু মমান্নবী অতৈগুম্না লবুক-লম্ফাংদা, পাক্লবা লম্পাক্তা চেন-চোংদুনা শান্নবা।

মহাক্কুম্বীদুনি উপায় লৈজদ্রবা মীওই হায়বদু। ঐদি শরেপ ফারবা পাখং অমনি। অদুগীসু মথক্তা ভারতকী অফবা বিশ্ববিদ্যলয় অমদগী এম:এ: ফাষ্ট ক্লাসনি। অদুবু কৈদৌননি ঐগী মণিপুরদা ঐনা ব্রানা হোৎনজরুবগী মায় পাকপগী সার্টিফিকেৎশিং অদুনা। সার্টিফিকেৎশিংদুগী কান্নফম লৈত্রবসু ইমা-ইপানা মপুং ফানা ইহৈ তম্বগী খুদোংচাবা পীবসিনা ঐ মীকি-লাইকিদনা মণিপুরদগী মীচেল ওইবা ফাওবদি ঙম্লে। তঙায় ফদ্রবদি ভারতকী মপান্দসু মীচেল ওইরুবা ঙম্বগী থৌনা লৈ।

ইমা-ইপা পু-পাং শুনা লৈরি। মরূপ-মপাং কয়াসু অকোয়বদা ঐগী য়াকা ঙাইদুনা লৈরি। অদুবু করি থবক্লো শেল য়াওদনা ইহৈনা ইজ্জৎ লৈনা

তুংগী মীরোলগীদমক্তা শুবা য়াবা থবকসিবো?

নুমিদাং অথেঙবদা ষ্টেসন্দা হেক থুংলবগা খুত্তা পৈশা য়াম্না য়াওদবনা ব্রাখল থোইদোকপা খল্লুদন। অদুমক লাক্লে মীচম ঐখোয়বু তরাম্না ওকপীবা হোটেল অনন্দগী ফ্রী ওইবা কাদুদা নুমিদাং অমদি নুংঙাইনা পোখাজরুগে হায়না। কাদু কনাগুম্বা অমনা খুদোংচাদবা মীওইশিংগীদমক কথোক্লম্বনি। মদুগী ভারা মহাক্লা হুল্লি। মহাক পুকচেল চাওবা মীওই অমনি হায়বদা করি লান্নিংঙাই লৈ? ঐনা এম:এ: তল্লিঙৈদা মণিপুরদগী লম কোয়বা লাকপা মীচম কয়া কাসিদা থমখি। ঐগী কমিসন খাইবীখি। কমিসনগীদমক পৈশা লৈত্রবা মতমদা ইনাকখুনবা মীশিংসু থমখিবা য়াওই। কাদুগী মরমদদি থোইদোকপা অকুপ্পা খঙদে।

হোটেলসিদা য়ারেক্লবা মীগী মশিং য়ামখৎলিবমখৈ মখোয় নোকপগী চাং অসুম হেনগৎলকই। রামপ্রসাত্তি খঙনবা খঙদে, খঙনদবা খঙদে মাগীদা লাকপা মীওই খুদিংমক চহি কয়াদগী খঙনরকপগুম মোমোন নোক্তুনা অৱাৎ-অপা খুদিংমক হংবী। মহাক নুমিৎ চুপ্পা মোমোন নোক্তুনা লৈ হায়বা য়াই। ঐদি মীচম্নিনা মহাক্তুম্না মতম পুম্বা মোমোন নোকপদি লায়রদুনা পুক্নিগী মোমোন নোকখিবা মীকুপ ফাওবা মশীং থীবা ঙমখিনি।

মোমোন নোক্তুনতা লৈবা অতোপ্পা মীওই অমা হায়য়ু হায়রবদি ঐগী থম্মোয়দা কনা খঙহন্দনা তুমিন লাৎখিবী ঐগী থম্মোয়গী রোমিতানি। ঐগী ঙাঙগন্দবা চিনসিদগী অদুমক থোকখিদ্রে মাবু নুংশি হায়বা ৱাহৈদু। করিগীনো ঐনা মাগী থবক্লিবু হায়রবদি থৱায় অদুক য়াওখিবদো। ফোঙদোক্তবসু ঐগী থম্মোয়দা তারিবা মাবু নুংশিবগী মমি অদুদি মহাক খঙখিদে হায়বদি য়ারোই। অদুননি মহাক্লা ঐবু উবা খুদিং মেমোন্তা নোকখিবদু। হৌজিকসু মহাক ঐবু উবদা মহৌশাগুম মোমোন নোকখিগদ্রা? মাবু নুংশিবীবা মী খুদিং উরগা মহাক মোমোন নোকপজাৎলা? অদুদি মাগী মপুরোইবা উবা খুদিংগী মোমোন নোক্লম্লবদি মহাক য়াম্না ৱারমগনিকো। ৱারবসু মদুমক তৌহনবীয়ু হে ঈশ্বর!

নুমিৎ অমতংদি মহাক মোমোন নোকখিদে লাইরবগী চৈনানা পাঙ্গল থোকপা ঙমখিদবনি হয়বসিমতং মহাক্লা খঙবীরম্লবদি মঙানি চাক্লৌবা নুমিত্তা মোমোন নোক্লবগী পাউখুম ওইনা অশাওবা মীৎয়েংনা পাঙদবা হায়না চৈরম্বদু

তৌরমলোইদবনি মহাক।

ইশাগা লোয়নরকপা পোৎ-চৈদু মফম চানা থম্লগা ঙহাক পোত্থাফম থিবদা টেবল মথক্তা লৈরম্বা খুনাং চায়বা ডাইরিসি থেংনবনি। ডাইরিসি মল্লবসু মসিনা ঐগী মীৎয়েং চিংশিল্লি। মীগী ডাইরি পাবা তৌহৈদে হায়নৈ। অদুবু ঐ পারে। ব্রারবা মীবু পোত্থাবা ফংহনবদি অচৌবা মহয় ফংই হায়নৈ।

তুম্বা য়াদে মৈ অমুক থানগৎলে। ডাইরিদু অমুক ফাক্লে। মীঙোন্দা পীখিগদবা খুৎইসু নত্তবা মহাক মশাগী ডাইরিসি খুৎ নান্দবা তৌদে। চাবদা হাউগদবা মাল্লি। ঐনা চেনাদু খরা হাইগৎলগা পাই,

"মায়থীরে হায়দুনা লেপথোক্লবদি করম্না শকখঙনবা ফংগনি ঐনা পামজবা মোমোন মীনোক্তুদি। দাদা রামপ্রসাত্তগী হেন্না ঐনা মোমোন নোকপা পাম্মী। ঙম্লবসু হোৎনগনি।"

ও ! মহাকসু রামপ্রসাতকা মুন্না খঙনবা মী ওইবজাৎনি। মহাক্কী ব্রাখল্লোন অসি ঐগা য়াম্না চান্নে।

"অদুবু লাইবক হায়বা অমদি লৈকো। বিধাতাবু কর্ম্মনা ককপা ঙম্বা হায়বসি চপ য়ুংনা খল্লবা থৌনা ফবা মীওই খরতনা ঙম্মী হায়। ঐসু মখোয়গী মনুং চনবা করিগী য়ারোই। ঐগী পুন্সিদি ঐনা শেমজদনা কনানা শেম্বীগনি। ঐগী খুবাম মনুংদা ঐগী পুন্সি থমগনি।"

থোঙদা কোক-কোক থীল্লকই।

" য়েস কম ইন।"

মায়থোঙ তাবাবা, কুচু পানবা, য়েংবদা নুংশিবা নুপামচা অমনা কোফি পুশিল্লকই। হায়নবা তৌদনা টেবলদা থম্লম্মী। নোকফেৎ তৌরগা অমেঙবা ব্রাহৈনা হায়রম্মী,

"গুড নাইট।"

"গুড নাইট।" খুমখি হায়বদনি মহাক্কী ব্রাখলদা ঐ উংহৌই।

অসুক পীল্লিবা অঙাংসে অহিং অথেঙবফাওবা থবক শুবা। মহাক

অৱাবা পোক্তবা মাল্লি। রামপ্রসাতনা তম্বীবদগীরা নৎত্রগা মশাগীরা মহাক মোমোন নোকই। ডাইরিদা মীৎ অমুক থল্লে,

"ঙসিদি ঐগী মায়পাকপগী নুমীৎনি হায়না ময়াম্না লৌই। ঐগী ওইনদি অচৌবা মায়পাকপা অমদি নত্তে। ঐগুম্বা শিল্পী মীচমশিংগীদি মথম্মোয় চাওথোকপা নুমিৎ অমদি শোয়দনা ওইগনি। মসিগী নুংঙাইবসিনা ঐগী থম্মোয়দি মচী লেঙহনবা ঙমদে। কম্পনিগী মেনেজরনা কৌরক্তুনা থবক্তো পুক্নীং চংবগী অমসুং অচুম্বা তৌবগী খুৎকা-খুৎকা শোক্লদুনা থাগৎপীবা অহানবা নুমীৎনি। মদুদা লেংমান্নবা শিল্পী খরনা কল্লকপা পোকই হায়বসি ঐ খঙই অদুবু খঙশিন্নদবা শাদুনা ঐগী থবক্তা পুক্নীং চংনা মখা শুরম্মী। পুকচেল শেংবা, খাঙবা কনবা, শাউদবা, মীগা শীংনদবা হায়বসি মায়পাকপগী অচেৎপা লাইৱানি হায়না ইমানা চেৎনা শিন্নরম্মী। লাইৱা অসি ৱাশক অমগা লোয়ননা আশা অমগীদমক পুন্সিগী মীকুপ খুদিং ঙাক্তুনা চৎলি।"

খুৎইসিনা নুপাসি চাওরাকপা মশক অমদি তাক্লে। মহাক অচুম্বা পামজবা, হোৎনবা কনবা মীওই অমনি। মমাবুসু য়াম্না নীংই। মাগী মমাসি ইচম-চম্বা ইমুং অমগী নিঙোল অমদি ওইরল্লোই। মচাবু করি করম্বা লম্বীদা লমজিংলগা ফগদগে হায়বদু মহাক মুন্না খঙই। ঐগী ইমানসু পাউতাক কয়া পী। মমা-মপানা মচাশিংবু কয়াদা ফহন্নিংবা। চেনা অমুক ফাকই,

"ঐমুক লাইবক থীবসিবু তাইবংপান্দা লৈরমগদ্রা? খ্বাইদগী পাঙদবা মীশক অমসু ঐ ওই হায়বদা করি চিংনিনিংঙাই লৈ? অচুম্বা তৌবা ঐবু অরানবা তৌবশিংগী লুচিংবনি হায়না মেনেজরদা ৱাকৎ অমা থাঙ্গৎলক্লি, মদুসু ফোংনা। মদুদা ঐনা করিসু হায়হৌদনা পাঙদবা অমগুম লৈহৌরিবা। অচুম্বা অরানবা ওনখরে। অদুনা ঙসিদি মায়থিরে অদুবু পোলোইদি অচুম্বনা পুরক্কনি মায়পাকপা।"

মহাক্কীদমক ঐ নুংঙাইতবা পোকই। ঐ ফাওবনা অসি য়ৌনা নুংঙাইত্রবসিনদি মহাক্তি কয়াদা ৱারমগদবা।

"ঐদি ৱাদে। শিল্পী পুম্নমক্কী মমাঙদা মেনেজরনা থীনা চৈদুনা ঐবু কম্পনিদগী তাম্থোক্লে। মসি ঐঙোন্দদি অচৌবা ফাগি অমনি। থা ফাদ্রি কম্পনিগী

ফাউণ্ডেসন দেদা ঐবু পুক্লীং চংবগী অমসুং অচুম্বা তৌবগী সাইটেসনগা লোয়ননা শেলগী মনা পীদুনা পুম্নক্কী মমাঙদা কম্পনি অদুগীদমক চাওথোকচবা য়াবা শিল্পী অমনি হায়না শক্তাকপীখি। মহাক্কীসি ঐবু চাংয়েংলিব্রা?"

চাংয়েংবা ওইরমদুনা হে ঈশ্বর নুপাসিবু মাগী থবকসি হঞ্জিনহনবীয়ু। নত্রবদি মাগুম্বা শিল্পী মচা অমনা বদনাম অমগা লোয়ননা কদায়দনো চঙজফম-লৌরুগদবসি।

"মহাক্না ফনা চাংয়েং তৌরম্বা ওইরবসু ঐবু কম্পনি অসিদা অমুক হঞ্জিনহনবীগনু হে ঈশ্বর!"

অপঙবা নঙনা নিজরিবদু করিনো? হৌজিকপু নঙ কদায়দা করি থবক শুদুনা হিংলুগদৌরিবনো?

"হিংলুগনু চাক্লিবা ওইনসু মীনম্বনা থল্লবা মফমসিদা। অসুক থম্মোয় শোক্না হিংদুনা লৈগদবগী শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ। লেংমান্নবা শিল্পীশিংনা কম্পনিগী পোৎ হূরানবদু ঐবুসু য়াও হায়বদা ঐনা য়ারুদবগী অসুক চাওবা দণ্ডি অমা পীরক্কনি হায়বদি ঐ খক থাজরুদবনি। খঙই মখোয় লায়রৈ। অদুবু অদুগুম্বা ফত্তবা থবক্তু তৌরগা মখোয় ইনাকখুনবা হায়বদু হেক্তা ওইবা য়াগদবা নত্তে হায়রুবনি। মখোয়বু পোৎ হূই হায়দুনা ঐনা তাকফম থোক্লগা করিগী পোৎ হূদবা ঐবু মখোয় ঙম্না মান্নরগা পোৎ হূই হায়দুনা তাকশিল্লিবা? অদুগা মদুগী সাক্ষিনি হায়দুনা মখোয়না হূবা পোৎশিংদু ঐগী লৈফম হোটেল অনন্দগী রুম নম্বর ৯ দগী ফারকই হায়বা।"

ও! কাসি মাগী লৈফম কা ওইরম্বা। কা অসি হেক চঙলকপগা ঙহানমখৈ চঙখিবা কাশিংদগী তোঙান্না উখিবনি। নঙবু অরানবা তৌবশিংদু মেনেজরদা হায়দোক্লগা দণ্ডি পীহল্লু। নঙ অরানবা য়াদে হায়বদু উৎলু। মসিগী ৱাখল্লোনসিদি নঙগা শোয়দনা মান্নরগনি। চেনা ফাক্তোকই,

"মায়থিবতনা মায়কৈ খুদিংমক য়োমশিল্লবা ঐগী পুন্সি নহাক নিংহন্নবা তৌগনু। ইশানা ইশাবু মীনমজদ্রি। অদুনা নঙগী থুপ্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দা নোংমা শোয়দনা লাক্কনি মায়পাকপা হায়বদু।"

মাগুম্না ঐসু ইশানা ইশাফাওবদি মীনমজদ্রি অদুবু থবক্তগী পোত্থারবা বাবা, কুম লায়না নারবা ইমা, ইচন মরিদদি ঐ মীনম্লম্লে। মীনমদে হায়বদু উৎনবা তঙায়ফদনা থবক অমদি তৌদবা য়াদে। মচানুপা অমখক্তনি তুংগী আশা কয়াগা লোয়ননা মশক থোকপা মী অমা ওইনবা ইমুং-মনুংগী খরচ থওইদা ঐবু শেমখিবনা ঙসিদি মখোয় মীগী শেন্দোলনা খ্বাঙ কোয়রবা মমা-মপা হায়বদু ওইরে। শেন্দোল তোল্লবসু ঐগী মায়পাকপদা মখোয় নুংঙাইখি। খঞ্জখি লাকখিনি নুংঙাইবা নুমিত্তু। লাকহনগনি মখোয়গী মফমদা নুংঙাইবা নুমিত্তু মখোঙনা থোংনা মদু কনানসু থিংহল্লোই।

"মেনেজরদা মখোয় অরানবা তৌবনি হায়দোক্লরোই মখোয়গী মহুত্তা ঐ ওইনা দণ্ডি ফংজরগে।"

ঐ কোক পায়। পঙখ্রবা মীনিদা মসি। শিরম্লগনিদা। শিরমদ্রগবু ডাইরিসি অশুম্না লৈরমগদ্রা? অইংবদা মৈ থাদুনা তীক্লবা পুখ্রগনি।

"ঐগী নক্লবা মরূপ অমনা,মাসু ফেক্টরিদা থবক শুবা শিল্পীনি মতিক চাবা লমন খুয়সি, ফেক্তরিসি মৈ থাসি নুমিদাং লোন্না।"

মদুম তৌ। গান্ধিজিগী খজাই নাম্মা ব্রাৎলি হায়বা মতমদু নত্তে। মঙোন্দা শরুক লীশীং হেন্না খুৎ হনগদবনি।

"অদুবু ঐ তৌখিদে। তুমিন খাঙখি। অব্রাবা য়াম্লা থেংনরক্লবনিনা মসিগুম্বসিদি ঐঙোন্দা করিসু নত্তে। মখোয় ময়াম্না থবক তোক্তুনা মীওই কয়াগী খৌরি চরম মেৎকদবগী শরুক ঐগী খৌরি চরম অসি কংদুনা শিজখিসনু। ঐগীদি কনাসু লৈতে। রামপ্রসাতকী বিলসু শোত্তে। ঐনা শিখিবদা কনানসু ঐবু মোংফমদগী চিংথোক্তুনা কপ্লোই। মখোয়গীদি নুপী-অঙাং, মচন-মচে, মমা-মপা কয়ানা মোংফমদগী শোয়দনা চিংথোরক্কনি। শিবফাওবা মনীংতম্না শিবা ঙমলোইদবা কাঙবুনি। ঙাকপীয়ু ইমা মসিমতংদি নচাগী পাঙ্গল থোক্লা অচুম্বগীদমক লেপ্পা ঙমদ্রে। লেপ্পুবদা ঐগুম্বা মপা মশক খঙলোইদবা মচা কয়া অদুগা নঙগুম্না সাড়ি শেগায়বা শেৎপী নুপী কয়া লম্বীদা, ষ্টেসন্দা উগনি। মখোয়গী মহুত্তা ঐ চাক্লিদুনা চাগে ফংদ্রগা চরা হেন্দুনা শিজগে।"

হে নুপা, নহাকপু কদায়দা লৈবগে? নখোঙ শোক্লা অমুক্তং খুরুমজগে।

চাওখ্রেদা নঙগী থম্মোয়সে। খঙলে হৌজিক্তি নঙ কম্পনিদগী থোরক্লে। চাক্লিবা অমা ওইনা পুক্সি লেল্লে নত্ত্রা? ট্রেন মনুংদা শুমজিৎ মচা অমা পায়দুনা বোগি অমদগী অমদা ব্রাইশিংপা চৎলম্বা য়াই। মদুদা মহাক শোয়দনা অপেনবা ফংলমগনি। করিগুম্বদা নুপী থিরল্লবদি মাগী নুপীদু সাড়ি মঞ্জুনবা শেত্তুনা শেঞ্জাও পায়বা ইমুংগী থবক শুবা চৎলমগনি। মচা লৈল্লবদি শোয়দনা চাক্লিবী ওইরমগনি। ঙসাই ট্রেন মনুংদা পৈশা নিরকপী নুপীমচাদুবু মহাক্কী মচা ওইরিদ্রা? ঙৈহাক্কী মমাংদা কোফি থল্লম্বা নুপামচাদু মাগী মচা ওইরমগদ্রা? ঐনা মতেং পাংবা য়াবা মতাং ওইরল্লবদি অঙম্বা মতেং পাংদুনাঅচুম্বু মায়থিহল্লম্লোইদবনি। নহাক নমাদা শকখিবা ব্রাশক থুগায়রে অদুনা অৱাফমদা তাবা হায়বসি মশানা তাবনি।

মহাক্কী মিং লৈফম য়েংগে খন্দুনা খ্বায় মমাংগী চেমায়দু ফাক্কে তৌই। ফাকপা নংদ্রিঙৈদা থোঙদা কোক-কোক থিল্লকই। থোঙ হাংলুই। কোফি থল্লম্বা নুপামচাদুবু মখুৎ শম্বীদুনা ব্রাং চাওরবা মশা নানবা, চিংলেম্বা অচৌবা ইমুংগী মচা-মশু ওইরমগদবা মীওই অমা লেপ্লম্মী। ঐ তৌফম খঙদে। করি মরমগী কাসিদা লাক্লিবা? খুৎ লোন্নদুনা,

"নমস্তে।"

"চানবীদুনা অদোমগী খুত্তা পায়রিবা ডাইরিদু ঐঙোন্দা পীবীগদ্রা?"

মঙোন্দগী লূম্লবা খোঞ্জেল অমা থোরকই। ঐগী ঙকচান্নবদু উরগা মখা তারকই,

"মদু ঐহাক্কীনি। ঙরাং অহিং ঐ কাসিদা লেক্লম্বনি। ভারত্তা লাকপা খুদিং কাসিদা ঐ অহিং লেকই। কাসি ঐনা বীল থীদুনা থম্বনি। রামপ্রসাত্তা হায়রম্মী, খুদোংথিবা তারবা মীওইশিং মসিদা লেম্না থম্বীয়ু। ঐ নোংঙাল্লমদাইগী ফ্লাইটতা নিয়ুয়োক্কীদমক ভারত থাদোক্কদবনি অদুবু ডাইরিদু কাউরমদুনা অমুক হল্লক্লিবনি। করিগুম্বদসু মীচেল ওইগনু অচুম্ববু চেৎনা থাগোন্নদুনা শীংনদুনা চৎলু মদুদতা মায় পাকপা পুরক্কনি। নহাক্কী ফিভমসি ঐনা চিংনরিবসিদা ওইরবদি সে মসি লৌশিল্লু ঐগী ভিজিটিং কার্দনি, মসিদা ঐবু থিরকউ। অদোমবু ঐনা তরাম্না ওকচগনি।"

টেক্সি থৌখিবগী খোঞ্জেল তায়। ঐদি থোঙ থিংজিনগনি কাউবমখৈ

চুম্না লেপ্পী। রামপ্রসাতনা মখাদা অঙাংদু কৌবা তাবদা ঐ কা মনুংদা মায় ওনশিল্লক্লম্মী। মনিল কাহৌবা কোফি কপতু উন তারবা অহিংগুম তুমিন লৈরম্মী।▱

॥২০০০, জুলাই ২৯॥

# অনৌবা মঙাল

১

গুনে ফমুংদা লোংনা হিপ্লি। অহন ওইরকপগী পাঙ্গলগী ময়েং ারকপগা ঙসি নীনি-হুম্মি নোং লেপ্তুনা চুখিবগা পাশিন্নখিদুনা মশাদু ারি-শারি তৌই। ঝঙ্গি লৈখিদবদগী মহাক নাইতোম হিংলক্লি। মচানুপা অনী চাও-চাওনা লৈরি। অদুবু খাইনরক্লবী, নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী মচানুপী সোনিয়া লরমদ্রবদি পুঙ্গিগী অরোইবা শ্বর চনিং তানা হোনবা ঙম্লমদবসু কনানা খঙবা।

মতম অমগী মাহাক্কী আশাদি মচানুপা অনীদংবু ঙসি ওইরিবা ফিভমসিদা ষ্বীনবা হোৎনবনা লেঙদবা পান্দমনি। অদুবু মিহুৎথোঙদগী উরিবা মচানুপা মনীগী য়ুম অনীগী মরক্তা লৈরিবা ৱাংলবা চেক্কী শম্বন অসিনা মহাক্কী থম্মোয়বু াচেৎ অনী থোক্লা থুগাইবীরি।

"ইমা, ঐ ঙম্লোই হায়রিবসিনি।"

গুনে অহন ওইরকপগী না ফত্রবসু মশেল-মরাং ওইনা তারিবদু সিলোতাগী খোঞ্জেলনি হায়বা খঙই।

"ঐনা হায়বা নত্তেনে। নঙ মাঙ্কননা হায়রকপনি। নুপামচাদু য়াম্না ফৈ, দাক্তরনি। য়াদবা য়াদে। মখোয়গী মায় ঙাক্তবসু য়াদেনে। নঙনা নুংঙাইনা লৈখিবদুনি ইমানা পাম্বদি।"

সোনিয়াগী মহৌশাগা মান্নদবা কনাগুম্বনা পাঙ্গল থৌনা পুম্নমক ফাজিনখিবগুম শোম্থাংননা থোরকপা খোঞ্জেলদুনা গুনেবু হৈনদবা পোকহনখি। সোনিয়া নিঙোলমক ওইজরবসু মচা পিবা অনীসিদগী পাঙ্গলদা, লৌশিংদা হেনবীনি। মসিমক্লা গুনে মচানুপা অনীগী মমাংদা চাওথোক্লা মচানুপীগীদা লৈবা ঙম্লিবনি।

"ইমা, নঙোন্দা থোকখিবদু নীংশিংঙুনে।"

"ঐঙোন্দা থোকখি হায়দুনা নঙোন্দসু থোক্কনি হায়বদি লৈত্রে।"

ঙসি মঙা-তরানিসি মহাক খঙহন্দনা মমা-মচা থরুমগী লাল অমা কন্না শোক্লরি হায়বা গুনে মমি-শামি খঙই। ব্রারীদু মকোক্তগী খঙহৌদবনা মরক্কী খরসিনা করি মরমগীনো হায়বা মহাক্কী মন্থরক্লবা কোক্লনদি লাম্মুবা ঙমদ্রে। মহাকপু মীতোপকুম ইমুং-মনুংগী ব্রাদা খঙহন্দবসিনা মপূক্লীং নুংশিরকই।

" পুপু গুলী চারসি।"

"মতম য়ৌরবরা?"

" হোয়, সে ঈশিংসি হান্না খরা থকচিল্লু।"

গুনে ঈশিং অরুম্বদু খরা থকই। মশুনা মনাক্তা ফন্নবদা মথম্মোয় খরা চাওথোকচৈ। সিলোতানা লংবারদগী গুলী লৌথোক্লনা মপুদা পী। গুনে মদু মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা য়োৎশিল্লে।

"নমাগা খৎনরিববু করিগীনো?"

সিলোতা খুমদে। মপুগী ফমুংদু শেমজিন শাজিল্লি। মদু গুনে উই। মহাক মখা তাদ্রে। মহাক খঙই মীওইবনা থব্রায় ব্রারিঙৈদা পুক্লিং থৌগৎলবসু

কপ্পী হায়বসি। ঝক্সিসু মমৌশিংনা থওইবীদ্রবা মতমদা হেক হেক তুমিন কপখি। ব্রাফৈ অমদা পুথোরকই,

“চাক থোংঙব্রা?”

“থোংদ্রি। পুপুবো করি এঙ্গাং চানিংবগে?”

“উতি চাসিরা?”

সিলোতা খিত্তং নোকই।

“ নোং চুবসিদা বোবোক নীংশিংলকইরো?”

গুনে মীনল্লকই।

“অদুগী নত্তেদা সুম চানিংদুনা তৌবনি।”

“নারিবসিদি। চাবা ফরোই, কোন্না চাসি।”

“নাবসিদা হেঞ্জিন্দুনা শিরবদি নবোক্কা লাইরৈবাক্তা থেংনদুনা নুংঙাইরনি।”

সিলোতা খোঞ্জেল থোক্লা নোকখি। মশুগী মতৌদুদা গুনে অব্রাবা পুম্বা কাউথোকখিদুনা য়া অমত্তা য়াওদ্রবা য়ারী অনীদু উৎলদুনা নোক্লকই।

“পুপুনা চানিংলবদি থোংদু ঙাই। অদুগা শর্ত অমদি হান্না য়ান্নবা তাবা।”

“করম্বা শর্ত?”

“য়াম্না চাদবী।”

মশু মপু হান্নদগী হেন্না নোকখি।



“মহৌশাগী উতিদো অমুক নীংশিংলক্লব্রা?”

“য়াম্না চানিংদুনা তৌবনি। কয়াদি কুইরে চানিং-চানিংনা চাবা ফংলক্লিবসি।”

“চানিংলবদি নমৌশিংদা কোক থোংঙু হায়বা য়াদ্রো? ঐনা

নোংফাদোক চাকখুম চংবসিদা কেবকখ্রদৌনি।"

মৌ অনীনি যুমদুদা অঊণপোৎনা তেকথবমখৈ পুবক্তুনা অমনা অমবু শীংথানদনা মহাবাণী শাদুনা লৈবিবসি। মৌ অনীগী মুক্লবদা ঝন্সিগা গুনেগদি শাগৎচবম্বা আশা পুম্বা নোংমা নোংমগী নীংখাযবকখি।

ঝন্সিনা ঊতি পাথগদৌবে হাযদুনা কন্না ওৎলিঙৈ তাল্লক্তুদা সোনিযানা শোম্থাংননা কৌবা তাখি। সোনিযাগী শোম্থাংনবা খোঞ্জেলগী অর্থ খঙবী ঝন্সি অৱাবা পুম্নমক মথম্মোযদা ফাজিন্দুনা কবিসু খন্দবা শাদুনা হাযবকই,

"সোনিযাবা? চঙলকউ।"

সোনিযানা মনাক্তা শুৎ-শুৎ কপ্লববদা ঝন্সি মমায লৈথোবকই। সোনিযা মমায়-মমীৎ ঙাংশং ঙাংলদুনা ইপোম পোল্লম্মী। মনঙ্গলদা পোবিবী মচানুপী সিলোতাসু কুইনা কপ্লকপগী "ইক-ইক" তৌবি। মমাযদুসু মনপ মতিন্না লৌফম খঙদবে। ঝন্সিনা মশুবু লৌদুনা ফনেক ফিজিনা মমাযদু তৈথোকই। মপুবোইবনা ওৎপদগী সোনিযানা মপামদা কপ্না-কপ্না লাকপা ঙসিনা অহানবা নত্তে। অদুবু ঝন্সি খঙশিন্নদবা শাদুনা হাযবকই,

"চাক চাবগা ঈংনা হল্লো।"

"যুমদুদা অমুক হল্লু হ'যবক্লনু।"

ৱাদু খবা কন্না ঙাঙলে। ঝন্সি পাখত্তুনা মচাবু থেমজিঞ্জে।

"নঙ পাবুং তাখিনি ৩প্না ঙাঙ্ঙু। নচানুপীদুগা কবম্না হল্লক্তুনা লৈগে হাযবিবনো? কবি অমুক তৌবক্লে?"

"যুম পানববু অসুক যাম্না বাববদি নুপী অমত্তা মযুম পান্দনা মথং মপোক্কী কবিসু নাচুংদনা চুক শাজবগে হাযবক্কনি।"

"অদুবু বাদু তম্মু হাযবা।"

"ইমুংদা অবংবা পোৎ অমত্তা লৈবা যাদে। কবম্বা মতমদা লাক্তুনা পুখ্রিবনো খঙহৌদে, হৌজিক্তা লৈবমবদু থিকুবদা হেক্তা লৈবমদে। হঞ্জিল্লকপদনা যু থকচিল্লগা ৱা অমা হাযবগীসু ফূই, অমা খুম্বগীসু ফূই।"

"অদুদি খুম্মুনুনে।"

"খুমদ্রগসু নুপানা ঙাঙববু খুমদে, উইশিং-থওইদে হায়দুনা ফৃই। ইমা ঐ য়াম্না ৱায় হায়রিবসিনি। ঐদি ফনা য়াজখিদবনি নখোয়না ইঞ্জিনিয়ারনি, নুপামচাদু ফৈ হায়দুনা থাজখিবা নৎত্রা? মতম খরদি ঐসু নখোয়গী নমায় ঙাকপীরেদনা, মতুংগী পুঙ্গিসিদি ইমাহোয়না থাকপীনি হায়রগা ফরে। থাকপীদ্রগনা ঐসু নচানি, মচা অমদা থুংগদবা শরুক্তু থুংবীরো। ঐনা ঙম্লবা পাঞ্জবগে।"

ঙসাইমখৈ মশা ঙমদে হায়দুনা মাগী-মাগী কাদগী হেন্দোক্তবী মৌ অনীদু মীচঙ ওইদুনা সোনিয়াগী মকোক্তা বজ্র হৈথররে। সোনিয়াবু হান্নগুম থিনবীখিগে খল্লম্বা ঝঙ্গি মৌ অনীদুগী মতৌদুদা মচানুপীগীদমক পাম্বোম তিংদুনা লেপখবে। গুনেদি সমাজগী মিৎয়েং কিদুনা মচানুপাশিংগী মায়কৈদা লেপখি। ঝঙ্গি মমা-মচা পেন্না কপমিন্নখি।

২

"ইচে, পাবুংবু খরা ফগৎলবরা?"

"অহল ওইরকপগী হৌনশা ওইরমান্নে ইফ-ফগত্তে।"

মপান্দা বসন্তগা সোনিয়াগা ৱারী শান্নবদু গুনে তায়। বসন্তবু মনাক্তা চংলক্কদ্রা হায়বগী মহাক নুংশা থি। মতম অমদদি মচানুপা কোকহন-লাইহন্নি হায়দুনা ঙৈহাক উদবদা কদায়দা চৎখ্রে হায়দুনা কোয়থি থিখিবনি। ৱাখল লংফৈ চৎলিঙৈদা মখোয়গী ৱারীদু মরক্তা খরা তাহৌদ্রে।

"মহাক্না লৈবদা নুংঙাইগদবা ইমুংনি। মপা-মপুনা কৈরাক থারল্লবা, চারোল শুরোনফাওবা কায়দুনা চাবদা মচি লেঙলরোইদবনি।"

"ইচেগীদি করিসু খন্দে নখোয়না ফৈ হায়বদু ইচেগীদি ইয়া য়াই।"

"ইমুংদুদা ঐখোয় সিলোতানবু ওংখ্রবা মখাগী মনাওশিংসি থবক লেম্না ফংলগদবনি। ইচেনসু য়ানবা থেম্বীয়ু।"

"ফনা য়াম্না থেম্বনি য়ানিংদবা মাল্লি। মাগী মনুংকনবা অমা লৈরি।"

"ইচে, হন্দক্কীসি শোয়হনবা যাবা নত্তেকো। মনেহনসু লাকহনগে। অদুগা তোন্দোনবসু থেমগে। ইচিন-ইপ্পা ঐখোয় অহুমখক লৈবসিদা মচেৎ মচেৎ তানবসি লৈকাইসিগী মমাঙদা ইকাযবনা লোইবে। হন্দক ইমৌসিগী থৌদোকসিদা পুন্ননবা তৌহৌবসি। মহাক্কীসু মমৌনি সুম ইহ্নোত্তুনা থম্বা যাব্রদো। চাওবক-শাংলক্লে হাযবা মহাকসু খঙইবনি। মামতোন অমগী তৌফম থোকপদু তৌজনি।"

"ইচেগীদি নখোয নত্তনা হন্না যেংবদা কনা লৈ। মাগী মান্নান্না হাযবা ব্রাদবু মানা হিক্তোকপা যাববা?"

গুনে ঈশ্বববু হন্না হন্না থাগৎখি। ঝক্সিনা হিংলিঙৈদা মচাশিংগী অপুনবা শক্তমগীদমক নুমিৎ খুদিংগী ঈশ্বববু খুকমজবম্বদু ঈশ্বরনা উবীবে খল্লুবদা মহাক্কী মথম্মোযদু নুংঙাইবনা ইথন থল্লম্মী। মচা পিবা অনীনা মমা-মচাবু কয়া কুইনা ইস্থোক্তুনা থম্বীবম্লবা ঙসিদি মচেবু বসন্তনা লৌশল্লে, অতোম্বা তোন্দোনবসু মযাম্বনা থেমগদৌবি। সোনিযাগী থম্মোযদা মৌপ্পাশিংবু মনঙ্গলদা চাওখিবা, মযাদা চাগদবদু মখোযদা ইনবীখিবগী মীনুংশি অদু ঙসিসু লেঙদনা লৈবি খল্লুবদা মহাক নুংঙাইবা পোকই।

"পুপু, চাক চাবসি।"

চানিংনা থোংঙ্ভু হায়খিবা উতিনি হাযবা কাউবমখৈ মশুদা হংলকই।

"কবি এঙ্গাংনোনে?"

"পুপুসিদি বোবোক্কী ব্রাখলদা ঙম্না কাউখ্রমান্নেদা হো উতিনে উতি।

"ইহে! ঐদি কাউকবেহে। কনাগী ইমুংদনো?"

ব্রাহংদুদা ঙৈহাক চমমনৈ। অদুদগী জ্ঞান তাবমান্নে নোকথোবকই।

"মনিংলৈকাইগী মনঙ্গলদা ঘী চাওনা থুংবা যাইমগী মশুদনি।"

গুনে মখুৎ-মশা প্রেক-প্রেক থেকই। অদুবু মহাক্কী মাযথোংগী চিংলেম্বদুদি মাঙহন্দে।

"কবিগী ঘী থুংবদুগী মশুদা ওংজকনি। ইশুগীদি মশা নানবা, মবুক মপাউ ফবা অমা লৈবদাইনে?"

"হনুবসিদি।"

সিলোতা থনুংদা নোকই। মশুগী মতৌদুদা মহাকসু নোকই। সিলোতানা উতি নম্না তোংলবা চাক্তু গুনেদা ইল্লি। চাক্তু উমশায় শায়রগা য়োংশিনখ্রে। হাউনা চানি খল্লম্বা উতিগী মহাও লৌফম খণ্ডদ্রে। মমীং উইশিনখি।

"পুপু, হাউত্রবো?"

"হা করিবো?"

"উতিসে হাওত্রবো, বোবোক্লা থায়না থোংবদুনা হেনবরো?"

"অঙাওবীসিদি।"

"ঙাওরিসে ঐ ওইরম্লোইদা।"

"মৈতে মঙ্গ্রা অঙানবা হেক-হেক থিল্লক্লম্বদু কৈদৌখরে? থিল্লক্তবা কুইরে।"

"মাক্ষনদা হেক লৈহল্লু।"

বসন্তবু শাউনিংলকই। থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক মহাক খণ্ডহৌরিবনি। য়াইমনা থাল্লকপা লাংদা মহাক্লা ওইজবা খরগীদমক অপঙবা শাদুনা থুরুরি। মহাক মচানুপাশিংগী হাকন্দা কুইনা পংথরুরে। হন্দক্তি নুপাথোক্লা মচানুপীগীদমক থবক পাঙথোক্লগে হায়না মপুক্লীংদা চপ-য়ুংনা লেপ্লে। অনৌবা ব্রাখলগী মঙাল অসিনা মহাক্কী মায়থোংদু পুমথন থনখি। মশুনুপীগী তবারবা মায়থোংদুদা য়েংলকই,

"ঐনা চানিংবদি শানানবদুগীনিনে।"

"হনুবসিদি খণ্ডশিন্নখিদ্রে। ঐদি থাজশ্রবীনি। মাক্ষান্না লাকপা য়াররোই হায়দুনা থিংখ্রে।"

"নঙ মাক্ষান্না ? মাগী করি মতিক লৈদুনা? হোরেল ময়ুমদা চৎলু।"

"ইকাইজে।"

"ইকাইরুনু ইশুসিদি। পুপুনা মৈতে মঙ্গ্রা অঙানবদু চাদবা কুইরে চানিংই হায়হৌই, হয়েংদু থিল্লক্তবা য়াদে পুপুগা অরুবা ব্রারী শান্নগদবসু লৈ, হায়রু।"



গুনেগী নুংশি মরুমদা ইংনা পুন্সি লেঞ্জরম্বী ঝন্সি, সোনিয়া মমা মচাগীদমক কৈথেলদা রেষ্টুরেন্ট হাংলে। গুনেগী থম্মোয়দা ওইনজ্জদুনতা লৈরক্লবী ঝন্সিনা পুন্সিগী লানফমদা থোরক্তুনা হিংববু লাম্থেংনরকপদু গুনেগী থম্মোয়না মহাক ঝন্সিগী মফমদা মায়থিরবা লাম্মী অমগুম খঞ্জরম্মী। ঙসিসু থিরি মাগী থম্মোয়না লাল্লিবসি কনানো? মহাক কৈদৌঙৈদসু মীগী ময়ুমদা চৎখিগদবা মচানিঙোন্দা আশা থমখিদে। ঙসিসু অদুমঙাই মচানিপাগীদমক লেপ্পী। ঝন্সিনা মচানিঙোলগীদমক মহাক্না মচানুপাশিংগীদমক পাম্বোম তিংলি। নিঙোল অমসুং পিবা অনীগী হাকন্দা ঝন্সিগা গুনেগা মমাঙদসু কয়ারক নপাক তানখ্রবনি। ঙসিসু মান্নদবা মিংথোল অনীসীগীদমক চহী কুম্থ্রা হেন্না থম্মোয় থম্মোয তিন্নানা য়ুম্বানমিন্নরক্লবা থম্মোয় অনীদু তোঙান তোঙান তানরে।

" পাবুং মখোয় তামোখোয় ওফিসকী পিক্নিক অমা লৈমান্নে। ঐখোয়সু চৎলুবা তাবে। পাবুংসু পাবুংনা থোকপা পাঙনা-পাঙনবা শীনবীহৌরো।"

মমৌ অতোম্বীনা বা হায়বা লোইফাত্রিঙৈদা তোন্দোনবা গেরেজদগী কার থৌদোবকই। মমৌগা মচানুপাগা কারদুদা তোংলগা নোক-খেদুনা চৎখি। থম্মোয়দা খুত্তুম শুদুনা লৈহৌই। মচা অহনগীদা মমৌগা মচাগা টেপ রেকোদর হৌনা থাদুনা নোকপগী মখোল তারি।

"ঙসাইদগী ফম্লিবদু ঙা কয়াম ফারবগে?"

কয়া কুইনা তুরেল মপান্দুদা ফম্লুরবনো খঙদে যাইমনা খোইজৈ অমা পায়দুনা মনাক্তা লেপ্লবদা গুনে নুমীৎ লৈথখরে হায়বা খঙলকই।

"ফম্বগী মতম অসুক যাম্না ঐঙোন্দা ফংলম্লবদি তুরেলসিদা লৈরিবা ঙা পুম্নমক করিগী ঐগী ওইরম্লোই?"

গুনে হান্নগী মীৎয়েংফমদা য়েংদুনা তুমিন লৈ। মনঙ্গলগী ঘী অদুনা চৎপদা রানা থোক্লবা য়াইমা তুরেল মখাদা তুরোই-ঙাম্লোই কুমথখিদুনা মফম চাবা য়েংলগা খোই থাখ্রি।

"গুনে, নয়ানুপাদুগী মরায়বক্তুদি ...। জার শান্নফমদগী পুলিসনা

ফাদুনা জেলদা থম্বদা জেলদা অমুক শিরবা।"

গুনে মসিদসু তুমিন অদুম লৈ। তুরেল মখাদগী গুনেগী তাইফেৎ তাইরবা মায়থোংদু য়েংলগা য়াইমনা লাউখৎলকই,

"গুনে, নঙবু চাক চারব্রা?"

"চাদ্রি তয়াইমা।"

খুমদবা য়াদবদগী খুমখিবনি। মীকুপ্পুদা কনাগুম্বা অমত্তনা মঙোন্দা য়েৎহন্নিংদে।

"এ! হৌজিকফাওবা চাদ্রিবা? ঐখোয়না তাবদি নঙবু নমৌ অতোম্বীগীদা অমুক অহলগীদা অমুক লৈদুনা চাদুনা চানিং-চানিংবদা ননীং-নখা তৌনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরে হায়দা। ইবো, নঙগী নতৌসিদি অউবা মীনা ইকায়বা হায়বদু হেক থোক্লে।"

য়াইমগী খোয়দা ঙা অমা থুখিবগী সমিন ফংদুনা য়াইমা খোইচৈদু লাক্কুনা চিংখৎলি।

"এ! ফাবৌঙা মচা নঙ ওইরে।"

ঙাদু মনাক্তা লৈবা কৌতা অমদা হাপচিনখ্রে। তিম্ব্রোক অমুক লেংদুনা তুরেলদা খোয়চাক অমগীদমক মথব্রায় থাগদবগী ঙাইরিবা ঙা অমগীদমক কোচিদু তুরেলদা লংথখি। য়াইমা ব্রা মখা তানা ঙাঙলকই,

"ঝঙ্গিনা মচানিঙোলগা রেষ্টুরেন্ট ফমহন্দুনা নুপা ঙাওনহল্লে অদুগা নঙনা মশা তেকপী নমৌশিংগা...।"

গুনেনা মখৌরী মেৎপনা হানখিদুনা য়াইমগী ব্রাদু মখা তাখিদ্রে। তুরেলদা খোয় থাক্লম্বশিংনা উদুনা খাম্বা চেল্লক্লমদ্রবদি গুনে মীহাৎপা হায়বা মিংথোলদুদগী নাম্থোকপা ঙমদনা জেলগী চেকপলনুংদা লেনলমগদৌবদগী শম্নাদা লীৎহৌই।

খুদক্তা খুঙ্গং অপুম্বা শন্দোকখিদুনা তুরেল মপালদু মীনা ফিঙৌ ফৌখরে। লৈকায়গী অহলশিংনা ব্রাতেমদুনা গুনে য়াইমাদা খুরুমহন্দুনা থৌদোক্কু পাকথোক চাওথোকখিদ্রে। ব্রারী-ব্রাখোঙ খঙনদবশিংনা অখঙবশিংদা

লীহন্দুনা মযুম-মযুমদা হন্নখবে। মী পুম্নমক হন্নখ্রবা মতুং নুমিদাং ফনা থেঙলবা ফাওবা গুনে তুবেল মপান্দা ফল্লি। অবাপ্পদা মৈঙাল অমা উবা নত্তনা অকোইবদু ইমম-মম্মী। মহাক্লা থাজবগী ৱাংমদা মৈঙালদু তপ্পা-তপ্পা মহাক্কী মনাক্তা নকশিল্লক্লি।

"মোই পাবুং, যুমদা হন্নবা তৌসি।"

তোম্বীগী মখুৎনা মাগী মবেংবানদা পাযবকপদা থিংদুনা থল্লম্বা মপিদু হৌনবা তৌদনা চেম্থখ্রি।

" থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক ঐনা লানখিবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। অপঙবী ননাই নুপীবু ঙাকপিযু।"

গুনে মাগী নুপীদা যেংখৎলকই। মৈঙালদুদা ঝঙ্গিগী মমাযদু পিনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। অতিযাদা থোক্লিবা থবানমিচাকশিংনা মখোযবু নুংশিনা যেংদুনা লৈবম্মী।

৩

"পুপু, মৈতৈ মঙ্গ্রা অঙানবা পুর্বক্লিযে।"

গুনে উইবোন-উইবোন তুম্লম্বদগী মীকপ খংথোক থোক্লকই।

"ইশুনিংথেম লাকইদনা। কুইবেদা ইশুনা পুবক্তবদগী মৈতৈমঙ্গ্রা অঙানবা চাদবা।"

উতি থোংবগী মহা ও খঙখিদ্রবা গুনে য়াবী অনীনা তক্কুনা মৈতৈ মঙ্গ্রাদু হাউনা চাবি। থোঙজিন মকমদা সিলোতা চেপথদুনা যেংলি। মহৌশাগা মান্নদবা মীনোক অমা ঙসি মাগী মাযথোংদা তাই।

"ইশুদি লাইবিক কদায যৌববা?"

"নশুনুপীগা মান্নে।"

"পুপুদি নঙগী লাইবিক্কু ঙহানমখৈ হংদবনিনা খঙলুদে। ইশুদি যাম্না তম্লম্মীদনা। মাষ্টব লোইববা নুপানা মঙ্গ্রাগী ফাম তৌবা, নুপা থোকইদা।

হুমাংমননা ইজ্জৎ লৈনা হিংজবনি নত্ত্রা? কনাদা করিগী ইকাইরুনি।"

"সুম হোৎনবনি পুপু।"

" ফৈ হোৎনগদবনি। নচিন-ননাওদি কয়ানো?"

"নুপা অনী, নুপী অনীনি পুপু।"

"অদুদি নঙদি ঐখোয়দা লৈরসিদনা।"

নিংথেম মরু লুকথখি। থোঙজিন মরুমদা লোত্তুনা লৈরিবী সিলোতাদা ফলপ য়েংই। সিলোতা মোমোন নোক্লকই। নিংথেমসু নোকই।

কনানঘু পাউ পীরুঘনো খঙদে। ঙহানমখৈ উনবা য়াদবা বসন্তগা তোন্দোনবগা য়াম্না নুংশিনবা মচিন-মনাওগুম মীচং ওইদুনা লাকই। সিলোতাদি পাখত্তুনা মমা থিবা চেনখ্রে। ইখোল শুরম্বী সোনিয়া লাক্তুনা গুনেগী মনিংদা লেপ্লম্মী।

"অঙাং নঙ, মী য়াম্না ঙল্লেনেকো। মী মশক খঙদবা শারদনা। মী মশক খঙদ্রবদি হৌজিক ঐখোয় কনানো হায়বদু উৎপা তারে।"

বসন্তনা তোন্দোনবদা য়েংই। মীৎয়েংদু অকনবা য়াথং অমা তাওথবগুম তোন্দোনবা নিংথেমগী মায়কৈদা য়েক্লবগা লম্বা পাগদবা থৌনা ফবা লাম্মী অমগুম চংশিল্লকই।

গুনে তোন্দোনবদা মীৎ খানা য়েংই। মীয়েংদুদা করি শক্তি য়াওবনো তোন্দোনবা থাংলম্বা খোংথাংদগী মখা চত্থবা ঙমদনা অশাবা মুর্ত্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈরি। গুনেগী চিংলেম্বা শাজৎ অদুদি ইকায় কায়দে। মথম্মোয়দা প্রলয়গী মৈরি অমা চাক্লিবদু ফাথদুনা নিংথেমগী খুদাং পায়দুনা তপ্না হায়রকই,

"ইশু, নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা নখোয়গী অহল-লমনবু মাঙ্গোল কাহল্লকউ। ইশুনুপীসিদি মপু ঐনা হিংলিঙৈদা মশানা পামজবা মফমদা থাজরম্লগে।"

মমাংঙৈ সোনিয়ানা মকোক্তো বজ্র তাবগুম মপাঙ্গল থোক্তুনা লেপখিবগুম ঙসি মৌপ্পা অনীদু ইকাই-নুংশি য়ান্ননা তুমিন লেপ্লি। মমান্নবগা খৎনবদা মমান্নবশিংনা নমহৎপীখ্রবদা বসন্তনা কপ্তুনা ময়ুমদা হল্লকপদা তকশি

শোনখিবদু নীংশিংলকই,

"তোন্দোনবা নঙ চাওবন্নবদি মীনা লাকচখিবসি লাকচবন্নোইদবনি। ইচে, নঙনা নুপা ওইবন্নবদি ঐগী পাঙ্গল ওইবমগদবনি।"

তোন্দোনবনা তুমিন লেপ্তুনা মযাম্বদা মমীৎ কুপ্তুনা য়েংখিবা, ইতুক তুকথনা লেপ্লিবা মৌপ্বা অনীদা যেংলগা নিংঙমদবগী মপৈ পুদুনা লেপখিবী সোনিযা ঙসিসু মৌপ্বা অনীগী অন্নাবদা শকক যাদুনা তুমিন লেপ্লি। গুনেগী খুইববা মাযথোংদি অনৌবা মঙাল অমনা মোমোন নোকহল্লি।▱

।।২০০০, সেপ্টেম্বর।।

## নাকেন্থা লাক্লে

নাকেন্থা য়ৌরে হায়বসি কনানা অমুক তাক্লরুগনি? উপাল-ৱাপাল খুদিংমক মনা নাপু মচু ওল্লক্কনি, অদুদগী মখোক লোয়রদুনা অমমমতা ওইনা লৈমায়থক্তা নীংঙমদবা মপৈ পুদুনা কেল্লক্কনি। নোংমা মরুপ পোরৈতোন্না হায়খি,

"নাকেন্থাসিমুক হৈনদবা খ্বতু অমা লৈতে।"

"ঐদি নুংশিজগ্রে। নাকেন্থানিবু হায়রবদি কবিতা মখল মখল থোকই।"

"অদুনা মরূপকুম্বা কবিগী ৱাখলনি। কবিগী ৱাখলদি ময়ামগা মান্নদে হায়নবদুনি। ময়াম্না পান্নদবা খ্বতু অমসু নথম্মোয়না পামজরি।"

"নঙ খরদং খস্থৌ নাকেন্থাদা কেল্লকপা উনা অমগী মমল কয়া য়াম্মী হায়বদু।"

"পীকখ্রবা উনা অমগীদমক কোক থাদনবা মতম লৈতে। পাক চাওখ্রবা মালেম লৈমা ইমাগীসু ঐ খনবা ঙমদে।"

"অপীকপগী খন্নবা মতমসু লৈতবা অদুগা মপান্নাইদনা পাকখ্রবা মালেমগীসু খনবা ঙমদবা অদুদি নঙনা খল্লিবসি করিনো?"

"শুপ্নতগী ঐগী ইমা লৈবাক মণিপুর।"

"ফিভমসিদা মতমসিদা উপায় লৈজদবা নঙ-ঐনা ইমা লৈবাক নুংশিরবদি নাকেন্থাদা কেল্লকপা উনাসিগুম কুইররোই।"

চিন্দা লাইতোংবরা ঐবু? কবিদি মাইবীনা লাইতোংবা মতম অদুগা পাংখক ওই হায়নৈকো। পোরৈতোন ময়ুমদা হঞ্জিল্লক্রে হায়নরম্মী। লৈপুং ফম্বদা মাগী মরমদা ঙাঙনবনা মরুওইবা ৱাফম ওইনরক্লে।

"থিরি মখোয় কছারগী মাম্মনা।"

"মাঙলগে খল্লগা মাঙখ্রবা মীবু থিবা ফংখিগদ্রা?"

"মীবু থিরবদি মানা কদায়দা লোৎপা ঙমগনি?"

"জিরিগী উমংদা মকোই য়োক্তুনা লৈহৌই হায়নৈ।"

"নত্তেদা ব্রহ্মাগী উমংদা নোংমৈ অশাংবা অমা পায়রগা গার্ড তাহৌই হায়বনি।"

"মমা লুখ্রাবীসে শোমদা অমুক লাক্লে। মচা উব্রা হংলক্লনি। চৎহৌরসি লাক্লো।"

উনা-ৱানা কেল্লক্রবসু নত্রগা মতম চুপ্নদা ঐনা কবিতা ইদুনা মপান থোকপা শংদ্রবসু ঐ অদুমক খঙই নাকেন্থা য়ৌরক্লনি হায়বসি। মসি ঐ ইশা ইথন্তনা খঙজবা ঙম্বা ঈশ্বরনা পীথোকপা শক্তিদি য়াওবা নত্তে।

মতম পুম্বদা কৈথেল ময়ায়দা হৌরিবা মশা-মরেং ফন্দোক্তুনা ৱাংলা চাওরবা সনাখোংনাংগী মখোঙসিদা পোক্লা পুঙৌ ঙৌরবা ময়া অমত্তা য়াওদ্রবী ঐগী মাঙখ্রবা মরূপ পোরৈতোনগী মমাদু মফি-মরোল মফম মরাং খঙদনা ফমদুনা লৈগনি। অদুবু মহাক নাকেন্থা য়ৌরক্লবদি ঙৈহাক ফাওবা ফম্বা শংজদে। নাকেন্থাগী কেল্লক্লবা উনাশিংদু মহাক্না খুঞ্জিলগনি। মরমসিনা নাকেন্থা অসি মহাক হায়ফম খঙদনা ৱায়।

"ব্রাদরা ইমা?"

"ব্রাবসে ঐগীদি নুংঙাইবনি খঙদ্রা?"

"অদুবু অচাপোৎসিমতংদি চাসিনসিদনা।"

"এ! উনা অমা অদা কেল্লক্লে। পাইখ্রনি পাপীগী মচা নুংশিৎসিনা উনাশিংসে মরাল করিসু লৈজদবদা খোংবান লুকপান্দা পংহুমদা হুমথনি।"

মহাক চেনখি উনা অমগীদমক। মরূপ পোইরৈতোন্নদি নাকেম্থাগী উনাবু কয়াদা তুকৎচনা য়েংবীরম্বা অদুগা মাগী মমাসিনদি উনা অমগীদমক্তা কয়াদা ব্রাজরিবা? কৈথেল ময়ায়গী খোংনাং মখোঙদুদা অকেনবা উনাশিংদু পুল্লপ পৈদুনা লৈরম্মী। ওম্থোক্লা য়ামথ্রে। পুক্লিংসিদা খল্লকই,

"অসুক য়াম্বা উনাশিং অসিদি পোইরৈতোন মমানা কদায়দগী খোম্লুরিবা?"

ব্রাহংসি অমুক পূক্লীংনা ককচরকই,

"থওইনা হোৎনরবদি সিদগী হেন্নসু য়াম্না খোম্বা ঙমগনি।"

ঐনা ঙৈহাক ব্রাখন খন্দুনা লেপ্লিঙৈদা পোরৈতোন মমাদু হোবে-হোবে চেল্লকই। অকংবা উনা খরসু নাম্থোকখিনি মতাগুম কন্না পায়রম্মী। ঐঙোন্দা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা উনাগী লৈপুং অদুদা হুনজিনখ্রি। মহাক্কী মখুৎ অনীদু ব্রাংনা থাঙ্গৎলদুনা লাউদুনা চেনখি,

"নাকেম্থা লাক্লে। নাকেম্থা লাক্লে।"

লম্বী চৎলম্বা মী খরনা মাগী মতৌদুদা নুংঙাইতদুনা শোন্নরকই,

"মচাগীদমক অসুম্না ঙাওখিনি হায়বসিবু কনানবু থাজবগে?"

"থাজদবা ঙাক্তনিনে থোক্লিবসে।"

"অনীদা শুজরম্লবদি ফদবা।"

"অনীদি কদায়দগী শুরনি মপাদু ঙন্না শিখ্রদুদি।"

পোইরৈতোন মমাগী খোঞ্জেলদু লাপ্না তায়। মশক্তি উবা ফংদে।

"নাকেম্থা লাক্লো। ইথাদা চেৎনা কোঞ্জরগে।"

করি ৱাঙাংনো অসিদি? মহাক ঙাঙনিংবদা ঙাঙলে। নাকেন্থাগা মাগবু করি মরি থোক্লদুনা মথাদা কোন্নিংলিবা? মহাক হন্দক্তি তুমিন শুকথদুনা লাকই। কেল্লকপা ঊনা অমত্তা ফংদ্রবজাৎলা? হোয়নে, ফংদ্রে মখুৎসে ইহাং হাংনা হল্লক্লে। কুইনা শাংনা থবক শুরুবগুম মশাদু ইচোক চোকথনা অকংবা ঊনাশিংদুগী মনাক্তা মখোঙ শাংনা তিংথোক্তুনা খোংনাং পাম্বীদা ঙাথদুনা ফমথখ্রে। মচিনদি ঙৈহাক্তা লেপ্তে করি করিনো পঙাঙদা ঙাঙই। অসুম্না ঙাঙবসিনসু ওইরমগনি মশাদু ময়েং য়াম্না তারে। য়েংবদা ঙা অয়াইবদু মাল্লে।

"ঊনাসি পংকেন্দা কেনবা য়াদ্রা? নাকেন্থানি হায়দুনসু কেন্দেনেসে। মীদি পংশিদা শি। মীগীদি নাকেন্থাসু লৈবা নত্তে।"

শজিবু চৈরাওবদনি। চীং কানরুবা হল্লকপশিংদা কারকপা মীশিংনা তম্মী,

"পোইরৈতোন্দো শিরে হায়নে।"

"কদায়দা?"

"শুগুনুদা।"

"কৈদৌঙৈ শিরিবা?"

"খঙদে।"

"মশক্তি খঙবদা ৱারমান্নে।"

" সেক্রেটরি বিমোননা মঙকশমগী লীক্তা খঙলকপনি হায়।"

" হৌজিকপু কদায়দা লৈরিবনো?"

"রিমসকী মোর্গতনিদনা।"

"পুরক্লনি হায়নহৌই।"

"মমাদুদি ঈশিং চাইদুনা লাক্লহৌই।"

"চীং কাহৌদবা তারে হায়দুনা চেল্লক্লিবনি।"

নুমীৎ হায়গৎলক্লে। ঊপাল-ৱাপাল পুম্নমক তুমিন তুমিন লেপখরে। খোংনাং পাম্বী অদুমদি পোইরৈতোন মমাগীদমক মরক-মরক্তা অকংবা ঊনা

অমমম-অনীনি থাদবীরকই। মখোয় অনীদি অচেৎপা মরী অমা লৈনবা মাল্লি।

"মনিশং, নঙবু চাক লামদ্রিবরা?"

"চাকপু লাম্বা হৌনব্রা? লামদে, লামদে।"

অনৌবা মীনুংশিনা য়োম্লবা খোঞ্জেল অমা তায়। ঐগী কাগী থোঙনাওদগী খোঞ্জেলগী মপুদু উবা ফংদ্রে। পোইরৈতোন মমাদি খোংনাং মখোঙদা নীংঙাইদনা ফমলি। ঐ হৌগৎলে। মপানদা থোরক্লে। কনানো অসিদি? উখিবগুমসু তৌই। মশক ফজনা লাকশিনবদি ব্রানা থোক্লে। খুন্সিগী মীওইদি নত্রে। থাউ তৈবীদ্রবা কোক অদু অঙৌবা শম্না হেন্না য়াম্লে। হিদাক মনা উমনবদগী ময়াদু কোহ্লিং কাবগুম তৌই। অহল ওইরে।

" চাক লাম্লে। ঙসিদি থবকসে কয়াদা চিল্লবা চাক চাবাফাও হেক শংদে।"

"ঙাইখোনে মনিশং, ইবুং লৌথোকপীগে।"

"নঙদি য়াম্না তপ্পীনে হনুবা। থুদ্রবদি থবকশিংসে অমত্তা নংহৌররোই।"

মহাক চাক্কু হোবে হোবে চায়। চানা চানা ব্রা ঙাঙই,

"ঊনাশিংসে নাকেন্থাদদা কেল্লিদনা, ঈশ্বরনা ঐগীদমক্তা নাকেন্থাসি থম্বীরম্লিবনি।"

" হোয়নে হোয়নে। নঙগী ঊনাশিংসে য়াম্মে, য়ুমদা চৎলসি।"

"সিফাওবা য়ামদ্রিবনি হনুবা। নাকেন্থাদা কেল্লকপা ঊনা খুদিংমক ঐগীদমক্কি। অদুনা লোইনা খুনগদবনি। খুন্দ্রবদি ঐনা কদায়দগী ইথাদা কোনবা ফংগনি?"

"ঊ মথক্তা কাদুনা হেক্কু ঙায়।"

"হুম মদুদি ফত্তে। পাপ পুনি। আদা অমা কেনখ্রে।"

মহাক চেনখি।

"ঙাইখোনে মনিশং, চাকসে হান্না চাখিসে হায়বা।"

"অপঙবা নুপা, চাক্তি কোন্না চারবসু য়াই। চাদ্রবসু কৈসু কায়দে। উনা অসি খুনহৌদ্রবদি করম্না ইথাদা কোঞ্জবা ফংগনি?"

ঐ খোঙ থাংলে। অহল অদু তুমিন লৈমাযদা মরু লুকথদুনা লৈরম্মী। ঐনা তপ্না কৌই,

"মাম্মা"

মহাক ঐঙোন্দা য়েংলকই। খুমদি খুমদে। ঐনা অমুক হংই,

"মাম্মাবু কনা ওইবীরবনো?"

"ইবুঙোবু খুনসিদগীবা?"

"মান্নি মাম্মা কৈথেলগী অরোইবদা লৈববা যুমসে ঐগীনি। মাম্মাবু কবি লমদগীনো? ইন্দোমচাগা কবি মবী থোক্লবীবগে?"

"ঐগী অমত্তা ঙায়রবা ইচননিনে।"

"ও! অদুদি মাম্মাসি কছারদগী?"

"মানি মানি।"

"মাম্মা মধুমঙ্গল ওইবীরবরা?"

"হোয়নে। ইচাবু কনানো? নঙ মাম্মাদি খুনসিদা মরক-মবক্তা লাকপদগী হেন্না পাক লাকপা ঙমদে। অদুনা খুনসিগী মীওই অযাম্বা খঙদে।"

"মাম্মা, ঐবুদি খঙগনি। ঐ পোইবৈতোনগী মমান্নবা খেলেননে।"

"ইবুঙোবু খেলেন ওইরে। নঙদি নযাংগা য়াম্না কংলে। অঙাং ওইবিঙৈদদি কয়াদা নোযরম্বনো।"

"মাম্মা, মতম-মতমগী অহোংবা হায়বদুনি।"

"পোইবৈতোন্না চৎখিবসি নখোয় খঙহৌদব্রা?"

"খঙহৌদ্রে মাম্মা। মহাক্তি মতম অয়াম্বদা মথস্তা লৈগল্লি। ব্রা তান্নবসু য়াদে। চিংনবদি লৈখি। অদুবু অদুগুম্বা থবক তৌরক্কনি হায়বদি থাজখিদে। মহাকসি পাঙদবনি। থবক অমা তৌবদা মরূপ্তা হায়বমদবা হায়বসি মরূপ্পু নীংদবগী ব্রানি।"

মাম্মাদু ঐঙোন্দা মমীৎ শুক্তোক্লুনা য়েংলকই।

“মহাকপু পাওদবা! পাওদবা অমনা করম্না লম্বীদুদা থৌনা ফনা চৎকনি। পাওদ্রিবদি মহাক নত্তেনে মহাক্কী তুং ইন্দুনা মমা লৈবাক্কীদমক করিসু খন্দ্রিবা নখোয়নিনে। ঐ খুনসিগী মীশিংবুসু বারৌই।”

ঐ তুমিন লৈ। চুম্লবনি খল্লম্বা ঐখোয়না অরানবা, পাওদবা তাহৌরবা। অরানবা লম্বীদা চৎখি, খুন চেম্থহল্লি হায়দুনা তুকচ্চবা মীয়েংদা থল্লম্বা মহাকপুনা খ্বাইদগী মকোক্তা লৈপ্লবা।

উনা খরা ফিখাওদা হাপ্লগা পোইরৈতোন মমা, মুরূম-মুরূম শোন্দুনা লাকই। মহাক লাকপা ঙাইরম্বদু মঙাই অকনবা নুংশিৎ অমা শিৎলক্লুনা খোংনাং মখোঙদা তুম্বা চাবা খঙদবমখৈ পৈশিঞ্জরম্বা অকংবা উনাশিংদু ঙম্না হুমদোকপীখরে। পোইরৈতোন মমানা কপ্লিং-কপ্লিং তৌদুনা উনাশিংদু খুন্নবা হোৎনরি। মতৌ অদু উবদা মাম্মাদি মমিত্তগী মপি চেম্থরক্লে।

“হয়েংমক পুম্বগে নন্দোমচাসে। ঐনা সনা লৈবাকসিদা থাজরুবদি ফিভমসি উননবা ওইরম্লে।”

ঐ খোঙথাং তপ্না থাংদুনা লাক্লে। পোইরৈতোন মমাদি মুরূম-মুরূম শোনহৌবি।

“নাকেন্থা লাক্লে হায়দুনা করিসু কান্নদে। নুংশিৎসিনা ঙম্না হেক চৈখাই।” ▱

॥২০০০, ওক্টোবর॥

# অহিং অনীগী খেন্নবা

হকচাংসি ইনুং নুংঙাইতে হায়দুনা মৈরা পায়বী ইমা-ইবেনশিংনা শীন্দুনা মমাঙগী লম্পাক্তা তৌগনি হায়বা মীটিংদু চৎলরোই খন্দুনা ফমুংদা অদুমক হিপ্লে। পুং অহুমদগী হৌগনি হায়খিবনি অদুবু হৌজিক্তি পুংঅহুম মখায়বু হেল্লে। মাইক্কী খোঞ্জেলগা অমত্তা তাদে। কমদৌগ্রবনো খঙদে। য়েথোক্লমগদবদি মান্দে। থবক চিন্নবা মতমনি হায়দুনা তোক্লবজাৎলা? পূক্লীংসে লৈতাফম খঙদে। ইশা য়াওনা চেন-খোৎ তৌরবদি খরসু ফগদবা। হকচাংসিসু ঙহানমখৈ অদুক য়াম্না চৎপদি করিসু তৌদ্রগা ঙরাং ঙহান চৎপদি ফমুংদা হেক কুল্লেনে।

"সংবানবী নঙবু মীটিং য়াওবা ঙমলোই হায়রিবরো?"

ইনে চমু ঙাঙ-ঙাঙদুনা চংলকই।

"ইনে, ঐবু হকচাংসি ইনুং নুংঙাইতে।"

"নঙ য়াওদ্রবদি থবক অমত্তা মায় পাকপা ঙম্লোইদৌরি।"

ঐগী ফমুং মচিদা ফন্নকই। লাইবক পায়দুনা য়েংবী।

"ইনে, অকনবদি নত্তেদা।"

" লাইহৌ খরদি য়াওরে। ঙরাংগী থবক্তু কনমনখ্রেনে। কদায়দগী নুংশা য়ক লাউবদুদা উ চারা থারিবনি হায়দুনা, হৌজিক্তি করি থোক্লে? নশাদো নারগা তোক্লেদো।"

"ইনে, ঐখোয় খরনা থব্রায় য়াওদ্রবদি লমদমসে পাক চাওখৎপা ঙম্লরোইদবনি। অদো ইনে, মীটিংবু মী থোক্লহৌরব্রা?"

"খরা খরদি থোক্লহৌরে। চীংজিন মতমনিনা পংয়াম য়ামগদবা মান্দে।"

"খরবু থোরক্লবদি ফরে। থোরকপা মখৈ ব্রা তান্নরগা করি করিনো তৌগদবদু খন্নরগা লাক্তবশিংগী ব্রা অমুক তান্নবা নুমীৎ অমা লেপ্লসি। ময়াম্না য়ান্নবা চৎপনা ময়ামগী পূক্নীং ওনহনবা ঙমগদৌরিবনি।"

"অদুম্না তৌবনা ফরনি।"

"মাইক খোংবা তাদ্রিবসিবু কমদৌখ্রবজাৎনো?"

"মাইক মপুদো লৌদা চৎখি হায়রকই। খরা য়েংথোক-য়েংশিন তৌবা হায়বদুনি।"

" হোয়-হোয় ইনে, মীগী লৌসু শুজসনু ঐখোয়গীসু তৌসি।"

"নঙবু চৎপা ঙম্লরোইদ্রা?"

"ইনে খরা শক্নীয়ু।"

"শমগেনে অদুবুদি। অদুদা হকচাং ঙমদবদু হেঞ্জিল্লকদ্রা হায়রিবা?"

" হেঞ্জিল্লক্লবসু করিসু কায়দ্রে। শিবমক্তি শিরোইদনা। য়াম্না চৎনিংলক্লে ইনে চৎলসি।"

মীটিং হৌখিবগী খোঞ্জেল তারক্লে। লৈকাইগী মচিন তোংবী অমা অনী ব্রা ঙাঙবা হৌনরক্লে। ইনেনা শমদুনা মীটিং মফমদা চৎলে। সমাজ সেবীকা হায়বসিগী থম্মোয়দি অসুম্না তৌবজাৎ ওইরে।

লম্পাক য়ৌবগা ইন্দোন থারিক বা ঙাঙলম্বদগী লোইশিন্দুনা ঐ তম্মা চেল্লকলি।

“নঙবু ঙৈহাক হংবা লাকপা ঙমদে। হৌজিক্তা ইম্ফালদগী হল্লক্লিবনি।”

“ইনে, থবক্তি মঙ্গল ওইববরা?”

“ওইবে, ওইরে। নঙনা অদুক থৱায় য়াওনা হোৎনরগবু মঙ্গল ওইদে হায়ববো? ঐখোয় সংবানবীনা তৌবা থবকপু শোয় হায়ব্রা?”

লৈকাইগী মচিন তোঙবী খবসু মথং-মথং ঙাঙখ্রে। মথংদা কৌথোরকই ইনম্মা কুন্দালে। লৈকাইসিগী মৈরা পায়বীগী সেক্রেটবিনি। লাইরিক খবা তমহৌই হায, কদায়ফাওবা তমহৌবনো হায়বদুদি চপ চাবা খঙদে। অদুবু তমহৌবিবা খবদু মমুৎ তানা তল্লকই হায়বসিদি মহাক্না তৌথোরকপা থবক্না শাক্নিনি। মখোযগী লেংগাদা মহাকখক্তনি ময়েক চৎলিবা। হাযখিবা ৱা শ্নোয়দে, মযাম্না ইকাই খুম্নে। কুচুদি কয়া পুঙৌ ঙৌবা নত্তে অদুগা ঙৌদববা হায়বসু নত্তে। চাও শাংই, ঙাঙথোক শক্তোক্লকপা তাবা নুংঙাই অদুগা মহাক্কী লাইবক্তদি মতম পুম্বদা অমুবা চন্দণনা লৈতেংই। মসিগী থম্মোয় শোক্লবা ৱারী লৈ। মহাক মশিংঘা য়াম্না খাবী নুপীনি। মদুগী চপ চাবা প্রমান হায়ববু মহাক্কী লাইবক্কী অমুবা চন্দণ অসিনি।

মতমদু ঐখোয ইনখৎলকপগী লাক্ল-ফানবা ঙমদবা, মীকী লাইকিদবা মতাংনি। ঐখোয কাংবুবু উববদি মীনা ফজনা হায়বা নত্তে। মদু তারগা ঐখোয়দি থোইনা হেন্নদুম হবাওজে। পাখংশিংনদি ঐখোয়বু খৌতক চায়। কাংবুসিগী লুচিংবীদি ঐহাক্নি। কাংবুসিগী ইমান্নবী ঙম্না যুম পান্নখবে। পান্দ্রিবা হায়ববু ঐদা ঙাযহৌবে। ঐগীসু লৈবম্মী থম্মোয়গী নুংশিবা মহাক্তো অদুবু ইমান্নবীশিংগুম্না মপুং ফাবা পুন্সিদুমদি ওইহৌদ্রে। মহাক চৎখ্রে ঐখোয় ময়াম্নু থাদোক্লম্লগা তাইবঙপানসিগী ৱাংমদা। মঙোন্দা কখোকখ্রবা পুন্সিসিনা ঙসিদি শোখববা সমাজ অসিগীদমক কখোক্তুনা মোৎলবা সমাজ অসিগী মবায়বক খজিক্তং হোংহনবা হায়বসি ঐগী লেঙদ্রবা ফিরেপনি। মসিমক্নি মহাক্না পাল্লম্বসু।

নোংমা নুমিদাং অমনি। লৈকাইদা আইননা য়াদবা য়াওল্লোয় খবা

চেনশিনখরে মদুগীদমক নুমিদাংদুমক্তদা কোম্বিং ওপরেসন তৌগনি হায়দুনা ময়াং সিফাইশিং গাড়ী মপোৎ-মপোৎ থৌজিল্লকখি। মদুদা নুপামখৈসি ইমুংদা থোঙ লোনশিন্দুনা লোৎহল্লম্লগা নুপীমচা পুংকক চাউরকপদগী হনুবী মখ্বাং কোল্লবী চৈশু পায়দুনা চৎলবী ফাওবা খ্বাংচেৎ শেত্তুনা মৈনম পায়দুনা মরোল ইরোলসু খঙনদবা ময়াং সিফাইশিংদুগা ব্রা ঙাঙনরুনি হায়দুনা থোক্লিবনি।

ঐখোয়সু য়ুমদা লৈহৌবা কিদুনা ময়াং সিফাই হায়বদু নক্লা অমুক্তা উদবগা য়েংনিংমন্দুনা অহল মান্নবা কোকশেৎ শেত্তুনা অহল ময়ামদুগী মতুং ইল্লিবনি। নুপী ময়ামদু মৈনম অমমমগা মমাং লম্পাক্তা পুল্লপ পুল্লবদুদদি লম্পাক্তু মীগী সমুদ্রদু মঙায়রে। নুপী ময়ামদু মানা-মানা থোকপা পঙাঙদা ঙাঙনৈ। কনানা তারিবনো খঙদে। নূংদুমসু মরক-মরক্তা মনীংদগী লাংশিল্লকপা য়াওই। মকোই থেক্কৎপা সিফাইদু খরা চাওবা ওইরমান্নে ব্রা কন্না-কন্না ঙাঙলকই। অহেনবা শক্তি শিজিন্নরগনি হায়বগী ঈঙ্গিৎ তৌরকই। ঙাঙনরিবা মৈরা পায়বীগী মকোকশিংদুগসু পাউ ফাওনবা ঙমদে। ফিভমদু অফবা ওইররোই খঙদুনা ইনে চমুগা ইন্দোন থারিক্কা মখোয় অনীনা লাইরিক হৈবা লোল-লি খঙবা মী থিরকপদা ইনম্মা কুন্দালৈ থোরক্কুনা ময়াং সিফাইশিংদুগা ব্রারী শান্নখি। ঐখোয় কাংবুসু ইনে চমুনা থিরকপদগী ইনম্মা কুন্দালৈগী মতেং পাংখি। ইনম্মা কুন্দালৈগী লৌশিং জ্ঞান মায়কৈ অনীমক য়ান্নবদগীদি ময়াং সিফাইশিংদু হনখ্রে।

হয়েং অয়ুক্কী মনুংদা খুনসিদা চেনশিনখ্রিবা মীওইশিংদু কনা-কনানো হায়দুনা থিদুনা পুথোকপা তাই।

খুন অদু নে-তাবা পুন্সিদা অমুক হঞ্জিনহল্লকপা ইনম্মা কুন্দালৈবু ময়াম্মা থাগৎনখি। নুমিদাংদু ঐখোয় তুম্নখিদে। কাঙবু-কাঙবু পুনশিন্নদুনা ঙৈহাক্কী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অদুদা মানা-মানা খন্নখিবা ব্রাখল, তৌখিবা থবকশিং অদু লীনদুনা ব্রা-ব্রা নোক্লখি। তঞ্জাদুদা ইনম্মা কুন্দালৈগী মচানুপা চহী মঙামুক শুবদুনা ইনম্মাবু কৌবা লাকই। তাদদু য়ু থকপদা হেনমনখ্রমান্নে, মাঙ্গোলদা হন্দোকহৌরে হায়দুনা তম্মী। পাউদু তাবদা ইনম্মা কুন্দালৈগী মমায়দু য়েংবদা ঐখোয় কিখি। মমিৎ অনীদু ইমুক ঙাঙশং ঙাঙলকই। মহাক অসুম্না জাৎ থীরমগনি হায়বা ঐখোয় থাজদে।

ইনম্মদু অশাওবনা লাকহৎখিদুনা তাদগী সেবা তৌখিদমানে। কদায়দগী তৌনিংগনি? শোমদনা নুপা মখৈ থোঙ লোনশিন্দুনা থল্লল্লগা লোনসু খঙনদবা মশকসু খঙনদবা হঙ্গোইনগ্নবা ময়াং সিফাইশিংদুগা লাম্থেংনরুরি। অদুগা মখোয়না শোমদা নিশা চাদুনা কয়াদা নুংঙাইরল্লিবা। ইনম্মা কুন্দালৈ মচাদুগা থোঙ লোনশিল্লগা লৈখিবদগী তাদনা কৌবকা অমত্তা খুমখিদ্রমানে।

মথংগী নুমিত্তা তাদদুনা তুহৌবা মফমদুদা মহাক্কী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংনা ইহোং-হোংদনা লৈরম্মী। কুন্দালৈ খোঞ্জেল থোক্লা কপখিদে। মমিত্তগী পিরাংসু মবিক অমত্তা তাখিদমানে। অদুবু মরক-মরক্তা জ্ঞান মাঙদুনা ব্রাম্থদুনা লাক্লখি।

"সংবানবী নঙগী ফিভমসি য়েংবা ঙমদ্রে। লাইহৌসু হেঞ্জিল্লে। মীটিংসু লোইগদৌবে। চৎলসি খুত্তু কদায়?"

হৌজিক্তা জ্ঞান তাবকই। ইনে চমুদা ওনশিন্দুনা হংলুই,

"ইনম্মা কুন্দালৈগী ভাষন লোইখ্রবরা?"

" লোইখিবা ফনা কুইরেদা। মাগী মতুংদা মী ফনয়াম ঙাঙখরে। নঙদি হকচাং ঙমদবদুদা অমত্তা তাহৌদ্রমানেনা।"

"ও! ঐদি অমত্তা তাহৌদ্রমানে।"

" অরেম্বগী শরুক পুথোবকই। হংচিৎকী মীটিং য়াওবা ঙমদবা তারে।"

"হংচিৎকী মীটিং হায়ববু করম্বা মীটিংনো?"

"কুন্দালৈনা মমাং থাদা য়াওরুবা কেম্পদো মদুগী মখা তানা থবক তৌবগী ওইরমানে। ঐখোয় কেন্দ্রসিগী মনুং চনবা খুন মখৈগী মৈরা পায়বীশিংগী মীহুৎশিং পুনশিন্নদুনা অপুনবা থবক তৌনবগী মীটিংনি।"

"ইনে, মদুদি ইনম্মা কুন্দালৈ ওইনা চৎহনসিদা।"

"মহাক্লনিনে নঙবু চৎহনগনি হায়দুনা ব্রারেপ লৌখিবসি। মদুদগী কনানসু য়েৎত্রে। নখোয় নহারোলশিং পূল্লগা হেন্না মরিক চুম্না খন্নদুনা অফবা পুরক্কদৌরিবনি।"

" হোয় য়েংলগে ইনে।"

"পাউ অমবু তায়নে, কুন্দালৈগী মচা মৈরাবদো ডাক্টর পাস তৌরে ঙসি থুংলনি হায়নে।"

"অশেংবরা ইনে।"

"অশেংবনে। মীগী মচা অমত্তমক পোকপদি মী ওইখরে। ঐখোয়গী ময়ামদুদি অমত্তংফাওবা মী ওইদে।"

"ইনে ওইজসনু, ইনম্মা কুন্দালৈনা অদুক ৱানা হোৎনজরিবদুনি।"

য়ুম য়ৌরে। ইনে চমুনা ঐগী ফম থাবীরম্লগা লৌ খুলং থিগদবা লৈ হায়দুনা চৎখ্রে।

নুমিত্তি তারক্কনু হায়বা য়াদে। অসুম-অসুম মমশিল্লকপনা মালেমসে অমম্বগী মথানুংদা তুমিন পোখাখ্রে। থৱায় পানবা পুম্নমকসু নুংঙাই মঙলান কয়া মঙদুনা য়াতাখ্রে।

"ইবেম্মা সংবানবী, নঙবু তূম্লবরা?"

"ইনম্মা কুন্দালৈরা? তুমজদ্রি ইনম্মা চংবীরকউ। থোঙ হাংবনি।"

ইনম্মা কুন্দালৈ চংলকই। মচানুপা মৈরাবসু মতুংদা ইন্নরকই।

"এ! মৈরাবসিদি ডাক্তর মাল্লেকো।"

" নেনে, ডাক্তরবুদি ডাক্তর মান্দ্রবদি করি মানগনি।"

"ইবেম্মা হকচাং ঙমদে হায়বদুদা নয়াসে য়ৌরকপগা পুরক্লিবনি। ননেবু ফজনা য়েংবিয়ু।"

মৈরাবনা ঐবু চেকশিন্না য়েংই। ইনম্মা কুন্দালৈনা মচাগী মতৌদু য়েংদুনা মোমোন-মোমোন নোক্লি।

" নেনে গুলিশিংসে ঐনা ইজরিবা মতমসিদা চাং নাইনা চাবীয়ু। থুনা ফরনিদা। ইমানা নেনেতবু শোন্দুনা লৈ। নেনেসে নুংশিব্রমান্নে। ঐঙোন্দা খরা খাইবীরবদি হরাওগদবনি।"

মখোয় অনী নোকই। ঐসু নোকই। মমা মচাদু চৎখ্রে। অচিকপনা কাসি

অমুক লৈতেংবীবে। ওসি অহিংগী ইনম্মা কুন্দালৈগী মোমোন নোকপা মায়থোংদু উরগা অতোপ্পা অহিং অমগী শকফম কাযববা মায়থোংদু মীত্তা শং-শং উবকই। অহিং অনীসি কযাদা খেন্নবিবা।▱

॥২০০০, ওক্টোবব॥

# উরোক পরেং

১

"তম্ফা য়ুমদগী চখোল্লমগনু। এঙ্গাং-নাপীসে ননেদা থাদোক্লল্লগে। সনামহি খুরুমসি থৌরাং তৌরম্মু। ইমা কবোক্কা লফোইগা লৈরক্কে। ঙা মচা অমত্তংগা য়াওরক্কে। চাদবা কুইরে।"

ইবেতোন্না ব্রা ঙাঙনা-ঙাঙনা এঙ্গাং-নাপীনা থন্না য়াওরবা থুমোক অদু কোক্তা থোঙ্গৎলগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবদু তোম্পোক মিহুৎথোঙদগী উই। মহাকপু কয়া য়াম্না মমাগী নীংবা কায়গদবা থবক তৌখ্রবগে ? হৌখিবা পুন্সি মতেক অমবু নীংশিংলুরগা মশা মথন্তা ইকায়জরকই। মাঙ্গোলদা থোরক্কুনা মাঙ্গোল দারিদা মখোঙ অনীমক য়াম্থদুনা মপান নাইদনা শন্দোকখ্রিবা নুমিদাংব্রাইরমগী অতিয়াদা করিগুম্বা মাঙখ্রবা পোৎ অমা খিবগুম মুন্না য়েংলম্মী। মাগী মীৎয়েংগী ব্রাংমদা উরোক পারেং-পরেং পাইখি। মদু উরগা ফজবীনা হায়রম্বা ব্রাহৈ খরা নীংশিংলকই,

"তাতোম্পোক, যেংবা নুংঙাইতে ইমানসু পেঞ্জবল্লোই। শম, কোইদু ককথংলু।"

ফজবীগী অমেংবা রাহৈনা মহাকপু ফহল্লিংবগী ঈঙ্গিৎ অমা পীবম্বা নুমিত্তুদা তোম্পোক্কী লেংজুম যৌবল্লবা শম, মমায শীনবা থুংলল্লবা কোই শিং নান্না ককথংখি। মচাগী অহোংবদু উবদা শিরুবদগী হিংগৎলকপগুম ইবেতোন হায়নিংঙাই লৈতনা হবাওজখি।

তোম্পোক্কী পুক্সি অসি কদাযদনোমা লম্মাংনগ্রে, মদুদগী মতম খবা উবোকশিং অসিনা মহাক্কী পুক্সিদগী ফিভম ফবা হেল্লি হাযনা মহাক্লা খনখি। মহাক কবিনা তৌগদবনো কবিনা তৌবোইদবনো হাযবদু খঙ্ঙুদে মহাক্কী রাখলদু তাম্না পাইখিবা উবোকশিংদুগী মতুং ইনখি।

□

"তাতোম্পোক, ঐদি নুমিদাংরাইবমগী মোং-হাদনা পাইবিবা উবোক পবেংসে যাম্না নুংশি।"

ফজবী তোম্পোক্তা মমিত্তু ফলপ যেংই। অদুগা মখা তাই,

"নঙগুম্না" অদুদগী, অদুদগী ...।"

নোকখি। তোম্পোকসু নোকখি।

"ঐসু মখোযবু নুংশি অদুবু নঙগী ননাক্তা ফমদুনা যেংদ্রবদি মখোযবু নুংশিবগী চাং হন্থে।"

"অওইব্রা ?"

"সত্যা।"

নুমিদাংরাইবমগী অঙাঙবা নোংজাবী মাঙখি। মমশিল্লকই, মখোয অনী তুংগী আশা পুদুনা নুংঙাই মঙলানগা লোযননা কাযনখি। লৈবক অমখক্ত নি ফজবীগী থোঙ্গালগা তোম্পোক্কী থোঙ্গালগা খন্নবিবসি। অঙাং ওইবিগৈগী চাকথোংবী শান্নমিন্নবম্বা অনীদো ঙসিনা যৌবনগী নুংশি লীপুন্না

চেৎনা পুনশিনবীরে। লৈকায়গী অঙাংদগী অহল ফাওবনা মখোয় অনী নুংশিনৈ হায়বসি খঙদবা য়াওখিদে।

নোংমসু,

“করিগুম্বা ফজবী নঙগা কায়নরবা ঐ অঙাওবগা চপ মান্নগনি।”

“অঙাওবা লুখোইদৌনা নশমদো লেংজুম য়ৌরদনা নকোইনা নমায় শিনবা থুংলদনা। ঐ য়েংবা ঙমজরোই।”

মহৌশাগুম তোম্পোক নোকখি, ফজবীদি নোকখিদে। তোম্পোক্না ৱা মখা তারকই,

“ফজবী, ঐদি নঙগা কায়নবা শুঙম ঙল্লোই হায়রিবসিনি।”

“ঐদি ঙমদৌরি। তাতোম্পোক্না নুপা থোক্লবদি লৌজৌ।”

“লৌগনি।”

মসি হায়রল্লগা তোম্পোক্না ফজবীগী থোৎলবা খুৎশাদু তাপ পায়। ফজবীনা কপ্পোকই। তোম্পোক ফজবীদা লানখ্রবগুম তুমিন লৈ। ফজবীদি কদোমদগী নৌথরকপনো খঙদে মপি শিন্থখি। লোন্না তৈথোকখি। তোম্পোক্তি উখিদে। নুমিত্তু মখোয় অনী ঙন্না ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখি।

তোম্পোক মথন্তা মাঙ্গোলদা ফমদুনা উরোক পরেং পাইবদু মহাও য়াওদনা য়েংই। কুমার লাক্লুনা তল্লে,

“ তোম্পোক, ফজবীদো চেনখ্রে হায়নহৌই।”

ঙসি শান্নখিবা ৱারীদুগা ফজবীনা উৎখিব্রা মতৌদুগা তোম্পোক ফজবীবু ৱারৌরকই। কুমারনা মখা তারকই,

“ফাবনিসু হায়হৌই, মনেহোয়না শীনবা ওইরমানে।”

তোম্পোক তাদে কুমারনা ঙাঙলিবদু। মহাক্কী অকোয়বদা অমম্বগী মপৈ অমনা তপ্লা-তপ্লা কোয়শিল্লক্লম্মী। অদুদগী মহাকপু অমম্বনা পুময়োৎ য়োৎশিনখ্রবগুম তৌরম্মী।

২

চাকখুমদা মমা-মচা মখোয অহুম পুন্না চাক চামিন্নবি। ওন্না লুপ্রাশিংদা চনহৌববী ইবেতোন মচা অনীগীদমক ঙসিসু হিংলি। তোম্পোক্না ফজবী কাযনবদা ওইখিবা ফিভমদুদা ইবেতোনগী আশা পুম্বা মবায চাযথরুববনি। অদুবু অসুক কুইনা ৱানা খাঙলকপগী মহয ঈশ্বরনা মসিমক্তি পীবোইদনা। ঈশ্বরবু থম্মোযনুংদা চেংনা থাগোন্নজবী ইবেতোন্নি। লেপ্তুনা খুকমজৈ ঈশ্বরবু। মদুগী মহয়নি খঞ্জে ঙসি ইবেতোন্না অনৌবা তাইবঙপান অমদা খোঙদাবগুম হবাওবিবসি।

"নুপামচা চাক হাপ্পকউবা ?"

"যাবে ইমা।"

"এঙ্খাংসি হাপ্পীবক্কে।"

"তস্ফাগীদি অমত্তবু যাওদ্রে। মঙোন্দদুম হাপ্পীযু। ইবেতোন্না মচা অনীদা মহাক্কী শরুক্তগী এঙ্খাং হাপ্পীখি।"

ইবেতোনগী পীক্লবা ইমুংদো ফনা কুইবে মদুম্না পুন্না অৱাৎ-অপা হংলগা চাক চামিন্নখিদবা। পুক্সিগী অহোংবা খোঙচৎনা মখোযবুসু মীকুপ খুদিংগী হোংহনবীবি।

□

" তোম্পোক, নঙবু পাউসি তাবব্রা ?"

কুমাবনা পুবকপা পাউবু কনাগী পাউ ওইগনি ফজবীগী নত্তনা।

"তাবে।"

"মহাক্কী নুপাদো কযা মথোং চাদমানে। ফজবীসু খাঙবা ঙমদ্রদুনা হল্লকপা ওইবমানে। নঙদি কবি খল্লি?"

"কবিবো ?"

তোম্পোক্কী মপুক্লিংদা নৌনা যেন্নীং হল্লকপা আশাদু লোৎশিল্লগা

খঙশিন্নদনা খুমখি। তোম্পোক্কী মপুক্লিং খঙবা কুমারনি,

"খঙশিন্নদবা তৌনুদা। মতম অমদা তোম্পোক্তা থব্রায়মক্লি খঞ্জরম্বা ফজবী হল্লক্লে। মসিদা তোম্পোক্কী করি ব্রাখল লৈবগে হায়বসি হংফম থোকপনিকো।"

"মহাক হল্লক্লে। মতম অমদা ঐগীনি হায়না ঐনা পংখন খল্লুবদো লাল্লম্লে। হৌজিক্তা মহাক মীগী ওইরুরে। মসিদা করিবু খন্নিংঙাই ওইবগে ?"

"কৈদৌবগী খল্লোইদৌরিবনো ? খনগদবনি, অনৌবা আশা তৌগদবনি। আশা য়াওদ্রবদি মীওইবনা করম্না হিংগনি ? কনানা খঙবা তোম্পোক মশুংলাংগীদমক ফজবীনা হল্লকপা ওইরম্লবসু। নমোন্দা শেংঙু হন্দক্তি মরূপকীদমক থব্রায় থারবসু থাগে।"

তোম্পোক কুমারগী মমাঙদা কয়া কুইনা মপূক্লীংগী অপাম্বদু থুপ্লা ঙমগনি? চাক পুখম অমত্তদা চামিন্নরকপা মরূপ্নি। অদুগীসু মথক্তা মহাক্কী মপান্দগী ফজবীগী থম্মোয় ইরায় লায়না তোম্পোক্তা লৌবা ঙমখিবনি।

"অশেংবরা কুমার ?"

"ঐ কৈদৌঙৈ নঙোন্দা মীনম্বা ঙাঙথ্রবগে ?"

"ঐ হৌজিকসু ফজবীগীদমক লেপ্লি।"

"বস, মখা তাবদি ঐনা ফনবা শীল্লগে। মমাঙগীদুদি নখোয় অনী নুংশিনরি খন্দুনা লাইথোকউবনি। ঙসিদি কুমারনা মরূপকীদমক কদায় ফাওবা তৌবা ঙম্বগে হায়বদু য়েঙঙু।"

কুমারগী ব্রাহৈদুদা তোম্পোক অনৌবা অশেংবা তাইবঙপান অমদা খোঙদাগদবগা চপ মান্নে।

নুমিত্তুগী মতুং ইকুই-কুইদনা ফজবীনা তোম্পোক্তা নোক্তুনা হায়রকখিবা ব্রাদু কয়াদা মমল য়ামখ্রবা। মতৌ কমদৌনা অদুক য়াম্না শোকচিনখিবনো হায়বদু মহাক মশাফাওবা খঙহৌদে। ফজবীগী মমাঙদা ইকায়বা পোকলকই। অদুবু থম্মোয়দদি চাওথোকচৈ "নহাক্কীদমক ফিভমদু ওইখিবনি।" মসিদা মহাক্লসু খঙজরমগনি তোম্পোক্লা ফজবীবু কয়াগী মতিক নুংশি হায়বদু।

শক্তমদুনা মবম ওইদুনা ফজবীনা মহাকপু কৌবক্লিবনি হায়বা তোম্পোক্কী ব্রাখলনা শাগৎচৈ। ঙসিদি মহাক্কী অকোয়বদু মোমোন মীনোক্লা পীক থল্লে।

৩

"নুপামচা, নঙবু তুমদ্রিববা ? মতমসি থেঙলেনে। মৈগদো মুখৎলো।"

মীকপ থোক্লকপদা ইবেতোম্না তোম্পোক্কী কাদু মৈ ঙাননা থানবা উই। মচা অনীবু মপা যাওদনা যোক্লক-থাক্লকপনা কনাদা কবি অকাযবা তৌকৃগদগে খনবদা ব্রাজববী মমানি। মবন লৈবা, সঙ্গ লৈবগী মচা-মশুনা তৌবা ওইববদি ফনা ফত্তবা থবক ওইববসু কনাসু কবিসু হায়নবোই। লাইববা, হন্না যেংবদা মমিদগী হেন্না উবা ফংদ্রবা মখোযনা তৌরুবা ওইববদি ফনা ফবা থবক ফাওবা ফত্তববোমদা ওন্থবীদুনা পু-পাং শুনা নাউকোল্লক্তদুনা তৌবিবনি হাযনা পাউথোকপিগদবা মীওই কযা লৈ। মদু খঙনা ইবেতোন চৎলি। খঙনা-খঙনা উনা-উনা তোম্পোকপু লাকহৌবা ঙমদে। খল্লকই মসি ওইবমাল্লে লুখ্রাবীগী যুম্বাল হাযবদো।

"তুম্মে ইমা।"

মৈ মুখৎলি। মাযকৈ মবিমক ইমম-মম্মী। অহিংদু ইচিক-চিকই। মবক মবক্তা খুনগী হূইশিংনা লাক্লা-লাক্লা খোংবগী মখোল নত্তনা কবিগুম্বা অমত্তা তাদে। তোম্পোক্কী পুম্সিনা অচিকপদা অমম্বদা হৈনবক্লিবসি কযাদি কুইববনো? কুমাবনা মবক-মবক্তা লাক্তুনা যেংশিনবীববা নত্তনা লৈকাইসিদা মহাকপু শোক্ল-শম্লবফাও কি-হঙ্গোইনবম্মী।

মতম খবা হৌখ্রে। কুমাবগী হোৎনজমন মহয খবদি চাবে হাযবসি ফজবীগী হোংলক্লিবা লিচত্তা খঙবা ঙমলে।

নোংমা ইথা থাজদনা ফজবী চেল্লক্তুনা পযা শিবিবা তোম্পোক্কী মনাক্তা লেপ্লে। চেল্লকপগী ব্রাবমান্নে ফজবী নিংশা শ্বব ফুইনা হোল্লি। অসুম্না ফজবীনা তোম্পোক্কী মনাক্তা হঙ্গোইদনা লেপ্তবা মতম কুইবে। তোম্পোক্কী থম্মোয

মথুম-মরাং হৌই।

ঙসাইমখে ফজবী নুংশিবগী মনাক্তবু য়ৌরবদি খন্দুনা ইঙাও ঙাওনা চেল্লকপদু নুংশি মহাক্কী মনাক্তা লেপ্লবদদি মশাগী মরাল অমা লৈরবগুম রা হৌদোকপা ঙমদনা উয়ুংগুম লেপুনা লৈরে। মখোয় অনীমক অমসু-অমসু রারী হৌদোক্লবা ঙমদনা ঙৈহাক্তি মফমদু ইচিক-চিকই। অচিকপদু থুগায়দুনা তোম্পোক্না হায়রকই,

"করি তৌরে ফজবী ।"

তোম্পোক্কী নুংশিবা শুর চেনবা রাঙাঙদুনা শোম্বুরম্বী নুপীজাগী থৌনা হাপকৎখিবগুম থুনা ফজবীনা পাউখুম পীরকই,

"তাতোম্পোক, মহাক লাকহৌই।"

"মহাক লাক্লবা?"

"উম।"

তোম্পোক্কী মোমোন নোক্লম্বা মায়থোংদু খংমক মকশিনখি। ফজবী রা মখা তারকই,

"ইমাহোয়নদি চৎখ্রো হায়হৌই। ঐ তাতোম্পোক্কী রা তাগে হায়দুনা চেল্লক্লিবনি।"

"ঐগী করম্বা রা তাগে হায়রিবনো ? মহাক লাক্লবদি নহাক চৎলগদবা নত্রা ?"

'ঐবু চৎলু হায়ব্রা ?"

রাহংগীদি পাউখুম পীগদবনি। রাহংগীদমক রাহং অমা চোংথোরকপদু তোম্পোক্কী থম্মোয় খাংঙমদে। তোম্পোক্কী তুমিন লৈবা মতৌদুদা ফজবীনা করি করম্বা রাখল শাগৎপ্লবনো খঙদে। মহাক্কী খোঞ্জেল নুংহিক্লরকই,

"তাতোম্পোক, নঙ পাঙদে।"

ফজবীনা ঙাঙলিবদু তোম্পোক্কী পুক্লীংনা চুম্মী খঞ্জে। নুপা অমা ওইনা কনাগুম্বগী মফমদদি তোম্পোক থৌনা ফরম্বা য়াই অদুবু ফজবীনা পম্মোম

তিংহন্নিংলিবা মফমদা মহাক্লা থৌনা ফনা মায়োক যাবা ঙমখিদে। ফজবীগী মফমদদি য়াম্না শোল্লি। মশানসু হন্থজনা খঙ্ঙববা, সমাজনসু পাঙ্গল শোল্লবী ওইহল্লবী ফজবীগী মফমদা কবিগী মহাক্লা অদুক য়াম্না শোল্লিবা। ফজবীনা মহাক্কী পাউখুম ঙাইবি হায়বসি মহাক খঙদবগুম তৌই। ফজবী নীংঙমদনা হায়বকই,

"ঐনা হাযখিদনা তাতোম্পোক্লা নুপা থোক্লবদি ঐবু লৌ হাযনা। তাতোম্পোক্লা হেন্না খঙলিবদুনি ঐখোযগী ইমুং মনুংগী ফিভম। তাতোম্পোক্কী ইমুংসু অদুমঙায, নিঙোল পোকপা মপা-মমাগী আশাদি চাবা থকপা ব্রাত্তবা মচানিঙোলনা লৈকবদা নুংঙাইজগদবা ইমুংদা থাজবা হাযবসিনি। ঐবু মখোযনা লুহোংনবা তকশিল্লকখি। মদু তাতোম্পোক্তা হৌদোকসিবা খল্লিঙৈদা মখোযনা ঐবু ফাহনখিবনা হানখ্রে। মদুনা ঐগী ইবান ওইবা তাববদি লাইববা ইমুং খুদিংমক্কী নিঙোল খুদিংমক মবাল লৈববনি হাযবা তাই। ইবানসিবু ঙাকপিবা ঙম্লোই হাযববদি লাইববা ইমুংগী মপা-মমানা পোক্লকপা নিঙোল খুদিংমক হাত্তোকপা নত্তনা উপায অতৈ লৈতে।"

মপূক্লীংদা লৈবম্বা নীংঙমদবা পুম্নমক ফোংদোকপগা লোযননা অবেপ-অখম লৈতনা মীৎলুদগী পিবাং শিম্থবকই। তোম্পোক্কী ব্রাখলনা নোংমতা খল্লুদবা ব্রাফম কযা ফজবীগী চিনবান্দগী তাবদা তোম্পোক তৌফম খঙদনা তুমিন লৈ। অদুবু হাযদবা যাদবগী মতাং লাক্লদুনা হাযবকই,

"ফজবী, হৌজিক নঙগী ব্রাখল কবিনো ?"

ফজবী হান্নদগী হেন্না তোম্পোকপু ব্রাবৌবকই। নুপানা নুপীগী থম্মোযবু তশেংনমক খঙদব্রা ? নত্রগা খঙনা-খঙনা খুদোংচাবা লৌনবগীদমক খঙশিন্নদিব্রা ? ফজবীগী চিনবান তনিক-তনিক্লকই। তোম্পোক্তা চাগদৌবগুম মুন্না যেংলকই। ফজবী ব্রা অমুক ঙাঙদ্রে।

"ফজবী, নঙনা ব্রানা খাঙঙুগদবা অদুদগী হেন্না ঐনা ব্রানা খাঙহৌগনি। কবিগুম্বদা নঙনা মনাক্তা নুংঙাইনা লৈখ্রবদি ঐগী ব্রাবম্বা থম্মোযসে থেমজিঞ্জদুনা নুংঙাইনা হিংবদি ঙমগনি। মদু নত্তনা নহাক্কীদমক্তা মহাক্কী পুন্সিনা ঐঙোন্দগী হেন্না ফিভম শোকখ্রবদি।"

"তাতোম্পোক, ঐ ব্রাখল খন্দবদি নত্তে অদুবু মহাক্কীদমক ঐনা শরু-শয়াং কেম্বদি মহাক্কা করিসু খনবীদ্রগা মহাক্কী অব্রাবগীদমক মখা তানা ঐবু খনখো হায়ব্রা ? ঐ মদুদি ঙম্লোই। নুপা-নুপী য়ুম্বানমিন্নবগী অর্থ খঙদবা মহাক্কীদমক ঐ সতী ওইবা ঙমলোই।"

তোম্পোক তুমিন্না তায়। মহাক হান্নদগী হেন্না শোম্থরকই। ফজবীনা হেন্না-হেন্না পাঙ্গল কনখৎলকই। অনৌবা ব্রারেপ অমা লৌরকই,

"নুপাদা ঐবু অসুম্না কয়ারক হায়জখিনি। নুপীদদি মখোয়না হায়জবা য়াদ্রা ? ঐসু মীওইবনি নুপাগী মপান তাংদ্রবদি হিংবা সুকঙম ঙম্লরোইদ্রা?"

মহাক তোম্পোক্তা সুকয়েং য়েংলমদনা মখোঙ থাংদুনা চৎখি। তোম্পোক তুম্মিন্না অদুম ফম্লি।

নোংচুপ চীংদোল মরুমদা নুমিৎ লৈথখরে। লমদম কদায়দা চাক্তারুবনো খঙদবা উরোকশিংনা পরেং-পরেং পাইদুনা ময়ুম মায়কৈ তম্লক্লি। মখোয়গী শৈদাংফমসু কদায়দনো হায়বা খঙদে। অদুবু মখোয়গী শৈদাংফমদো অচিকপা ফজবা মফম অমদি শোয়দনা ওইরমগনি অদুনবু মখোয়না লাপ্পা-লাপ্পা চাক্তারুববসু শৈদাংফম অদু তান্না নুমিদাংগীদমক পাইরক্লিবনি। মসিনা নুমিদাংব্রাইরমগী অতিয়াবুসু ঙৈহাক লৈতেংবীরমদুনা মীকুপ খরদংদি তাইবঙপালনা মোমোন নোক্কুনা অতিয়াবু য়েংজহৌই।▱

॥২০০১, জুলাই॥

# থম্মোয়গী মরী

ঙসি অযুকখক্তদা তায থোইনুদি, কুমাবদু জেলদগী থাদোকপ্রে হাযবসি। তাববসু তাদবগা মান্নে। উনিংবনা লাংতক্লবকপা কুইববনি অদুবু মনাক্তা চৎলুবদি ঙমদে। মাগী থবক যাম্মী। খুঙ্গং অদুগী ঈশিং পুন পুম্নমক থলহনবা হাযবসি মহাক্কী মথৌনি। অদুগা নুমিদাং অথেঙবফাওবনা মখুবাগী ফৌ সংবাই অমনা মাবু নুমিৎ খুদিংগী ঙাইদুনা লৈবমগনি। মখুবাদুনা লৈকাইগী ফৌশিংসু মবুক ফবা শাদুনা লৌশিল্লি। হোয পৈশাবুদি লৌই। অদুবু মদু থোইনুগী ফিজিদদি কিবা ফংদে।

নুমিদাংদু ফনা যাম্না থেঙলে। কালিনা মুশিন মুনা কুপ্লবা মিংশেল থাউমৈ অমা পাযবদুনা পাক্লবা লৌবুক অদু ফাওদুনা কুমাবগী যুমদা থুংলৈ থোইনু। কুমাব মাগী যুমগী কোম্থোং মযাদা হৌবা হৈনৌ মখোঙদা ফল্লম্মী। নুমিৎ হুম্নিদি শুবে অথেঙবা অহিং ফাওবা মহাক্লা অসুম্না ফল্লিবা। থাউমৈগী মৈঙাল অমা

অরাপ্পদা উবদু কুমার মপুক্লিংদা অদুমক খনখ্রবনি থোইনুনি। মৈঙাল অসিবু মহাক্না কয়া খৌরাংনা ঙাইজরকপা। থোইনুনা মনাক্তা লেপ্লবদা মখোয় অনীগী মমীৎ মবীদু থমফম খঙনরমদে। কুমারনা মখোল ইশেং শেংদনা কৌরকই,

"থোইনু।"

"হুম।"

"ফম্মু লাউদনা ইনাকসিদা।"

"সুম লেপকে।"

"কৈদৌবা লাক্লিবনো ?"

"খঙদে।"

"খঙদ্রগা কবিগী ইনাক্তা লাক্লিবা ?"

"পূক্লীংসিনা নঙগী মাইকৈদা চিংই।"

"পূক্লীংনদা চিংলগা যাব্রা ? নথম্মোযসু য়াওরম্মি। য়াওদ্রনে।"

"অমত্তা খঙদে। নঙদি কবিগী অহিং অথেঙবসিদা হৈনৌ মখোঙসিদা ফম্লম্লিবা?"

"ঙসিদা নত্তে কুইবেনা ঐদি হৈনৌ মখোঙসিদা থম্মোয়সিনা ফাজিল্লিবসি।"

"ঐদি পাউদো ঙসিখক্তা তায।"

"খুঙ্গং থুংনা চৎনবা হোৎনবদা তারিরোই হায়বা খঙই। ব্রা ঙাঙদবদো তৌগনু। মীগসু ব্রারী খবা শাবা ফৈ।"

"চৎলগে।"

"ঐগসু ব্রারী শান্নবোই নত্রা ? ঐগী মবমদা করিসু হংলবোইদ্রা?"

"হংগনি।"

"অদুগা করিগী চৎলগে হায়বিবা ?"

"খঙদে।"

"হংগনি হায়বদো হংলোদনা ?"

"কেসতি কনানা ঙস্লবগে ?"

"নঙনা লাই অদুক য়াম্না খুরুম্লগা ঐনা করিগী ঙস্লোই।"

"ঐদি লাই খুরুমদে।"

"নঙনদবু ঐগী ব্রা খঙদবনি ঐদি নঙগী ব্রা লোইনা খ ঙই।"

"খঙবীগনু।"

"করিগী ?"

"ঐদি ইজ্জৎ মাঙলবীনি।"

" অদুদনি ঐনা নঙগী মরমদা ব্রা লোইনা খঙনবা হোৎনরিবা।"

"ঐ চৎলে।"

ফুক হৌগৎলি। কুমারনা থোইনুগী মখুত্তু ফাদুনা মাগী মথানুংদা চেজেৎ কোনশিল্লি।

"ঙসিদগী নঙ ঐগী ওইরবনি। নঙবু অমুক নথন্তা লৈহল্লরোই।"

থোইনু ব্রাহে অমত্তা হায়রমদনা কুমারবু কন্না ইস্থোক্লল্লগা চেনখি। মশানা পুরকপা থাউমৈ ফাওবা কাউরমখি। কুমারনা লেম্পর্টনদু পায়দুনা থোইনুগী মতুং ইন্নখি।

নোংঙাল্লমদাইগী অমম-অঙান শিন্নবা মতম অদুদা থোইনু তুরেলদা ঈশিং শোক্কদবগী কুমথরকই। মরেংবানগী ফুরিৎনা কুপ্পা থুংদ্রবা হকচাংদুদা কনাগুম্বা অমনা পায়রকপদা মশাপুম্বা শ্বাইশ লাউই। মখুত্তগী পুন তাখিবা খঙহৌদে। মনাতোন ফুনবা খোঞ্জেল অমনা য়াম্না নুংশিবা মালহন্দুনা হায়রকই,

"কৈদৌবগী অদুক পাখৎলিবনো ? ঐনা নঙবু নুংশি। পাখং অমনা লৈশাবী অমদা অসুম্না হায়বসিবু চৎনদব্রনে ?"

থোইনুনা মরেংবান্দগী কম্থ্রা-হৈথানরবা মখুত্তু কম্থদুনা হায়রকই,

"তাতোম্বা, অদুম্না তৌগনু। ঐগী লম্বী থাদোকউ।"

"থাদোক্লোই। ঐ নঙবু নুংশি।"

"ঐদি নঙবু পামদে।"

"কুমারদি পাম্না ?"

"মাদি মবুক ফৈ।"

"নঙনা মাবু নুংশিরবদি ঐনা মাবু হাৎকনি।"

থোইনুগী মখুৎ ওইদু তৎলসনু মতাগুম কন্না পায়রম্মী।

"ঐনা পায়রিবা খুৎ অসি কনানসু থাদোকহনবগী মতিক লৈতে। ঙসিদি নঙ ঐগী ওইরগদবনি।"

তুরেলগী ঈচেলনা অৱাবগী তেংথা ঈশৈ শক্লকই। মিকপ থোকপদা ঙায়রিবা চেক্লাশিং অযুক অঙনবদুদা লাক্লা-লাক্লা খোংলদুনা তমথিবা পাউজেল অমা খুন লান্না চেনখি।

ষনপোৎ খোইনবা থোরকপা কুমারনা থোইনুবু কনবীখি। খুঞ্জা পূম্বনা মফমদু য়ৌরকপদদি তোম্বগী মকোক্তু ইহিং-নাহিং শারম্লে। কুমারবু পুলিসনা ফাখ্রে।

" থোইনু হৌজিক ফাওবা কৈদৌরি ?"

মখুরাগী য়াক্লবা খোঞ্জেলদা থোইনু ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। মখোঙ লৈবাক তাবগা পুন পুদুনা তুরেল মাইকৈ তমখ্রে। চৎলি হায়বতনি ৱাখলদি কুমারদা লৈখরে। খল্লি মহাক্লা হায়রিবদু থম্মোয়গী অশেংবা ৱারা ?

পুন অদুনা ঈশিং শোক্লবা তুরেলগী ঈশিংদা লুপশিনবদা ঈশিংদা মমি তাবা উরে। মহাক ঈশিং শোকপা ঙমদ্রে। লুকথদুনা অদুমক লৈখরে।

" থোইনু চৎলসি ঐখোয়দা।"

"থম্মোয়গী ওইবা ৱারা।"

"মান্নি। কুইরে থম্মোয়গী ওইবা মরীদি পুনখিবা।"

"অদুম্মা হায়বীগনু ঐদি বদনাম চারবীনি।"

"নঙ মদুম্মা হাযবগা ঐঙোন্দগী নাথৈগনু।"

থোইনুনা কুমাবগী মখোঙ শোক্লা খুকমখি। কুমাবনা থোইনুগী মবেংবান্দা পাযদুনা মাগী ওইনা পুন্সিগী লৌশিনখি।▱

।।২০০১, সেপ্তেম্বর ৯।।

# হিংবা অমসুং শিবা

কান্তগী ভেন্দরসি ঙসি ঙরাংদি মী ফজনা য়াম্মী। হন্দক থা অহুমগী তলব ফংলকপদুনরা করিনো বাকিসু অমত্তা তৌদে। পাক্সিদা পৈশানা মবুক থন্না য়াওবদু উরগা কান্তগী নুপী থরোশং মোমোন নোকচৈ।

"ভায় কান্তগী করবারসি ওন্থোক্লা তোংখ্রমাল্লে, ঐখোয়না কৌবগা খুম্বীদ্রেকো। পৈশা পায়খৎলকসিদি ...।"

এল:পি:গী ওজা ওইদুনা তলব মচা চাজরিবা বীরেননা হায়রকপদু খাংদগী ওকশা কোথরিবা কান্তনা নোক্কুনা খুল্লকই,

"কদায় কান্দনোনে। উদবা নত্রগা তাদবা অমদি ওইরমনি। করবার তৌবা ঐনা পোঙলবদি ভাইখোয় করম্না ঐগীদা চঙলক্কনি।"

"ঙহান নোংমা নঙনা চীং লম্বীদা চৎখিবদো ঐ পামদা কিহোম চারিয়ে।

ঐনা কৌবগা তাবীপোৎ নত্তে। এল: পি:গী ওজা ওই হায়দুনা উৎশিৎপীপোৎ নত্তেদা।"

"অদুবুদি তায়নে। অদুদা হৌজিক্কানগীদু ওইরজাৎলা হায়দুনা পাখৎতুনা চেল্লবনিনে ঐদি।"

অকোয়বদা ফল্লিবা ময়ামদু ব্রা লাউনা নোকই। ময়াং খরা কংবা মনিবাবুনা লৈয়েং ফাইনা হায়রকই,

" কৌবসিসু মফম মতম চাদ্রবদি য়াদেনেকো।"

ময়ামদু হান্নদগী হেন্না হৌনা নোক্লকই। ময়াম্না নোকপদু তপথরক্লবা মতমদা থরোশংনা কৌরকই,

" মোই বাবা, মপান্দা অঙাং খরা লাকইমানে।"

"ক্লবগী দোনেসন ওইরমগনি। খায়খ্রদবনি মখোয়গী শেনখায়সে।"

"পৈশা থোক্তবা মখোয়দি পৈশা থোকপা ঐখোয়দগী খায়দনা কনাদগী খায়দুনা নুপী কোয়গনি ?"

"চুম্মী, রেষ্টুরেন্ট খুৎচং অমদা কয়ানো? মোবাইল রিচার্জ হানদবসু য়াদে।"

"দিল নুংঙাইনবা হোৎনবদা পৈশা চঙইনেকো।"

কান্তা মপান্দা থোকখি। কান্তনা মপান্দা থোকখিবগী তঞ্জাদু লেম্না মাঙহন্দে। বীরেন থরোশংগী মনাক নক্লা ফম্লকই।

"ইতৈমা, নঙদি মহৌশাগী ফজবদো হল্লমদ্রি। লৈশাবী মচাদগীবু হেল্লে।"

মনিবাবুনা মখা শমথরকই,

"ঐখোয় নুপীদি মায়হিংও-করিও লোইরে। মচিন্না কল্লিবা। য়ুমদগা হঞ্জিনবদা ঙৈহাক্তা পোত্থাফমগা খঙবজাৎ নত্তে। ইতৈমাগুম্বা খনহৌদবা ঐখোয়সে লাইমা পঙবজাৎনি।"

থরোশং অহানবদদি নোক্কনল্লগসু য়ু থকপা ময়ামদুনা মঙোন্দা চাগদৌবগুম য়েংলকপদা মমায়-মমীৎতু ঙাংশং ঙাংশিল্লকই। মশানা মশাদা য়েংজে। মফি-মরোল হান্নদগী হেন্না চেকশিনখি। বীরেননা থরোশংগী অশোনবা মতৌদুদা তাঙ্গা লৌখি,

"ইতৈমা, তিলহৌদু ঐ শোইবীগে।"

মীঙ্গৌ য়াদদুনা ইতৈমা কৌজবনি। চহিদি বীরেননা ফনা য়াম্না হল্লি। থরোশং তৌফম খঙদনা লৈরিঙৈদা মখুত্তগী কাস্তনা থাঙ লৌবদা থরোশংগী মোল্লবা খুৎতু হায়ফেৎ শোকখি। মদু বীরেনগুম্বা নুপীগী হকচাংদা কল্লকচবশিংগী মমল য়ামখ্রবা পোৎ অমনি।

থরোশং হৈনরক্তে তৌরিবা মওংদু। অদুবু মখোয়গীদি হিংনবা করবাবনি। খঙশিন্নদবা শারগা শা থোংবগী শীংদু শেমজিন-শাজিন্নদুনা লৈ।

" বোরাসিদুম হাউইনে। খরগা কৌসিরা ?"

"কৌনে।"

"থরোশং, বোরা প্লেট অমত্তং।"

"হাউরগবু অমত্তং হায়বরো অনি নত্রগা অহুম হায়খো।"

"মরি হেক হায়খ্রগে। মরি পুরকউ।"

কাচিন্দা ফল্লিবা মীয়ায় চল্লবা কাংবুদুনা কৌরকই।

বোরা পীবগী খুদোংচাবা লৌরদুনা থরোশং বীরেনগী মনাক্তগী থাপ্লা চৎখি। অদুমক হঞ্জিল্লকখিদ্রে। বীরেন মায়থিরবা হিরোয় অমগুম তুমিন ফমহৌই।

কান্তা ইমুংদা চংলকই।

"এ ! বীরেন নঙনা তিলহৌ শোইরবো ? নতৈমদু কদায় চৎগ্রে।"

"ভায়! মতেং-ইতেং পাংনবনি করি কায়বগে ?"

"ধর্ম্ম য়াম্না লৈনে বীরেনসে, ঙহানমখৈ ঐদি খঙলুদে।"

"লৈবনি-লৈবনি। মানা ধর্ম্ম লৈবগী নত্রো নোংমৈকাপমগী হল্লকপীদু মথন্তা ৱানা খাংলম্বদু মানা শেন্নবীরিবনি।"

"নুপীমচাদু মশক্কা ফজখ্রেনে।"

কান্তানা অকোয়বদু অৱাৎ-অপা য়েংলম্মী।

"ওকশা প্লেত অনীদা।"

"কাচিন্দরা ?"

ওকশা প্লেট অনী পীখি।

থরোশং শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেনশিল্লকই।

" মোই বাবা, অঙাংশিং লাক্লে।"

"করি থোকই হায়দুনা তৌজ শারিবনো ? হৌজিক্তসু পীখিদা ঙায়রি।"

"মখোয়দু নত্তে। অমদুনি।"

য়ু থকপা হৌগৎলম্বা, নিশা পানখৎলকপা, য়ুনা মশা পূম্বা য়োৎখ্রবা ময়ামদু তুমিন লৈনৈ।

মনীংথোঙলোমদা থৱায় হিংনবা চেন্নবা হোৎনরকই। মখুত্তা নোংমৈ পায়বা ইনখৎলকপা নুপামচা অমা মনীংথোঙদগী ফাওজিল্লকই। চেনগদবগী হোৎনরম্বা ময়ামদু চপ-চপ লেপ্পী। ৱাং চাওরবা চীংলেম্লবা নুপা অমা মমাঙ থোঙলোমদগী চঙলকই। করি তৌরক্কদগে খঙদনা মিহুন শুদবমখৈ লেপ্লিবা ময়ামদুদা য়েংলকই। ময়ামদুগী মরক খায়দুনা লাক্লগা কান্তাগী মঙক পায়খি। করি তৌখ্রবনো খঙহৌদে কান্তা খংলাউ-লাউরকই। অদুদগী মহাক লেকথদুনা লৈমায়দা তুখ্রে।

অথেঙবা অহিংদা কান্তা জ্ঞান লাক্লুনা মীৎ পাঙলকপদা থরোশং খুয়াদা উইদুনা লৈরম্মী। নাকলদা তমথিরবা লান অমা থোকখিবগুম ঈ-নাই তারবা লানবুং অমা লৈরি। হিংনবা হোৎনবদা অশিবনা কন্না তান্নরকই। হিংবা অমসুং শিবগী লংদাইদা কান্তা লেপ্লি।▱

।।২০০২, জনুৱারি ১৬।।

# থাদি থোক্লি, থবানমিচাক্তি কদায় ?

" চীংযাসিদা নৎত্রবদি বঙ্কোপ লৌফম লৈবম্লবোই।"

"মসিনা খবা হোঙই হাযদুনা তৌবনি।"

"অহোঙবনিবু হাযববদি পামখ্রপোৎনি। ব্রাদুনা নপুম থীৎলগা শিদৌবিনিদি খঙদে।"

ইবোচৌবা মপা-মচা মীনা হৌগৎনদ্রিঙৈদগী লৌ পেংবা লাকপনি। অদুবু চীংখোঙ তান্না লাকপদদি নুমীৎ ফনা যাম্না হাইগৎলক্নে। ঙবাং লোইশিনলমদবা লৌ শঙমদুগী চীংখোঙলোম থংবা মতেক্তু লোইশিন্নবা কন্না হোৎনবি। চীংখোঙগী খোঙলম্বী মচাদু ফাওদুনা লৌবান নক্না ময়াং সিফাই মবি-মবি চৎখি।

ইবোচৌবনা মচানুপাদা নোনখৎলক্কনু হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌই। রতনসু হান্নদগী হেন্না লুকথখি। সিফাইগী হূইদুনা মনম শুৎ-শুৎ নমদুনা চীংথকলোমদা কাখৎখি। সিফাইশিংদুসু হূইদুগী মতুং ইন্নরি।

"শ্বাইদা অমুক মখেল লাংলরিবসিনা করি অমুক তৌরক্কদৌরি।"

"লাংনুনে অঙাং নঙবু।"

"হৈনখিদ্রে মখোয় অরাংবীসে।"

"নাওচাদু হেক য়াওখিবদগী খুনসে ঙৈহাক্তা ঈংনা চীক্লা লৈবা ফংদ্রে।"

চীংদা কাখিবা সিফাই অনী কুমথরক্লগা মখোয়দা হায়রকই,

"ভায়া, চীংদা কারকউ।"

মপা-মচাদু মশা পূম্বা শ্বাই লাউই। ইবোচৌবনা মচাদু নোনখৎলক্কনু হায়রগা মহাক্লা খুমখি,

"সার, করি থবক্কী ওইরবনো ?"

"মী অশিবা অমা লৈরে। মশক খঙব্রা য়েংঙুলাউ।"

ব্রাহৈদু তাবদা খরদি শাফরে। লৌবুক্কী ঈশিংদা মখোঙ-মখুৎ হায়ফেৎ চামথোক্লগা চীংদা কাখি।

চীংখোঙদগী খিত্তং কাখৎলগা চেনবা লোকমচা অমদা অশিবা অমা মমায় উপশিন্দুনা তারম্মী। সিফাই খরনা মদু লৌখৎনবা হোৎনরম্মী। মনম হায়ফেৎ নমথিরে। অমুবা খোংগ্রাউ অমা শেৎলি। অতিয়া মচুগী টি সার্ট অমা লীৎলি। ফুরিৎতু ঈনা মচু ওনহন্নবা হোৎনরম্মী। সিফাইশিংদুনা অশিবদু লোকখাদগী লৌখৎলগা মমায় ওন্থোক্তুনা থম্মী। সিফাই অমনা হংলকই,

"মশক খঙবরা ?"

"খঙজদেবু সার।"

"নঙ খঙদে। নহাদু কৌরকউ।"

রতন মশাদু হুমাং অনপ্পী কাংবমখৈ সিফাই অমগী মতুং ইল্লকই।

অশিবগী মনাক নকশিল্লকপদা মহাক শ্বাই লাউই। মাবু কৌরবা সিফাইদুনা মঙোন্দা খঙবরা হায়না মঙক ইল্লগা হংই,

"খঙদে।"

"তশেংনা খঙদবরা?"

রতন তুমিন লৈ।

"চৎলো য়ারনি।"

মপা-মচা তুংদা-মাঙদা চীংদগী কুমথরকই। তুমিন চৎনৈ। লৌদু অমুক পেংনবা হোৎনরকই।

"মাদি যাম্না ফবা অঙাংনিনে।"

"ঙহান নোংমা অহিং লেক্লম্মী হায়বনি।"

মখোয অনী ঙৈহাক তুমিন লৈনৈ।

"ঐনা ঙক্লিবদি মখোয় সিফাইশিংসিনিনে। ঐখোয়না শূরক্লিবা অসি হপ্তামুক ফারে। শমিন মচেৎ অমফাওবা ফংদেনে।"

"নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেৎলি হায়বদুনি।"

বতন নীংশিংলকই সিফাইনা মোমোচাবুসু হংলম্মী হায়নৈ। মপাদা ওনশিন্দুনা হায়বকই,

"বাবা, হযেং ওইনা লোইশিল্লসিরা ? ইরাং খরা তৌগদবা মাল্লি।"

মপা-মচা লৌদগী থুনা কাখ্রে। ঙরাং লোইশিল্লমদবা লৌ মতেক্তু ঙসিসু লোইশিনবা ঙমলমদ্রে। হয়েংদি লোইশিনবা ঙমগদ্রা ?

হায়বগা তৌবগা ঙৈহাক লৈরগা লৌ পেংলম্বা মীওই পুন্নমক চীংথক্তা কৌখৎলগা অশিবদু মশক খঙববা হংখি। পুন্নমক খঙদে হায়রে। খঙলবসু খঙই হায়রুরবদি মীরোন ঙাঙনবা য়াদবা মখোয়না তৌরক্কদবদু খঙলদুনা কনাসু অশিবদু মশক খঙলবসু অমুক্তা উদ্রিবা মীদৌনা খঙদে হায়রে। পুন্নমক্তু খোঙকাপ অমা লেঙহন্দনা থল্লে।

"নখোয় খুনদা লৈবা মী ফাওবা মশক খঙদে।"

পুম্নমক্তু নুংশা হাযগংলকপদুদা চীংথক্তা ঙা ফৌবগুম ফৌবম্মী। কনাসু কবিসু হাযবা ঙম্নমদে।

নুংশা নেমথবক্লে। ইবোচৌবগী থোঙ্গালদা সিফাই গাড়ী মপোং অহুম খামখি। বতনদি চাক তোক্লগা ফমুংদা পোত্থাবম্মী। সিফাইশিংদুনা যুমদু পুমকোয় কোয়শিনখ্রে। মমানা বতনবু হৌদোক্তুনা চেনখিনবা হোৎনর্বিঙে চৈবক্তুদা সিফাইনা ইমুংদা গ্রুং হুপচিল্লক্লগা বতন ফাদুনা পুখি। কবিগী ফাবিবনো খঙদে। মখোযনসু তাক্লমদে। ইবোচৌবদি মতমদুদা যুমদা লৈবমদে।

লমদমসিগী নহাশিং ঙাযোক চফু মনুংদা যোকপা ঙাগুম ফানিংবা মতমদা ফাবা যাবগুম খল্লম্মী। লৈকাইগী মীওই পূম্বা চেল্লক্তুনা বতনবু পুখিদনবা হোৎনবম্মী। অদুবু পুম্নমক নূংদা ঈশিং চাইবগুম থোক্লম্মী।

অহিংদু ইচিক-চিক্লম্মী। বতনগী মমাদি নুমিদাং তুমদবমখৈ মচা হল্লকপা ঙাইবি। মাঙ্গোল উখোক্তেন্দা ঙাদুনা অহিং মিংশেল খাংলি। ইবোচৌবনা ঙাঙবা পুম্নমক তাববসু তাদবগুম্মী।

নোংঙাল্লমদাইগী লিক্লা তাবক্লে। থব্রানমিচাক পূম্বা অমমমতা কেনখিদুনা মপান নাইদ্রবা অতিযা মকোযসিদা থব্রানমিচাক অমত্তসু লৈহৌদ্রে। লৈবিবা হাযববু নোংচুপ চীংদোলদা তাইবংগী অব্রাবদা শকক যাবিবা নাইতোম থোকপী থাজ মহাক্তা মঙাইবে।▱

॥২০০২, মে ২০॥

# থবায় মচা অমসুং থৱানমিচাক

শংবান্নরবা অতিয়া, অহাঙবা, মপাল নাইদবা, হে অপানবা নঙনা চনবীরিবা পাউখোঙ অসিবু করিনো পীক্লিবী মেমথোইগী মফমদা? নহাক্কা শকখঙনবা ফংজগনি খনবদা পীক্লিবা মেমথোইগী থম্মোয়না কয়াদা হরাওজখিবা। নহাক্কা শকখঙনবা ফংজরবদা, নহাক্কী মায়থোংবু উরগা করিগী মেমথোইগী মায়থোংনা মোমোন্তা নোক্লিবা ? করিগী ইখৌ লাংলিবা তারমদাই নুমীৎকী মশেক-মঙালদা পাইখ্রিবা চেক্লাশিং উরগা?

নোংচুপলোমদা পৈথবা য়াবমখৈ পৈথরবা ইগী খাংপোকশঙ, দারি কিস্তুরবা মাঙ্গোল মতেক অদুদা মীৎশাং কারবা, মকোক ইফা ফারবা অদুবু তরু-তরু পাঙলিবা মেমথোইগী মীৎ জুরাদুনা মীৎফম হোংদা য়েংলি নোংপোক্কী অতিয়াদা। অমম্বনা মচু শংবীগদৌরবা অতিয়াগী ফিবান্দা থোরক্লিবা তগুপ-তগুপ ঙাল্লিবা অপীকপা থৱানমিচাক্তু মহাক্কী থবায়রা? মহাক্কী মায়থোংদো কয়াদা নুংশিখ্রবা। নুমিৎ কয়ানি হাৎপীদ্রবা ফারবা শম্লাংলক্তা

নুমিদাংৱাইরমগী নুংশিংনা কেকু লোৎপী শান্নররি।

মশীংথিবা ঙমদ্রে মহাক্না ফমুংদা অনাবগা শাগোন্নদুনা ওন-থোইনা খাঙলকপা। ঙসিদি মহাক্কী মশাদু খরা নুংঙাই হায়দুনা মমাদা মাবু মপান্দা থাংদোকহল্লম্বনি। মেম্মানা মচাবু মাঙ্গোলদা শেগায়রবা ফক অমদা হিপহল্লন্নগা চেঙ ৱানবা চেনখ্রি। শিবনা মতুংদা কোইন ইন্নরবী মেম্মানা মচাগী লায়না লাইওং মসিনি হায়বা খঙবা ঙমদনা নুমিৎ কয়ানি মথম্মোয়দা খুদুম শুদুনা খাঙলক্লি।

নুমিদাংৱাইরমদু মেমথোইগী মফমদা কয়াদা নুংঙাইনা থোক্লবা। মহাক্কী ৱাখলনা অতিয়াদা অমদগী অনী, অনীদগী অহুম, অসুম-অসুম মশীং হেঙ্গৎলক্লিবা থৱানমিচাকশিংবু য়েংলগা মোমোন নোক্লি। মশাদু অঙৈংবা ফাওরকই। কনাদা হায়রুরি অথাবা ফি অমত্তা পীবিয়ু ঈংশিল্লক্লে। লৈতে কনাসু, মল্লবা শেগায়রবা ফি অমনা পীক্লিবা মেমথোইগীদমক অঙৈংবদু ঙাকথোকপীরি। মেমথোই অহাংবা অতিয়াদা থৱানমিচাকশিংনা লৈতেংলিবদু য়েংনিং-য়েংনিংনা য়েংবা ঙমদনা মমিত্তু উইশিনখ্রে।

মেম্মা চেন-চেন্দুনা লাকই। মচা অনাবা মাঙ্গোলদা লৈহৌবদুনা মীৎকুপ অমত্তা লমখাংদা পন্থনিংদে। পাইবা ঙম্বা উচেক মপী ওইনিংলকই। থোঙ্গাল চংলকপদা উরে, মচাদু হিপ্লি। মচাবু উরগা হান্নদগী হেন্না খোঙজেন য়াঙশিল্লকই।

"মেমথোই করি তৌরে?"

মশাদু পায়রগা য়েংই।

"সিদি য়াম্না ঈংলে।" মিপাইবগা লোয়ননা হন্না-হন্না কৌই,

"মেমথোই, মেমথোই নঙবু নশাদু নুংঙাইত্ৰবো?"

মেমথোই পাউখুম অমত্তা পীরক্তে। তুমিন্না হিপ্লি। মেম্মানা মচাবু ইমুংদা থাংজিন্দুনা ফমুংদা হিপহল্লে। ফুঙ্গাময়াদা তারম্বা শীং মতেক খরগা মৈ তনহৌ হৌগৎলে। মাঙ্গোলদা থাহৌবা ফক শেগায়বদু লৌশিল্লুরগা ফমেন্দা থাদুনা মচাবু হিপহল্লে। মখোঙ-মখুত্তু পায়দুনা নোইবীরি। মশাদু খর

শাগৎলক্লে। মেমথোইগী মমীৎ মচাদু তগুপ-তগুপ পাঙলক্লে। মেম্মাগী মায়থোংদা মোমোন-মিনোক মচা অমা ফাওরকই।

"ইমা, বাবা কৈদৌঙৈ হল্লক্কনি?"

কদোমদগী নীংশিংলুরিবা ৱাখলনো? মেম্মাগী মায়থোংদা ফাওরক্লম্বা মোমোন মিনোক্তু নোংথাংগুম ঙৈহাক ঙাল্লম্লগা মাঙখি। অদুবু মচাগীদমক মীনমদুনা খুম্মী,

"হল্লক্কনি। ইচাগী অচাপোৎসু, ফুরিৎসু লৈরক্কনি হায়রম্বনি।"

মেমথোইগী মমীৎতু হান্নগুম উইশিনখি। মেম্মা মচাবু নানবীরি। মহাক শাউনিংলকই, মমা-মচাবু য়ুমদোমপোক্কুদা থম্বীরম্লগা লংফৈ চৎপনি হায়না চৎখ্রগা চহী অহুমবু মৱা-মপাউ অমত্তা থারক্তে। করম্বা মপা ওইবগী থম্মোয়নো? হিংলি হায়বগী ৱাখল ফাওবা থাদোক্লবনি। অদুবু মচানা মরক-মরক্তা নীংশিংহল্লি মহাক্কী মপুরোইবা লৈ হায়বসি।

খুঙ্গংদুগী খুৎকন-পাঙ্গনবা অচৌবা শাগৈ ওইবগী লৈতবা মীৎয়েং তাবা হায়বদুমক্তি মেম্মাগী মফমদা হৌজিক ফাওবদি থোক্ত্রি। অদুবু মরক-মরক্তা মথি ফোংলবা হূরান লিচৎ চৎপা মীওই অমদি লৈ হায়বা মহাক তশেংনা খঙই। খঙলবসু খঙশিন্নদে। মহাক্কী মতেং পাংল-পাংলগা খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনরিবা মপুরোইবগী মমান্নবা রাজেননি। মহাক্কী মীৎয়েং-নায়েংদু মেম্মা হৈনদে। অদুনা য়ারিবমখৈ মহাক মঙোন্দগী মতেং লৌদনবা হোৎনৈ। মতেং লৌদুনা হিংগদবগী শরুক শিখিবনা ফৈ খনবীনি। মহাক্কী অখাং কনবা, লমহেনগনবা মীওইবগী পূক্নীংবু লাকশিন্দুনা খুদুম চেৎনা থম্বা ঙম্বা অসিনা মঙোন্দা কনানসু অরানবা মীৎয়েং য়েংবা ঙমদে। মপাম লৈ, ইনাকখুল্লবা মবুং-মৌপ্পা সহরগী মচিন চৎপা ওইরি। অদুবু মপামগীদমক মহাক চাওথোকপা ঙমদে অদুগা মপামনসু মাগীদমক নুংশি ঈরিক অমা খিকপীনবগী হক পূম্বা ককখ্রবনি।

"লৱায়দুদা"

"পিদৎ-পাদৎপা মৈতৈ মচাদুদা।"

"মবুক-মপাউ ফৈগা হায়দুনা। মদুনা চাবা য়াবরো?"

"থিনবদি থিল্লক্লেদনা কুপ্পা শেন্নৌ। মাবু লাইরিক তমহল্লিবসিদি সিগী ওইরে।"

মবুবোক্কী সরিক খোঞ্জেলনা পুম্নমক নমথখি। রধা-কৃষ্ণগী নাম কয়ারক শোন্দুনা মপূক্লীং ফাথরি মেম্মা।

অদুবু কুইখিদে জয়েন্তগী নুংশিবনা পুন্সিগী ওইনা মাগী মবুবোক্কী সরিক খোঞ্জেলদগী লাপথোরক্লে। রাধা-কৃষ্ণগী দর্শণ তৌবগী হক মাঙখ্রে। অনীরক শুবা চেল্লকপগী হায়দোকপা চৎলুবশিংদুনা মহাকপু শিখ্রে হায়দুনা চফু-উয়ান ফেংদোকহৌই, য়ুম শেংদোকহৌই হায়বা পাউ পুদুনা লাকখি। মহাক্কী মরায়বক্লি খন্দুনা তুমিন্না থম্মোয় ফাজিন্দুনা খাংখি। অদুবু অব্রাবগী মতুং অব্রাবনা ইন্নরকই। য়ুম্বালমিন্নবা চহী ফাদ্রিবঁগে মপুরোইবা লংফৈ চৎখিবনা মব্রা-মপাউ অমুক তাখিদ্রে।

চৎখিবা কুইদ্রিবঁদদি ময়ুমদা পাউ তোয়না থারক্লম্মী। পৈশা ফংবা খুদিংগী মখুৎকী খরচ ফাওবা খাকহৌদবমখৈ থারক্লম্বনি। অদুদগী থারকখিদ্রে, মব্রা-মপাউ তাখিদ্রে। খুদোংথিবা থোক্লবজাৎলা খন্দুনা চৎমিন্নখিবা মমান্নবশিংদা কোইহং হংজে। অশেংবা পাউ লৌবা ফংদে।

" চীংমী নুপী অমা ঙাঙনবনি।"

"নুংতিগী চেনমাঙ মাঙই। হল্লকপদনা য়ুনম্মা হৈনদবনা।"

"নুপীদু মাঙখ্রে হায়নহৌই।"

"মখোয় অনী পূন্না চেনমিন্নখ্রেবু হায়নৈ।"

অতৈ তানফম লৈরক্লবা মতমদা জয়েন্তগী মমান্নবা রাজেন নত্তনা কনা উরক্তে। মাগী লৈজবা সনা-লুপা খরদু কায়থোক্লগা রাজেনবু তমেংলোংদা চৎহনখি। অতৈ অহেনবা পাউ ফংদে। হান্নগীদুনি।

"য়ু য়োনবী নুপীনি। জয়েন্তদগী চহী হল্লি হায়। মৌপ্পাদৌনা লোইনৈ, নুংশিনা তৌই। অদুবু খুন্দুদা নুপীদুদি লৈহৌদ্রে। মখোয় অনী চৎমিন্নখি হায়বদি চপ চানা খঙদে। চৎমিন্নখি হায়বসিদা চিংননিংঙাইসু লৈতে হায়নহৌই।"

"নুপীদুগীদি কনা অমত্তা লৈত্রবরা?"

"লৈত্রে হায়। য়ুমদুসু খুনগী অরোইবা চীঙ্গোনদা লৈহৌই।"

অদুদগী পাউ অমত্তা তাখিদ্রে। মীনা তম্বসু তম্বনি অদুবু থাজরোইসি হায়বসু ঙমদে। থাজরসি হায়বসু খঙদে। থম্মোয়-থম্মোয় তিন্ননা, অমনা অমবু মশক খঙনা অৱা-নুংঙাই পূম্বা শরুক য়ামিন্নসি হায়দুনা হকচাং অনীনা অমত্তা ওইখিবনি। হল্লকখিনি হায়না ফনা কুইনা খল্লম্মী, অদুবু শুকহন হল্লক্রবদা থম্মোয়দু থম্মোয়দুনা ৱারৌরকই।

"মেম্মা, থোইনা খঞ্জিল্লুরনু, ঐখোয় অসুক য়াম্না লৈরিবসিদি। অৱাৎ-অপা হায়রকউ।"

"তা রাজেন লৈরিঙৈদা নচনগীবু করি অৱাৎ-অপা লৈনি?"

"হোয়নে ঐসু খুনসিগী ক্লবকী সেক্রেটরী ওইরম্লিবনি। ইবুং লৈরি ইচনসিদি।"

রাজেনগী মফম অমা মেম্মাগী থম্মোয়দা কন্নিংই হায়বা ৱাহৈ ওইনা হায়দ্রবসু থবক্লা তাল্লকই। মেমথোইনা নাবা হৌরকপা মতমদা ফৈ হায়বা ডাক্তর, মাইবা-মাইবী খুদিংমক্তা পুদুনা য়েংলম্মী। অদুবু জয়েন্তগী নুংশিবনা থনহনখ্রবা মেম্মগী থম্মোয়দুদা রাজেনগী মফম মচা অমফাওবা পীবা ঙমখিদে। রাজেন তপ্না-তপ্না মথন্তা খোঙ থাংদোকখি। মহাক ফি শাদুনা য়ুমফম অদুগী ইজ্জৎ ঙাক্লি।

শাগৈগী মচেম-মনেমশিংনা নোংফাদোক কোয়রক্নুনা অৱা-অনা হংবীরম্মী,

"মেম্মা, নঙবু করি এঙ্গাং চাবগে?"

"কেংঙোই থোংইদা ইন্দোমচা"

"এ! মদুনা হেন্না হাউবনি। নঙনা এঙ্গাং লৈত্রবসু ঐখোয়গী ইম্খোলদগী হেক্লুলাউনে।"

"লাক্কে ইন্দোমচা।"

"ফৌ লৈত্রগসু নোংমৈ শিংঙু সংবাই অনী-অহুম লৌরু লাউনে। নঙগী শাগৈ চাওনা লৈরিকো, অঙাং নঙ কাউগনু।"

"ইচে, য়ানিদা। ইমা-ইচাদা চাবনিনা ঐগী ফি শাবসিনা অদুম কোন্নে। লৈত- লৈত্রগা হেক লৌরবা হায়বদুনি।"

"মেমথোইবু খরা ফগৎলব্রা?'

"ইন্দোমচা, হান্নগীদুনি হামু-হামু হায়বদুনি। মশাসে খংশা অমুক শাই, উনমুক হেক ঈংই। হায়ফম খঙদে ইচে।"

"লাই ওক্লবনি হায়বদুবু চুমদৌরিবরা?"

"অদুম্না হায়। লাইসু খুরুমখ্রবনি। ফত্তেদা।"

"ডাক্তরসু তানৌ। খঙদ্রে করি হায়গদবনো ঐখোয়সু।'

"জয়েন্তদুনা লৈরম্লবদি অসি য়ৌনসু নমা-নচা ব্রারমলোইদবনি। লাক্লরোই খঙলবদি মেমথোইবুসু লুনা তৌবীগদবা মী য়েংহৌসি।"

মহাক কয়া কুইনা ব্রাখলগী ঈপাক্তা নীংশিংবনা পুদুনা চৎলুরবনো খঙদে, মেমথোইনা নাহেরকপগী খোঞ্জেলদুনা মহাক্কী মচা লৈরি অদুগা মচাগী মপাসু নোংমদি লাকখিনি হায়বা ব্রাখলদুদা চপ য়ুংনা লেপ্লকই। মেমথোইগী মরায়বক পায়দুনা য়েংই। মখোঙ-মখুৎ পূম্বা ঈংই। নাহে খোঞ্জেলগী মরক্তা অতপ্পা খোঞ্জেলনা কৌরকই,

"ইমা, বাবা হল্লক্লবরা?"

"হল্লক্ত্রি।"

"হল্লক্লনি কুইররোই হায়বদাই?"

"হোয়! কুইদ্রে।"

"হন্দক য়াওশঙ নঙ্গনিকো।"

"নংনবা হল্লক্কনি।"

"ঐগী ফুরিৎ লৈরক্কনিকো।"

নিংশা শ্বর অমা শাংনা হোন্দোরকই।

"নঙ নাবদা ফৌ। নঙ বাবানা লৈবীদ্রবসু ঐনা লৈবীনি।"

"নঙনা লৈবীবদি পামদে। নঙদি লৈবা হৈতে। চনচনগী অদুগুম্বা ফজবা লৈহনগনি।"

মচাগী তবারবা চিনবান্দগী থোরকপা ৱাহৈশিংদো কয়াদা নুংশিরবা। মেম্মা খাম্বা নংহৌদনা মীৎলু অনীদগী অতৎ-অথম নাইদনা পিরাং চেঙ্কুরকই।

"ইমা, ঐগী মিংসে বাবানা থোনবী হায়দাই?"

"উম!"

"ইমাগী মিংদগী লৌরগা থোনবনিকো।"

"মাম্নি ইচাসিদি মরম মোকপনি ঙৈহাক পোত্থারো। ঙসিদি নঙ ৱা য়াম্না ঙাঙলে। অহিংদদি নশা পূম্বা মৈদৌনা অমুক শারক্লনি।"

"ঙসিদি শাররোই। ইমা, অহিং তুমদবদো তুমজরো। ঐ নাবা ফরদুদি ঙসাইসু মাঙ্গোলদা কুইনা ফম্লিবদুনি। হয়েংসু মাঙ্গোলদা ফমগে।"

"হোয়নে হোয়নে, অদো ইমা চাক থোংলুরগে নঙ তুমিন্না পোত্থারোকো।"

নুমিদাংদু মেমথোই ঙহানমখৈদগী হেন্না চাক চাখি। মেম্মা মথৱায় নুংঙাইজে। মচাবু পোবীদুনা ফমুংদা হিপহল্লে। মচাগী অঙৈংবা মায়থোংদো য়েংজরগা মহাক্কী থম্মোয় ঈংজবগুম তৌরম্মী। মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক পূম্বা মচাগী পীক্লবা মায়থোংসিনা ঙম্না কাউহনখিবনি।

ঙসিদি মেমথোইগীদমক মপানা শাবীরম্বা পীক্লবা খাংপোকশঙদু মতিক চাদ্রে। লৈচিন-নোংফাই মচেৎ অমত্তা পক্লবা মপান নাইদ্রবা অতিয়াদা তনিক তনিক ঙাল্লিবা থবানমিচাক শঙ্গু-শজুনা মেমথোইগী থবায়বু খুৎলাম তোয়না কৌরি। মফমদুগী ঈংনা ফজবদুনা মহাকপু মীৎকুপ অমত্তং চোম্থহনবা ঙমদে। থবানমিচাক্কী দোলাই অমদা মহাক্কী থবায়না তোংদুনা থবানমিচাক শজু-শজুগী মরক্তা তিনগ্রে।☐

॥২০০৩, মার্চ ১৭॥

## ইচিক-চিক্লবা য়ুম

“ইমা, ঙসিনি অকুবা থবক অমা লৈ হায়বদো।”

“অদু কৈদৌসি হায়বা?”

“পৈশা পীযু হায়বা।”

“জ্ঞান খবা-খবা তানসি ইবুঙোচৌবা।”

“জ্ঞান খ্বাইদগী তাবা, লৈবাকসিগী য়াইফনবা খনবা, তংদু-লৈতানা হিংদ্রবা ইবমদমসিদা শান্তি লৈনা ঈংনা হিংনবা লোইজি-লোযা থুংনা চেল্লিবা নচা ইবুঙোচৌবনিনে ইমা ঐসে।”

“নপাহোয ঙহানব্রাই যাম্না চেল্লম্বনি। কবিসু কান্নদবনি।”

“মপাগী খুদুং ইনবসিবু কৌদ্রা মবম মোকপা মচা।”

“নপানসু যাদবনি।”

'মখোয়না চেল্লম্বদুনা ঐখোয়গীসিগা মান্নদে ইমা। ঐ থেঙলে অমুক লাকখিনিকো থৌরাং তৌরম্মু।"

ইবুঙোচৌবা ঙাঙনা- ঙাঙনা থোকপ্রে। বিনানা ড্রোইং রুমদা অয়ুক অঙনবদগী খবর পারিবা থোইবদা অমুক ওনশিল্লকই,

"তূম্বা হৌগৎত্রিঙৈদা লাকপা খবরসি হৌজিকফাওবা পাবা লোইদ্রিবসিবু করম্বা খবর খুপানো? নচা মরি-মঙাসিফাও লোইনা স্কুল চৎনপ্রে। ওফিস চৎকনি হায়বগা নীংশিংদ্রমানে। ওফিস চৎলবসু চত্ত্রবসু চাক্তুদি চাথোকপীরুরো, চজিক ওল্লগা এঙ্গাং হাউতে হায়দুনা অমুক ইশৌ লাংঙক্লনি।"

থোইবা মাগী নুপী বিনানা ঙাঙলিবদু থওইনা তাশিল্লমদে। অদুবু অসুম ঙাঙশিল্লকপদুদা তন্দে মান্দে চৌক্রিদগী হৌগৎলগা বিনানা থন্নল্লিবা ফদিগা সাপোনগদু পায়দুনা পুখ্রিরোমদা চুমদ্রিং চৎলে।

পুখ্রিদগী হল্লকপদা চাক থাংদোক্লম্লে। চাক চারিঙৈদা বিনাদা হংলুই,

"ইবুঙোচৌবনা গাড়ী মচা শেল্লম্মী হায়বা ব্বার্কসোপ্পুবু কদায়দনো, নঙবু খঙব্রা? গাড়ী মচা লৈতবসিদি থবক চৎকদবা ইতন তল্লি।"

বিনানা তাপ ওক্তুনা খুল্লকই,

"তনগনি হায়বা ননাইনুবী খঙজেয়ে অদুনবু শেম্মুচো হায়দুনা থওইনা পৈশা পীদুনা নেক্লিবনি।"

"নচানুপাদবু পৈশা পীরগা নেক্লবরা?"

"নেকই-নেকই। হৌজিক্কানগী মীসিদি অরেম্বদা থবক অমত্তা তৌ হায়বা য়াদ্রে। মমা-মপা মশক খঙদ্রে, পৈশাবু পীদ্রবদি।"

থোইবা মোমোন নোক্লকই। মহাকসু মমা-মপানা থৌদাবা খুদিংগী পৈশা য়াওদ্রবদি খক চৎখিদে। ঙসিনা মচানা অমুক ওনখৎলক্লবা। থোইবা মাগী নুপীবু ব্বাঙাং-শঙাং ফজদ্রবসু মপূক্লীংদদি নুংশি। মহাক্না থবক মচা অমা তৌজরিবদুসু মাগী নুপীগী মপান্দগীনি। গাড়ী মচাদুসু মাগী সনা লিক্‌কোন কায়থোক্লগা লৈপ্ত্রিবনি। করিগুম্বা থবক মচা অমা তৌবদা বিনাগী মতেং লৌদবা মহাক ঙল্লমদে। বিনাদি মাগী মতেং করিমত্তা লৌদনা থবক কয়ামরুম ইরায়

লায়না তৌবা ঙম্মী। থোইবগী মফমদা নুপী হায়বসি লাইবেম্বীনি হায়বদু চুম্মী হায়না য়াজে।

মহাক মফি শেৎলে। চৎকদবগী থৌবাং তৌবকই।

"মমিংদুবু কবি হায়বনো?"

"অম্ম এগু সন্স হায়বনি।"

অমু হায়বা মিংসি তাবদা থোইবা হঙ্গোইবগুম তৌই। অদুবু থাজদে মহাক ওইবমগনি হায়বা। অতোপ্পা অমু কৌবা মযাম লৈবিবসিদি।

"কদায়ব্রাইদনো?"

"থোংখোঙ মচিন্দনি হায়বম্বনি। ব্রার্কসোপ্তো কুইদ্রি মানে হাংবা। ইম্ফালদদি চাওনা হাংলগা সিদা ব্রাঞ্চ হাংবা ওইবমান্নে।"

"ওফিস হল্লকপদা লৌবগে। মতমসি যাদ্রে।"

বস পার্কিং ফাওবা খোঙনা থোক্লক্লে। মী পংযাম যাল্লমদ্রি। বসতা কাখত্তুনা অহাঙবা সিট অমদা ফমথবে। ঙৈহাক লৈবগা বসতু থৌবে। বসনা খোঙজেল খববু যাঙলক্লবা হেক্তা খাল্লকই। কোঞ্জেং লৈকাইগী ব্রাইটিং সেট অদুদা অমু বস ঙাইবম্মী। বস অদু অমুগী মপা চপ-চানা খাল্লগা অমুনা কাখৎলকপা ঙাইবি।

থোইবা মমিংফাও তাবদা ওক্লবা মীদু বসতা তোংদুনা চৎমিন্নগদৌবে খনবদা মশাদু ইহৈ হৈনিংলক্কে। মাগী হেক নাকলদু ফমফম হাঙই। মদুদা ফম্লক্লদ্রা হায়না খঞ্জানবিঙৈদা ফমথবকপনা হাল্লি।

"এ! ভায থোইবা, কদায চৎপীদৌবিবনো?"

"ওফিস্তা নত্তনা কদাযদা ওইনি।"

পোঙনা খুম্মী। অমুনা হংলকপা তৌদনা মখা অমুক তাকবি।

"গাড়ী মাচাদু যাদ্রে হায়না বসতা চৎপসি হৈনখিদ্রে। ভাযহোয়দি সুম তৌববা শিনফমনিনা হৈনবমগনি।"

"বসতা চৎপসিনা নুংঙাই। ভুম্মিংলে তুম্বা যাবা, এক্সিদেন্ট থোক্লবসু

ময়ামগীনি।”

মখোয় অনী অমত্তা ওইনা পুন্না নোকমিন্নে।

“ভায়বু কদায়দনো?”

“ঐগীদি চৎফমগী চৎফম ঙাক্তনি।”

“মহৌশাগীদু হন্দ্রিনেকো। অহল ওইরে খরসু হনবা ফে। লৈবাক্কীনি অদুগীনি হায়দুনা কোয়চেন চেনবসে ইপাঙ্গলদা ব্রারগা তোকই। অদুগী শরুকপুদি ইশা-ইশাগী য়ুম্ফম মতিক চানা লেপহৌনবা হোৎনবনা ফরম্লে।”

অমু থোইবনা ঙাঙবা পুম্নমক নোকমি-নোকমি তৌদুনা তারম্মী। থোইবনা খল্লি জ্ঞান তাব্রবা ঐনা পানবা য়ুম্বাল ফাওবা ঐখোয় নুপীনা ঙাঙলি লোইরে। ঙাওখ্রবা অমুগী য়ুম্বালদি করম তৌরমগনি। অমু চীংলেম্না হায়রকই,

“ভায়, মতম-মতমগী হায়বদুনি। অঙাংনা অঙাংগী লীচৎ, ইনখৎলকপনা ইনখৎলকপগী ব্রাখল ফাওরকপা, পুম্নমক থৌনা ফনা মায়োক্লবা অদুগা হৌজিক্কী চহী মতাংগীসু তৌফম থোকপদু তৌবা তাবনি।”

“চুম্মী ভায়, পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোয় শাবা হায়বদুনি।”

“ভায়গী ইচানুপা অহলদুদি পাখং ফারেনে। মরাশি-মগুন্না লৈরিবা। ব্রাঙাং খোনফম্না ফজবনে লেম্না মাঙলোই। অদুবুদি মরূপকী ইচানিদনা।”

থোইবা মপূক্লীংদা নুংঙাইবা পোকই। মচানুপা অহল ইবুঙোচৌবসি মাগা কয়া য়ানদ্রবসু মরূপ-মপাং, অহল-লমন্না য়াম্না থাগৎলকই। মচাগীদমক পোংজবা চাওথোকচবা য়ারে হায়না খঙবা মতাং কয়া য়াওখরে। অদুবু তুংদা করি থোক্লগদগে খঙদবনা অদুমক তুমিন্না লৈশিনখিবা ঙাক্তনি।

“ভায়, খঙদ্রে, অঙাংশিং চাওশিল্লক্লে। খরনা ফবা খরনা ফত্তবা ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি।”

“ভায় থোইবগীদি চীন্দবু ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদনি কদায়দনোমা অদুম ফরমগনি। ঐগীদি য়েংলু-য়েংলুবদা অহোবগী অহোবা ঙাক্তা ঙায়রবনিনা করম্বা হান্না মেনসিগে খল্লিঙৈদা পুল্লপ পৃথবনা হানগদৌরিবনি। অঙাংদুবু ছাত্রগী সংস্থানগুম্বা য়াওই হায়নে।”

"ভায়, ঐখোয়না ঙহানবাই চেল্লম-চোংলম্বদুনিদা।"

"অদুদি য়াম্মা ফৈনে।"

তাঞ্জাদুদা ভবা খোম্বা লাকই। অমুনা পীগে হায়দুনা পৈশা পায়রবনি অদুবু থোইবনা অমুবু মীনুংশি উত্তুনা পৈশা পীখি।

"ভায়, অঙাংশিংগী করি-করিনো খরা লৈবীখো ঐঙোন্দগী তৌথ্রগে।"

ঙৈহাক্তি মখোয় অনী ব্রা ঙাঙনদনা তুমিন-তুমিন লৈনৈ। থোইবগী ওফিস যৌবে। অমুদা লৈহৌরগে হায়রম্লগা মহাক বসতগী কুমথরক্লে। অমুগা লাপথোক্লবকপদুদা মশাদু নুংঙাইবগুম তৌই।

"য়ুমদগী তন্না-তন্না লাকপগা ঙৈহাক্তা ব্রাই শংনা চৎচগে তৌবসি মসিগী অমুসিনা হেক য়েৎশিনবীরকই। য়েৎচনিংশ্রবনি মানা ঐঙোন্দা য়েৎনিংবসি। ভোৎ ফংই ঐগী লম্বানি হায়দুনা হেক্তা চোংথোবকই। ঐনা সংস্থান অমদা যাওরে মাসু হেক্তা সংস্থান অমদা য়াওখি। মী কবেম্লবনা হৈরিবা, পৈশারা পাই নাত্তৎপী অমা তিংনিংদে। লৈবাক্কী ইহৌ খুদিংগী অমত্তা চিখবন্লোই। জেলদা চংবসু মশীং থীববু ঙম্লম্লবোই। মাগীদা খনবদা মপাদুসু লৈখিদ্রবনি।"

"তামো, কবিনো মুকুম-মুকুম শোন্দুনা লাকপীবিববো?"

"এ! মলা, ঙসি ঙন্না লাক্লিবদি কৈদৌবগীনো?"

"ঐখোয়বু কয়া থেঙনা লাকপা মীনো?"

"ঙহানমখৈ পংথেঙ-থেঙনা লাক্লম্লোই অদুবু ঙসিগীসিদি হায়ফেৎ ঙল্লি।"

"তামোসিদি কোচি কোৎলগা ব্রা ঙাঙবা হৈপ্ৰপোৎনি। হো ইমায়বী অমা লুহোংদৌরি হায়দুনা পোৎপাং থিল্লুবা অদুদা অচাপোৎতু নে-তানা চাগে হায়দুনা প্লান তৌবগা কোর্ট মেবিযেজনি অঊনপোৎসু অচা-অথকসু ঙম্না সোর্ট কট্টা তৌরম্বগী ব্রানি।"

"অদুদি য়াম্মা ফৈনে।"

"ঐখোয়দদি ফত্রে।"

"অরেম-অপাসি চাজনিংখ্রপোৎনি।"

"চানিংই-চানিংই, আদগী চারক্লবনিনা ঙসি তামোদগী লেম্না চাবা তারে।"

"লেম্না পীজনি। অদুবু চাকচা তোক্লক্তা ঙায়রি, ঙৈহাক ঙাইবা তারে।"

মাগী কাদা ফমদুনা চৈখায়দুনা লৈরিবা টেবলদু লোইশিন্নবা হোৎনরিঙৈদা,

"তামো, ঙরাংগী ফাইলদু অমুক্তা য়েংবীয়ু।"

মশা তোঙ্গানবী মৌ নহাদু ঙসিসু অমুক মমাঙদা লেপ্লরে। অতনবনা লাঙ্গোয় চল্লম্বা থোইবদু পাখং মচাগুম থৌনা ফরকই। নুমিৎ নীনি চংনা থিবদা ফংখিদ্রবা ফাইলদু খুদক্তুদা থিবা ফংনবা হোৎনরকই।

ফাইলদু মহাক মশাগীদি নত্তে হায়বা থোইবা ময়েক শেংনা খঙই। মৌপ্বাগীনি অমুক হায়, লৈকায়গী মনাওশিংগীনি অমুক হায় নোংমতা চীনখুম মান্নদে। ওফিসসিদা হন্দক মরক্তি খরা তোয়না লাকপা উই। তোয়না লাকপগী চাং হেঙ্গৎলক্লিবমখে কেবগী চাংসু হেঙ্গৎলকই। থাঙ্গৈশেংনা ফিদু পাবরা নত্রগা থওইনা পানহনবরা অমদি তৌরে। ফিদুদগী উবা ফংলিবা ঙৌরবা হকচাংগী শরুকশিংদু ৱা ঙাঙলকপগুম তৌই। মাগী নুপী বিনাগী চমজবা মতৌদু নীংশিংলকই। বিনাবু হেন্না নুংশিরকই। থোইবা নুপীদু মাগীদা তোয়না লাকহন্নিংদে। ফাইলদু হংলবা নুমিত্তগী থওইনা থিরিবনি। মহাক্তি ওফিস্তুদা ট্রান্সফর তৌরকপসু কুইদ্রিবনিনা পোৎ-চৈ থমফম অমত্তা ফজনা খঙদ্রি। উচিন-নাচিন ফংলে।

"ইবেম্মগীদো সি নত্রা?"

"মানি-মানি তামো। তামোনা য়াম্না ৱাবীখরে। নোংমা তাঞ্জা চাবা অমদা লমন শিংবা হায়বদুনি।"

থোইবা মশাদু শ্বাই লাউই। মহাক্না ভাব ফজিল্লুবদি ওইরমগনি।

"এ! করিগী লমন্নো? অঙম-অঙম্বা মতেং পাংনবা হায়বদুনি।"

নুপীদু চৎখরে। মহাক ইরুজবমুক ৱাই শংই। চে-চাং খরা য়েংলম্লগা

ওফিসকী গেটতা থোক্লুনা কা চারিঙৈদা মৌ নহাদু এক্তিভা অঙাংবা অমা থৌরদুনা লাকই। মহাক লুকথদুনা তুমিন লৈ। মমান্নবশিং মীৎচি খৎনদুনা খোইরুম মোমোন নোক্লখি। মপুং-মরৈ ফারবা নীক-নীক চোল্লবা হকচাং কয়াৎশিং অপাবা সাড়ী মতেক অদুদা ওম্না শেংনা উরি। ঙৈহাক পোত্থাবা থোক্লুরক্লিবা নুপাশিংদুগী মীৎয়েংদু মঙোন্দা থম্বদু থোইবা হৈনরক্তে। মহাক্তি সমাজনা য়াদবা থবক্তু মহাকসু য়ারক্তবা, সমাজনা ইম্থোক্লবা মীদু মহাক্লসু ইম্থোরকপা মীওইনি। অদুবু মৌনহাদুগী মতাংদদি মহাক মশা মথন্তা মত লৌবা ঙম্লক্তে।

মৌ নহাদু ওফিসারগী কাদা চংখি। থোইবদা হন্না ফাওবা য়েংলমদে। মদুদা মহাক নোক্লিংবা পোক্লকই। য়ুমদা লৈহৌবী বিনাবু হেন্না হেন্না নীংশিংলকই। ইকান কান্নদে ওফিসারদুগী মারুটি অদুদা পূন্না চৎমিন্নখি। এক্তিভা অদুনা মপু লৈত্রবগুম নুংশা মরক্তুদা তরক-তরক খাংহৌরি। কুইনা হিংলক্লদি অঙক-অঙকপা থৌদোক কয়া উরকই হায়বদু মহাক্কী মফমদা চুম্লকই।

ওফিসকী মী খরা চৎপা হৌনরক্লে। মহাকসু গাড়ী মচাগা য়াওবক্তবদুদা ঙন্তানা অদুমক থোরক্লে। নুংশা শাবা হল্লমদ্রি। মহাক ওফিস মমাঙগী রাইটিং সেটতুদা ফমদুনা বস ঙাইরি।

"ঙসিসি ইরাং থোক্কদৌরিমানে।"

"কবিগী ইরাংনোনে?"

"লৈবাকসি চাওখৎ-থৌরাং অমত্তা মতম চানা লোইশিনবা ঙমদ্রে। মতম চানা লোইশিল্লু হায়নবগী মীটিং তৌমানে।"

"মদুদি য়াম্না ফবা রাফমনি।"

"অযুক্তা সংস্থান খবগী মকওইবা মীওই খরা পূনবদুদা আর্মিনা অরোনবা মীটিং তৌই, লৈবাক্কী মায়োক্তা লৈবনি হায়দুনা মখোয় খরা ফাগ্রমানে।"

"খঙদ্রেদা হৌজিক্কী মতমসি কনানা চুম্লিবা কনানা লাল্লিবা?"

থোইবা নুংশা থিরকই। ইবুঙোচৌবদু মীটিং চৎকনি হায়হৌবনি। আর্মিনা ফায় হায়বদু মহাক য়াওখ্রবজাৎলা? লেপ্লিবদু লেপ্পা ঙম্লক্তে।

বস লাক্লে হায়দুনা ময়াম লাওনৈ। মখোয়গী মমাঙদা মী থল্লবা বস অদু খাম্মী। মী থল্লবসু মহৈ-মহৈ কাখৎনৈ। বস মনুংদা ঙারি নম্বগুম কৃক-কৃক ইন্নৈ। থোইবসু ইন্নবদুদা য়াওরুরি।

নুমিৎ হায়থরক্লে। বসতগী কুমথবগা থোংখোঙ মচিন তম্না লাক্লে। বিনানা হায়রকপা ব্রার্কসোপ মমিংদু থিরে। ওফিস্তগী হল্লকপদুদা ব্রাবনা মহাক লাপ্না অমুক চত্তরে। মনাক নকপা দুকান অমদা চংদুনা হংবদা দুকান্দুগী মমাঙদা ময়েক লানা ইরিবদু উরকই। মদু তম্না মহাক লাক্লে।

ব্রার্কসোপ্তুদা য়াওরিবা নুপামচাশিংদু মচানুপা ইবুঙোচৌবগী চহী লেঙ্গা ঙাক্তনি। ইবুঙোচৌবদি মখোয়দগী খরচ তান্দুনা কোয়বা চৎলি। অদুগা মফমদুদনা মরেং-মমান্নবশিংনা হিংবগী লানফমবু মশা পুম্বা থাওথি তৈহন্দুনা লাম্থেংনরম্মী।

"ইবুংঙো, নখোয়গীসিদা ঙরাং এন: ভি: অমা থম্লম্বনি কনানা পায় অমুক্তা হংনরকউ।"

"গাড়ীদুবুদি শেম্বা লোইখ্রবনি মাম্মা অদুবু ঙৈহাক ঙাইবীবা তারে মেনেজরদু মচানুপীগী পৈশা থাবা চৎখ্রি।"

মী ঙাইফমদা থারিবা ফানশাং অদুদা মহাক ফমদুনা লৈরে। থবক শূরিবা অঙাংশিং অদুগী মায়থোংশিং অদুদা য়েংদুনা পুন্সিগী অর্থ থিনবা হোৎনরি। মহাক নীংশিংলকই, মমাংঙৈ হায়স্কুল তন্লিঙৈগী ক্লাসরুমদা তোয়না ওঝা পুইনপতিনা মখোয়দা হায়খিবদু,

"থোইবা, অরেম্বদা মতম মাঙহনগনু, শূবা-নোম্বা কল্লিবমখৈ নঙগী মায়থোংদু মোমোন নোকপগী চাং অসুম-অসুম হেঙ্গৎলক্কদবনি।"

মহাক অমুবুসু অমুক নীংশিংলকই,

"অমু, নঙ করিগী ঙরাং স্কুল কারক্ত্রিবনো?"

"ওঝাবু পাৎতা ঈশিংপা চৎলুই।"

"তৌনি নঙদি মদুগুম্বা মথোং চাদবদুদা। নহৈ তন্লিঙৈদা মপুং ফানবা তমহৌগেদি খন্দ্রদুনা লাং-ফাং, কাতু কারন তৌদুনা লৈরমগদবনি।"

ওঝা পুইনপতিনা অমুবু নুংশিখি। নুংশিবগী ৱাহৈদি নোংমতা অমুগী মনাকোংদা তাহনখিদে। অমু লাইরিক পংফা ফবা নত্তে অদুবু ওঝা পুইনপতিনা ঙাঙমনবদগী মহাক অমুক্তসু পরিক্ষা ফেল ওইখিদে। মেট্রিক পরিক্ষাগী ফলদি মহাক ফজখি। ঐখোয়না স্কুলদগী মার্কসিট লৌবা চৎপদা ওঝা পুইনপতিনা হায়বদগী খঙখি। নুমিত্তুদি ওজা পুইনপতিনা অমুবু য়াম্না থাগৎখি। মদুনা অহানবা ওইনা ওঝা পুইনপতিনা অমুবু থাগৎখিবনি।

"ইমুং মনুংগী লৈত-লাইবসিদং য়াওরমদ্রবদি অমু য়াম্না ফরমগদবনি। হোৎনবা কনবা অঙাংনি। মরাইবক্না চুমদ্রবদি খঙদ্রে হোৎনরিবসিনা হন্দ্রবদি নোংমা ঐখোয়গী ইথক্তা লৈরগনি।"

থোইবা য়াম্না উরে, তেক-তেক থবক শুরম্বা কয়া মযুম মথোন- মথোন শাখিবা অদুগা শাখিদবা কয়াসু উই। মহাক মশাগী ওইনদি সরকারগী থবক তৌনা-তৌনা নোংমা-নোংমগী ফিভম অসুম ফৎচিল্লক্তে।

উৎফুল ৱাইফুলনা মশা পুম্বা কুপ্লবা, ইফা-ফারবা ঙাংলবা শম অদু নাম্থদুনা অমু চংলকই। থোইবা উবদা অমু ময়া অঙৌবদু হিগৎলদুনা নোক্লকই।

"মাম্মা, মেনেজর লাক্লে।"

অমুবু মেনেজর ওইনা লৈরম্বদুদা মহাক ঙকই।

"পাউ ফাওনরম্লবোই ইবুংঙোচৌবনা লৌখ্রবনি। কদায়দনো মীটিং লৈ হায়রম্মী।"

থোইবা মখোইদৌ শাউগৎলকই। নুংশা মবক্তা ৱানা লাকপদুদি থোইনবু খল্লুদে অমুগী মমাংদা মহাক লৈক্রক লৈরবদি চংলগে হায়বা মতাংদু য়ৌবে।

"ভায়, মতমসি ঐখোয় নখোয়না নহা ওইরিঙৈগীদু নত্তে। অসিগুম্বা চেনবসি ফবদি ফৈ অদুদা অমদুগা শমনৈ হায়দুনা ঐখোয় লৈকাইগী মখোয়গুম্বা অঙাংশিং ইরাং থোকপগা য়ুমদা লেক্লদে। মশা মতিক চানবা হোৎনবীহৌ।

মহাক্না ঙাঙখিবা ৱাঙাং অদুগা মান্ননা অমুনা মঙোম্দা অমুক হায়রকপদা মহাক ইবুংঙোচৌববু মখৌরি মেত্তুনা হাৎতোক্লিংলকই। মহাক অমুনা

ঙাঙলিবা ৱাশিংদু তাদবমখৈ তুমিন্না থোরকই। অমুনা চা থকখিসি হায়না লাউহৌরি।

নুপা অমা ওইনা মহাক্না লৌরিবা থৌদাং অসিবু চুম্লিবরা হায়না থোইবা মশা মথন্তা খঞ্জরকই। চৎনা-চৎনা লম্বী লম্ম্যাংনবা খঙদনা অরেম্বদা চৎপা যাত্রিক অমগা পাংখক ওইরে। ময়ুম য়ৌখিবা খঙহৌদে। মী কনা অমত্তা লৈরমদে। ফি-রোল ফাওবা হোংদোক্তনা ফমুংদা লোংনা হিপথখরে। হৌজিক্তা নীংশিংলকই য়ুম অদু ইচিক-চিকই।▱

॥২০০৪, মে ২৭॥

- লোইরবা -

**বঞ্জিতা কোন্থৌজম** (১৯৮১) পোইবৌখোংজিন কাইনা গোবিন্দা মনাক, যাইবিপোক্তা পোকই। ধনঞ্জয় অমসুং অহনবী অনীগী মচানিঙোলনি। মচিন-মনাও নুপা অমা নুপী মঙাগী মনুংদা মবিশুবীনি। মণিপুব যুণির্ভসিটি, কাঞ্চিপুবদা মণিপুবী সবজেক্টতা এম. এ. অবোইবা চহী তন্নি। মণিপুবী পাউচে 'মতমগী যকাইবোল' দা চহী ৩ লোম কলমলিষ্ট ওইদুনা মতম মতমগী সমস্যা নৈনবম্মী। মণিপুবী শৈবেংগী এন্থোলোজি **"শাংকাম্নরক্লিবা অঙাঙবা থম্বাল"** (২০০১) অমসুং **"ঙমখৈ ঙাকপা"** (২০০৩) দা শৈবেংশিং ফোঙখ্রে। **"লমজিং মৈবা"** (মহাকবি হিজম অঙাংহলদা কখোকপা মণিপুবী শৈবেংগী এন্থোলোজি (২০০৪) গী এদিটবিযেল বোর্দকী মেম্বব ওইখি। শৈবেংগী লাইবিক **"অহিঙবা মী"** (২০০৪) ফোঙখ্রে। সহিত্য একাদেমি কোলকোতানা যং বাইটবশিংদা পীবা ট্রেভেল গ্রান্ট ফংদুনা ২০০৫, জনুবাবীদা বেঙ্গলোব অমসুং মহিসুব কোইকবে। সেন্ট্রেল ইন্সটিট্যুট ওফ ইন্দিযান লেঙ্গুএজ মহিসুবনা শিনবা যং বাইটবশিংগী ওবেন্টেসন প্রোগ্রাম, (২০০৫) খল্লকখ্রে। থম্বালনু সহিত্য নুপী মরূপ, যাইবিপোক্কী জোইন্ট সেক্রেটবি ওইবগা লোযননা নুপী মরূপ অসিগী চেফোং **"লৈচিন"** গী এদিটব ওইবি।







রঞ্জিতা কোম্ভৌজমগী শৈরেংশিংদা খনগৎলবা মীৎয়েং খরা ঃ

চহী নহা ওইবতা নত্তনা ইবগী লমদসু য়াম্না নৌরিবী অইবীনি।

ইবোসনা য়াম্বেম

পোক্লফম, জুন ২, ২০০১

যাম্না নহা ওইবিবী কবি বঞ্জিতা কোম্ভৌজম মাগী "অহিঙবা মী" কৌবা শৈরেংগী লাইবিক পুথোকখ্রবী মচিন তুমখৎলক্লিবী কবিনি। মৈহৌবোলদগী লাইবৈবাক ওইনা লৈবকপা মশাগী শক্তম ঙাক্লা চৎচরম্বা লমদমসিবু নমজা নমথেকখিবগী মযোক্তা কবিনা লাউবকই....॥

থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ

খন্ন নৈনবা ঃ হৌজিক মতমগী শৈরেং ঃ নহা ওইবিবা কবিশিংগী মীৎয়েং।

জুন ১৯, ২০০৫

গৌবা ওফসেট প্রিন্টস, থৌবাল খাংমাতাবা জিপ পার্কিং।